ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯒꯤ ꯂꯝꯌꯥꯟꯕꯤ ꯑꯍꯩꯕꯤ ꯑꯍꯨꯝ

# মণিপুরগী লময়ানবী অহৈবী অহুম





মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ

# ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯒꯤ ꯂꯃꯌꯥꯟꯕꯤ ꯑꯏꯕꯤ ꯑꯍꯨꯝ

# মণিপুরগী লময়ানবী অইবী অহুম

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ




মণিপুর সাহিত্য সমিতি
থৌবাল, মণিপুব।






# MANIPURGI LAMYANBI AYIBI AHUM

Three pioneer woman-writers of Manipur

*(Being the life sketches and works of T. Thoibi Devi, M.K. Binodin and Kh. Pramodini)*

*by Moirangthem Rajendra Singh*

লাইরিক : মণিপুরগী লময়ানবী অইবী অহুম

অইবা : মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ

অহানবা থোণ্ডবা : আগষ্ট ২৮, ২০১১ ইং

কপী মশীং : ৫০০

মমল : রুপা ৮০/-

অফোঙবা : মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবাল, মণিপুর

---

নম্ফম : সিরোই অফসেট প্রিন্টার্স, থৌবাল
অমসুং
এম. বি. কম্প্যুটর, তেন্থা

# করিগীদমক ইনীংলুই

কুমারী তখেল্লম্বম থোইনী দেবী, মহারাজকুমারী বিনোদিনী অমসুং কুমারী খাইদেম প্রমোদিনী মণিপুরগী শক্লাইরবী লময়ানবী অইবী অহুম্নি। মখোয়বু ইবগী লমদা নুপীলল্লো লময়ানবী য়োংশবী মখোঙ অহুম হায়না খঙনৈ অমসুং খ্বাইনা ইকায়খুম্মৈ। ঐহাক্না সাহিত্যগী লমদা খোঙদাজরকপা মতমদা থোইবী দেবী তাইবঙপাল থাদোকখ্রে শকখঙনজহৌদ্রে। ইমাশি বিনোদিনীগা ওজা প্রমোদিনীগাদি যাম্না মুন্না খঙনজহৌই, মখোয় অনীনা ঐহাকপু শকখঙবীখি। মীনা চম্মী সাহিত্যগী মগুণ য়াওদে হায়নবা ঐহাক্কী শৈরেং লাইরিক খরবু ওজা প্রমোদিনীনা এপ্রিসিয়েৎ তৌবীখি ঐহাকপু মীয়ামদা শকতাকপিখি; ইমাশি বিনোদিনীনসু কবি সম্মেলন খরদা পাথোকখিবা ঐহাক্কী শৈরেং খরবু খোয়দাবীখি, পাউ চেদা ওজা প্রমোদিনীনা ঐহাকপু থাগৎপিরকখিবগুম মহাক্সু থাগৎপিবকখিবা অদুবু সপোর্ট তৌবিখি। মখোয়না ঐহাক্কী পুন্সি ৱারী খঙবীখি অদুগা মখোয়গী পুন্সি ৱারীগী মতাঙ কয়াসু ঐঙোন্দা লীবিখি। ঐহাক্কী পুন্সি ৱারীবু মখোয়না খঙবিবা ঐহাক্কী লাইরিক অমদি শৈরেং খরবু মখোয়না পামখিবা অমসুং খোমদাবীখিবা অদুগীদমক মখোয়গী মফমদা শিংবা ওন্থরোইদবা লমন অমা তোনশিঙরে। তেল্লবনা মখোয়গীদমক করিগুম্বা খরদি পাওথোকচগে খঙখি। অদুবু ওমজদ্রি। শ্রদ্ধাঞ্জলি পীজবা ওইনা মখোয়গী তেল্লবা পুন্সিগী ৱারী অমসুং পাওথোক্লম্বা থবকশিং য়াম্না শম্না ইজদুনা লাইরিক মচা অসি পুথোকচবনি। মখোয়গী পুন্সি ৱারী ইবগা লোয়ননা য়োংশবী মখোঙ অমা ওইখিবী কুমারী থোইবী দেবীগী মরমদসু খরদং ইনীংবা পোকখি। মরম অসিদগী য়োংশবী মখোঙ অহুম অসিগী মরমদা করিগুম্বা খরদং ইজদুনা "মণিপুরগী লময়ানবী অইবী অহুম" হায়না মিংথোপ্লবা লাইরিক মচা অসি পুথোকচবনি। লাইরিক অসি পাবীনবা খ্বাইগী মফমদা শিন্নজরি। অশোয়বা অরানবা পূম্বা ঙাকপিহৈবা গুণনা লৈতেংলবা খ্বাইনা ঙাকপিনবা নোল্লুকচরি।

তাং ২৭/০৮/২০১১ ইং.

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ

# য়াওরিবশিং


১। শক্লাইরবী অইবী কুমারী থোইবী দেবী ১-২৩

২। শক্লাইরবী অইবী মহারাজকুমারী বিনোদিনী ১-২৮

৩। শক্লাইরবী অইবী খাইদেম প্রমোদিনী ১-২৭


* * *

# শক্লাইরবী অইবী থোইবী দেবী

কুমারী তখেল্লম্বম থোইবী দেবী (খৃ:১৯২০-১৯৯৬) মণিপুরগী শক্লাইরবী লময়ানবী অইবী অহুম : 'য়োৎশবী মখোঙ অহুম' হায়না খঙনবী মখোয় অহুমগী মনুংদা খ্বাইদগী ইহন হনবীনি। অতোপ্পা অইবী অনীনা মহারাজকুমারী বিনোদিনী (খৃ:১৯২২-২০১১) অমসুং কুমারী খাইদেম প্রমোদিনী (খৃ:১৯২৪-২০০৬) নি। থোইবী দেবীগী মতাঙদা 'দেবী' হায়বা ব্রাহৈ অসি য়াওনা শীজিন্নে, চুম্না 'থোইবী' তা হায়দে। থোইবী দেবীবু হায়রবদি মহাক্কী মতমদা অতৈ থোইবী কৌবী কনাবু থোইনা খঙনদে, মহাকপু হেক্তা খঙনৈ। করিগুম্বদা মহাকপু ইচম চম্না 'থোইবী' তা হায়রগসু মতাঙ চানা হায়রবদি ইরবদি মহাকপু অদুম খঙনৈ। মণিপুরী সাহিত্যগী অতিয়াদা লংলবা মঙালগা লোয়ননা ঙানলম্বী থোইবী দেবীনি। সাহিত্যগী লৈকোন্দা মকা ফন্না শুমহৎলবা লৈনমগা লোয়ননা শাৎলম্বীনি। লৈখিদ্রবা তুংদসু লৈনমদি লৈহৌরিবীনি। মতম অমদা আধুনিক হায়না কৌনরম্বা হৌজিক্লা 'মতমগী ঈশৈ' হায়না খঙনরিবা অসিগী লময়ানবা অইবী অমনি হায়না শীংথানরিবনি। মৈতৈ সমাজদা মাংই-শেংই

হায়বগী চৎনবীনা যাম্না কন্না চৎনরিঙৈ, মীওই কয়া চৎনবী অসিগী চৈথেং ফংনরিঙৈ মতমদা মহাক চৎনবী অসিগা ঈরোইননা পোকখিবনি, চাউরকখিবনি। অপোকপা অপোকপী অনীনা য়ুম্বান পুন্সি চঙলকপদসু জাৎ তিন্নদবা মশেল লৌনৈ-লৈনৈ হায়বগী মতাঙদা মাংই শেংই হায়বগী ব্রাফম লৈখিবনি। ইচং থৌনা পুন্সিগী খুদোংথীবা অৱাবা কয়া মায়োক্নদুনা চাউরকখিবনি হিংলকখিবনি। আধুনিক ঈশৈদা মণিপুরগী লময়ানবী অমা ওইবগুম থোইবী দেবী মণিপুরগী অহানবা নুপী উপন্যাসকারনি। অসিগুম্লবী শক্লাইরবী অইবী অসিগী পুন্সিদা থৌদোক করি করি মহাক্না মরী লৈননা থোকখি, মহাক করম্না চাউরকই, মাংই-শেংইগী মতাঙদা অপোকপা অপোকপী অনীগী মফমদা করি ওইখি, করম্বা মওংদা লাইরিক লাইশু তম্লকই, রাজনীতিগী পুন্সিদা মহাক্না করি কবি অৱাবা ফংখি, মহাক্কী পুন্সি মহিং করম তৌই, করি করি ইরম্মী, মনা মথুম করি করি ফংখি অসিনচিংবা কয়া খরতা ওইরবসু খঙজিনবা সাহিত্যবু পামজবা কয়াগী মফমদা তঙায় ফদবা ওইরি। মখাদা য়াম্না শম্না মহাক্কী পুন্সি অমসুং থবক্কী ব্রাফম খবদং থমজরিঃ

**পোকপা ঃ**

কুমারী তখেল্লম্বম থোইবী দেবী খৃষ্টগী কুম ১৯২০ গী জানুয়ারী ১ দা পোকই। মহাক্কী লৈফমদি ইম্ফালগী ব্রাহেংবম লৈকাইনি। অপোকপগী মিংনা প্রশন্নকুমার দাস অদুগা অপোকপীগী মিংনা খাম্নাম নীংঙোল খুমন কৌই। অপোকপা প্রশান্নকুমার দাস বাঙ্গালীনি। কুমারী থোইবী দেবীগী য়ুম্নাক তখেল্লম্বম ওইবগী ৱারী অমা লৈ। মতম অদুদা জাতি অমগা জাতি অমগা চারৌ- মৌরৌনবসি সমাজনা ওম্হোকপা ৱাখল অমা ফাওনরম্মী। চুম্না ওম্হোকপা ৱাখল অমা খনবতা নত্তনা অসিগুম্বা মখলগী চারৌ-মৌরৌনবসি য়ানরমদবনি, মাংই হায়দুনা সমাজদগী ইম্হোক্লরম্বনি, মখোয়গা শোক্ল-পন্নবা য়াদে হায়দুনা শম্নবীরমদবনি, সমাজগী দেব-কর্ম, লুহোং-খোংদোংবা অমদি অতৈ থৌরম কয়াদা য়াওহনবীরমদবনি, মখোয়দা নত্তনা মখোয়গী মচাশিং ফাওবা অতৈনা নুপী ওইরগা মমৌ ওইনীংদবা নুপা ওইরগনা মচানুপী থাজনীংদবনি। অদুবু মতম

অদুদা লৈরম্বা ব্রহ্মসভা হায়বা সংস্থান অমনা শেংদোকপিগে হায়রবদি শেংদোকপা ঙম্মী, মাংই হায়দুনা ইস্থোকপসু ব্রহ্মসভানা ঙম্মী। অসিগুম্বা ফিবম অসিদা হেনফদবদগী সমাজগী মনুংদা লৈবা য়ানবা মপাইবুংঙোগী দুকান্দা থবক তৌবা তখেল্লম্বম চাউবগী শাগেদা নামাদার ওনখিবনি হায়বগী ৱারী লৈ। মমৈদা ব্রহ্মসভাদা হায়জ- নোঞ্জদুনা সংস্থান অসিনা অমাং-অশোয় শেংদোকপিখিবগী ৱারীসু লৈ।

**মচীন- মনাও মবুং মৌপাশিংঃ**

থোইবী দেবী অপোকপী মমাগী অমত্তা ঙায়জরবী মচানুপীনি। মহাক্কী মমা অহল বাঙ্গালী নীংঙোল অদুগীদি মচানুপী অনী অমসুং মচানুপা অনী লৈ। তোঙান-তোঙানবা মমা অনীগী মচা ওইজরবসু মখোয় মচীন মনাও মঙা য়াম্না নুংশি-চান্নে। মমা অহলগী মচানুপী অনীমক থোইবী দেবীগী মচে ঙাক্তনি অদুগা অনীদুসু থোইবী দেবীগী মবুংনি।

**অঙাং ওইরিঙৈ ঃ**

থোইবী দেবীনা অঙাং ওইরিঙৈদা নুপীমচাশিংনা লাইরিক তম্বা অসি মৈতৈ সমাজনা পাম্লরমদে। মরম অদুনা নুপীমচা লাইরিক তম্বগী মশীং অসি অসুক্কী মতীক য়াম্লমদে। কনাগুম্বী খরা তম্বা তারবসু নুপামচাশিংগা পূন্না তম্মীন্নবনি, নুপী মচাশিংগী তোঙানবা স্কুল লৈরমদে। স্কুল মশীংসু মতীক চানা লৈরমদে। ওজাগী য়ূমদা চৎলগা তম্লবা অসি চৎনবী অমা ওইরম্মী। থোইবী দেবীসু ওজাগী য়ূমদা চৎতুনা লাইরিক তম্বা হৌই। নুপীনা লাইরিক তম্লগা করি কান্নগদৌরিবনো, নুপাদা চিঠি ইবা হৈনননবা তম্লীবা হায়দুনি হায়না করেম কথাইনবীরম্মী। কনাগুম্বনা নুপীনা লাইরিক তম্ববু ‘য়ূম্বানবা শীৎননবনি’, কনাগুম্বনা ‘থুনা ময়ূম পান্ননবনি’ হায়বী। অসিগুম্বা মতম অসিদনি থোইবী দেবীনা লাইরিক তম্বা হৌখিবা। অসুম্না সমাজগী মীনোক মরক্তা থোইবী দেবী অমসুং অতৈ নুপীমচা খরা লাইরিক তম্বা হৌরকখি। অতোপ্পা ৱাফম অমনা মতম অদুদা নুপীনা ফিনাৎ (সেন্দল) তোংবসি সমাজনা য়ারমদে। মসিদসু নত্তনা

নুপীমচাশিংনা মপূং- মরৈ ফারক্লবা মতমদা খ্বাংদা ফনেক শেৎপা অসি অহলশিংনা য়ারমদে, ফিদোন চিংখৎপা হায়দুনা থবাক্তা শেৎনহল্লক্ষ্মী। কনাগুম্বী নুপীমচাশিংনা য়ানীংদবা য়াওরক্লবদা লৈকাইগী অহল ওইবী মচে- মনেমশিংনা জাৎ জাৎকী ব্রা হায়,'নপানা চৎথোকপদা উরগা মঙ্গল ওইরোইনে' হায়বা ফাওবা য়াওই। অসিগুম্বা খুন্নাইগী চৎনবী অসি লৈরিঙৈদা থোইবী দেবী চাউরকখিবনি। মহাক্লা অঙাং ওইরিঙৈদা শান্নরকপসি নুপামচাশিংগা অদুম শান্নরকই।

## মহৈ-মশিং অমসুং লাইরিক তম্লকপগী মওং :

অহানবদা থোইবী দেবী ওজাগী য়ুমদা চৎতুনা লাইরিক তম্বা হৌরকই। মহাক্লা চাং নাইনা লাইরিক তম্লকপসি ব্রাহেংবম লৈকাইদা লৈবা কোইজম অমুবীগী মমাঙ শঙ্গোয়দনি। মমৈথংদা ভদ্রলোক অসিনা মহাক্কী লৈকাই অসিদা নুপীমচাগী স্কুল অমা লিংখৎখি। ভদ্রলোক অসিগী মমাঙ শঙ্গোয়দগী অসুম্না লাইরিক তম্লক্লবা মতুংদা খৃষ্টগী কুম ১৯৩৫ দা শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ মহারাজনা মহাক্কী মজা-ইবেম্মা অহল তম্ফাসনাগী মিংদা তম্ফাসনা গার্লস হায়স্কুল লিংখৎলকপদগীদি স্কুলসিদা ক্লাস মথং মথং তমথরক্তুনা মেট্রিক পাস তৌই। লাইরিক তম্বা তোক্লগা মতম খরা কেরানিগী থবক অমা ফিরোলগী কারখানা আর্টস এন্দ ক্রাফটসতা ফংদুনা থবক তৌখি। অনীশুবা পৃথিবী লাঞ্জাও মনুংদা খৃষ্টগী কুম ১৯৪২গী মে ১০ দা ইম্ফালদা জাপান্না বোম থাদে। মতম অদুদা থোইবী দেবী খুম্বোংদা লান চেল্লি। খুম্বোংদগী হল্লক্লগা মণিপুর থাদোক্লগা সিলেটতা লৈবা মপাবুংগী মনাক্তা মতম খরা লৈরুই। পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও খৃ: ১৯৪৫দা লোইরকপগা লোয়ননা লৈবাক্তা শান্তি হঞ্জিল্লক্লবদা থোইবী দেবী মণিপুরদা থোরকই। মথক থোংবশিংদা কন্না হায়নরবা তুংদা হান্নগী থবক মফমদা হঞ্জিনখি। অসুম্না লৈরকপনা মমৈথংদা ইম্ফালদা দি এম কলেজসু লিংখৎলে। থবক তৌনা তৌনা কলেজ অসিদগী গুব্রাহাতি য়ুনিভর্সিটিহী মখাদা আই এ পাস তৌখি। মতুংদা তম্ফাসনা স্কুলদা কেরানী ওইনা থবক চঙই। অদুবু রাজনীতিগা মরী লৈননা মহাক মীরোৎ ওইখি (অন্দরগ্রাউণ্ড তাখি)। অদুদগী ময়ূমদা অমুক লৈখি। নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা খৃ: ১৯৫১ দা পুলিস লাক্তুনা ময়ূমদগী ফারগা

জেলদা থমখি। চহী অনীরোম জেলদা লৈরুরবা তুংদা জেলদগী থোরক্লগা খৃ: ১৯৫৩ দা তম্ফাসনা স্কুলদা হান্নগী থবক্তা অমুক হঞ্জিনখি। মতম খরা কেরানি ওইরম্লগা অন্দর গ্রেজুয়েটকী ওজা ওইনা প্রোমোসন ফংই। মতুংদা বি এ পরীক্ষা থাই, পাস তৌই। খৃ: ১৯৫১ দা খাইদেম প্রমোদিনীসু তম্ফাসনা স্কুলদা অন্দর গ্রেজুয়েটকী ওজা ওইনা চঙই। স্কুল চঙবসি প্রমোদিনীনা থোইবীদগী থা তরুকলোম হাল্লি। মহাকসু ওজা ওইনা ওইনা খৃষ্টগী কুম ১৯৫৪ অদুমক্তদা প্রাইবেৎ কেন্দিদেৎ ওইনা পরীক্ষা থাই, পাস তোই। অসুম্না পাস তৌমিন্নরবা মতুংদা মখোয় অনীমক গ্রেজুয়েট ওজাগী পোষ্ট ফংই। মথংগী চহী (১৯৫৫) দা মণিপুর সরকারনা মখোয় অনীমক বি এদকীদমক দিল্লিদা থায়, বি এদ লোইশিল্লি, পাস তৌই। অসুম্না থোইবী দেবীগী লাইরিক তম্লকপগী মওং অসি মরক্তা অপনবা কয়া থেংনরবা মতুংদা কাইনথংদা বি এ, বি এদ ওইখিবনি।

### সিলেটতা চৎলুবগী মহয়ঃ

মথক্তা পঞ্জপ্রে খৃ: ১৯৪২ গী মে ১০ দা ইম্ফালদা জাপাননা বোম থাদে। পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও মনুংদনি। থোইবী দেবী খুম্বোংদা লান চেল্লি মফমদুদা মতম খরা লৈরম্লগা ময়ুমদা হল্লকই। মতম অদুদা মহাক মপাবুংগী মনাক সিলেটতা চৎলগে খনখি, মসিদা মহাক্কী ব্রাখল চপয়ুংনা লেপখি। অপোকপী মমানদি চৎতনবা য়াম্না কন্না থেমখি। অদুবু থোইবীনা য়াদবদগী মচানুপীগী অনীংবা অদু মমানা য়াবা তাখি। মতম অদুদা ভারত নীংতমদ্রি, বৃটিশকী মখাদা লৈরম্মী। সিলেট ভারতকী শরুক অমা ওইনা লৈরম্মী। নীংতম্লবা মতুংদা সিলেট নোংপোক পাকিস্থান (হৌজিক্কী বাংলাদেশ) গী মনুং চনখিবনি। থোইবী দেবীনা সিলেটতা চৎলগা মপাবুংদগী মনাক্তা মতম খরা লৈখি। পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও লোইরবা তুংদা থোইবী দেবী মপাবুদগী বিদায় লৌরগা মণিপুরদা থোরক্কুনা মমাগী নাক্তা হল্লকখি। থোইবী দেবীনা মতম খরা সিলেটতা চৎতুনা মপাবুং অমসুং মচেশিংগী নাক্তা লৈরুবা অসিদা মহাক্কী কান্নবা কয়া ফংবগী মনুংদা বাংলা লোল ফনা য়াম্না হৈরকপা খঙলকপা অসিসু অমনি। মপাবুং মচেশিং, মবুংশিংগী নুংশিবা মীৎয়েং ফংখিবা শীংথানবা য়াই। লাইরিক খরা

বাংলা লোলদগী মণিপুরীদা হন্দোকপদা খূৎলোয়বা কয়া লৈখিবসি করিগুম্বা মহাক্কী  সিলেট খোঙচৎ অসি লৈরমদ্রবদি ফনা য়াম্না চাং হন্থরমগনি।

**রাজনীতিগী পুন্সিঃ**

খৃ: ১৯৪৫ দা সিলেটতগী থোরক্লগা থোইবী দেবী মাগী হান্নগী থবক্তা হঞ্জিনখি। মখা তাবদা তম্ফাসনা স্কুলদা কেরানি ওইখি। মতম অদুদা মৈতৈ সমাজ অসি শোক্ল- শম্লবা য়াবা য়াদবৈ চৎনবী, অশোনববু অকনবনা তুহৎপিবৈ চৎনবী, নুপীবু য়াম্না তোন্থনা য়েংবা মীৎয়েংগী চৎনবী, মাংই হায়দুনা মরায়বক থীরবা থীরবী কয়াবু ইন্থোকপীবৈ চৎনবী, শেল তিংলগা মাংই হায়না ইন্থোক্লবা মীবু অমুক লৌখৎপা য়াবা অকিবগী মশক ওইরবা চৎনবীশিং অসিনা য়োমশিন্দুনা লৈরম্মী। শেলখোক লৈতবা লায়রবা কয়া মাংই হায়না ইন্থোকপীবদা লৌখৎপীনবা শেল লৈতবদগী মরায়বক থীরবা পুন্সি মহিংদা লৌখিবা সমাজগী চৎনবীশিং অদুগা ঈরোঝননা চাউবকখিবনি থোইবী দেবী। মথক্তসু পঞ্জপ্রে মহাক্কী অপোকপা অপোকপী অনীনা য়ূম্বাল লম্বীদা খোঙদাবকপদসু য়াই-য়াদে, মাংই-শেংইগী ৱাফম লৈখিবনি। শেলনা অমাংবা কোকপীবা, লৈত্রগনা অদুম মাংবা খূৎশেমগী মাংবা শেংবগী চৎনবীনা মীওই কয়াদা অৱা-চৈথেং পীখিবনি। মসিগী মায়োক্তা হিজম ইরাবতনা মীয়ামগী ঈহৌ শাগৎখিবনি। মীবু মীনা ওৎপগী মায়োক্তা ঈহৌ লাকপগা লোয়ননা মান্নবা খুন্নাই পামজবী থোইবী দেবীসু ঈচেল অসিদা য়াওরকখি। সরকারগী থবক তৌনা তৌনা রাজনীতিগী মীওইশিংগা ৱারী-ৱাতায় শাদুনা য়াম্না নক্না তিন্নরকখি। রাজনীতিগী মীতিং য়াওবা, খন্ন-নৈনবদা শরুক য়াবা অসিদা হেন্না মরুওইবা অমা ওইনা লৈরকখি। হরাও-কুমহৈ, দেব-কর্ম, অমদি উসোব-মেলাদা থোইনা পূক্লিং চঙখিদে। ইরাবতকী লমজিং মখাদা লোন্না থবক তৌরকখি। অসুম্না খাইদেম প্রমোদিনীসু মচে থোইবীগুম মান্নবা খোঙথাংদা চঙশিল্লকখি। থোইবী অমসুং প্রমোদিনীনা চঙশিল্লকখিবা খোঙজঙ অসি থোইনা খেন্নবা লৈতে। অসুম্না ওইরকপা থোইবী দেবীগী রাজনীতিগী খোঙথাং অসি মতম অদুগী অঙম্বশিংগী নাকোং য়ৌখি। সরকারগী থবক তৌবনা রাজনীতি য়াওবা য়াদে হায়বগী অথিংবা লৈবনা

কেরানিগী ফম থাদোকপা তাখি। কম্যুনিষ্টকী মান্নবা খুন্নাইগী ঈচেলদা থোইবী অমসুং প্রমোদিনী তাউথমীন্নরকখি। নোংমা থোইবীগী য়ুমদা পুলিসনা থি-হূম্নগী থবক চথরকপদা লাইরিক, লাইরিক-মচা, চেজায় কয়ামরুম ফাগংখি। পূন্না কম্যুনিষ্টকা মরী লৈনবা লাইরিকশিং, চেজায়শিং ফাগংখিবসি মশীং ২৫৪ নি হায়নৈ।

মতাং অসিদা খাইদেম প্রমোদিনীগী ব্রাফমসু খরদং নীংশিবা য়াই (মসি মখাদা লাক্কদবা প্রমোদিনীগী শন্নপ্পা পুক্সি ব্রারীগী শরুক অমনি)। থোইবী দেবীগী মফমদা থোকখিবা থৌদোক্কী পাউ তাবদা প্রমোদিনীনা মাগীদা লৈবা কম্যুনিষ্টকা মরী লৈনবা লাইরিক মখে নোংমা অহিং তূমদনা মৈ থাখি। লোইনা তাঙ্গোই ওনখি। তাঙ্গোই ফাওবা নৈখায়দুনা ঊৎ ওনহনখি। অহিং অদুগী নোংঙাল্লকপদা নোংমৈ পায়বা সিফাই ২০ না প্রমোদিনীগী য়ুমদা কোয়শিন্দুনা লৈরমখি। য়ুম অদুদা লৈরিবদি প্রমোদিনীগী মমা লুখ্রাবী শঙ্গায়নে, মচে অহলনে, প্রমোদিনী মশামক্লে মখোয় অহুমনি। মতম অদুদা লমাবম যদুমণি পুলিস ওফিসার অমা ওইরি। মহাক্না লাক্লিবশিং অদুগী লুচিংবনি। মহাক্কী কমান্দ মখাদা মাগা লোয়নরকপা ময়াম অদুনা প্রমোদিনীগী ইমুংদা থি হূমবৈ থবক চথখি। করি'মত্তা ফংবা ঙমখিদে। লাইবক ফৈ প্রমোদিনী। নুমিৎতুগী অহিংদা মৈ থাদোক্লমদ্রবদি করিগুম্বা অমদি শোয়দনা থোক্লমগনি। পুলিসনা ফংখিদবা অদুবুদি লাইবক ফরে, লাইবক থীরিবদি মমল য়াম্লবা চে-চাং অমদি লাইরিকশিং ঊৎ ওনখিবদুনি। করি'মত্তা ফংদবদুদা তৌনীংঙাই লৈত্রদুনা পুলিস ওফিসার যদুমণিনা প্রমোদিনীদা 'ইবেম্মা ইবুংগীদি সরকারগী হুকুমনিনা তৌদবা য়াদদুনা তৌবনিকো, ব্রারৌনু, ঐগী রিপোর্টতা করিসু ফংদে হায়না ইরগে' হায়খি।

থৌদোক অসিগী মতুংদা লৈকায়গী মচেম মনেম কয়া লাক্তুনা প্রমোদিনীগী মমাদা 'ইবেম্মা, ইনে, ইন্দোন শঙ্গায় ! করিনো নঙনা তৌরিবসি, নচাসে নুপীনে নুপী, নুপা ওইর'দি ফৈ, মতুংদা অমুক সিফাই লাক্তুনা থিরবদি লৈকায়না য়ারোইকো, হায়দে হায়নি হায়দুনা হায়বীরিবসিনি, চেকশিল্লু নচানুপীসে...' অসিনচিংবা কয়া হায়দুনা মিপাইহল্লি, কিহল্লি। শঙ্গায়দি করি'মত্তা খুমদে, তূমীন্না অদুম লৈখি। (প্রমোদিনীগী মতাঙদা য়াওগদবা শরুক খরা অসি থোইবী দেবীগা মরী লৈননা মাঙজৌননা ইজবনি)।

## পূর্ববানচল শেম্বগী মায়োক্তনাঃ

খৃ: ১৯৪৮ দা মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎখি। মসিগী মমাঙদা হিজম ইরাবততি সিলেট জেলদা লৈরিঙৈদগী কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর ওইরকখি। খৃ: ১৯৪৮ হায়রিবা চহীসিদা ইম্ফালগী হোদাম লৈরক্তা লৈবা তখেল্লম্বম ইবোতোম্বীগী য়ুমদা জেনেরেল বোদীগী মীতিং তৌদুনা মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎপা হৌখিবনি। ইরাবত অমসুং বোকুলনচিংবা মেম্বর ৮ না শাবা কমিটিদা বোকুলনা সেক্রেটরী ওইখি। নহারোল মতুংইনবা কর্ম্মী কয়া য়াওরকই। মখোয়না ইরাবতপু 'খুরা ইবুংঙো' কৌদুনা ইকায় খুম্নে। মতম অসিদা মণিপুরগী রাজনীতিগী ফীবম য়াম্না লুশিল্লকখি। সার্দার পটেলগী ভারতকী নিংথৌ পানবা লৈবাকশিং ভারত্তা পুনশিনবগী ৱাফম য়াম্না কনখি। মণিপুর, কাছাড, লুসাই চীং অমসুং ত্রিপুরা য়াওগদবা প্রদেশ অমা (পূর্ববানচল প্রদেশ) শেম্নবা হোৎনরকপদা ইরাবতনা অঙকপা ফংনা মায়োক্নরকপদগী অচৌবা ঈরাং থোরকখি। চীংগী লমদসু ঈরাং কনখৎলকখি। মি: এ দাইহোনা লুচিংদুনা চীংমীগী আন্দোলন চঙলকখি। দাইহোবু ফাদুনা কলিকতা (কোলকতা) গী জেল অমদা থমখি। ইরাবতনা মাগী লূপশিংগা লোয়ননা মীয়ামদা খুঙ্গংদা চঙদুনা মোবিলাইজ তৌখি। মসিদা ইরাবতপু অমুক্কা হেন্না কিনরকখি। মণিপুরদা অশান্তি থোক্নবগী অমদি চীংগী ঈরাংগী মরুদি ইরাবতনি হায়না মরাল শীদুনা মাগী লূপশিংনা পার্মিসন য়াওদনা মীতিং তৌবা, শোভাযাত্রা চৎপা অমত্তা য়ারোই হায়না সরকারনা থিংজিনখি। খৃ: ১৯৪৮ গী সেপ্তেম্বর ২১ দা পূর্ববানচল শেম্বগী মায়োক্তা প্রতিবাদ সভা অমা য়াম্না চাউনা এম দি য়ু হোলদা প্রজা সঙ্ঘ অমসুং কৃষক সভানা কৌখি। মণিপুরগী মায়কৈ খুদিংদগী মীটিং য়াওবা হাইগৎনরকখি। মীটিং অসিদা শরুক য়াগদবা লমলাই মায়কৈগী মীয়াম হৌদুনা পূর্ববানচল শেম্বগী মায়োক্তা স্লোগান দাবী কয়া লাউদুনা শোভাযাত্রা ওইনা লাকখি। পুংদোংবমদা খুৎলায় পায়বা সিফাইগা লোয়ননা পুলিস ফোর্স অমগা শোভাযাত্রা লাকপা মীয়ামগা মূক্নরকপগী থৌদোক অমা থোকখি। থৌদোক অদুদা পুলিস ওফিসার নরানবাবু শিখি। পুলিস ফোর্স অদুনা মীয়াম তানখায়খি, অশোক অপন কয়া থোকখি। থৌদোক অদুবু ঙসি ফাওবা পুংদোংবমগী ঘটনা হায়না খঙনরি। থৌদোক অসিনা মরম ওইদুনা

এম দি যুদা পাঙথোক্কদবা সভা পাঙথোকখিদে। মহারাজকুমার প্রিয়ব্রতগী ইন্টরিম সরকারনা ইরাবতপু ফানবা ৱারেন্ট ইসু তৌখি। ইবাবত ফোংনা লৈবা য়াখিদে। মাবু ফাবা ঙম্না মীদা মনা লুপা লীশিং তরা পীগনি হায়না লাউথোকখি। ইরাবত অমসুং মাগা লোয়নবা কর্মী অয়াম্বা অন্দগ্রাউণ্ড চঙখি (লোৎখি)। থোইবী দেবীসু ফোংনা লৈবা য়াদবগী ফীবমদা লৈখি। মরম অসিদগী, মহাকসু অন্দরগ্রাউণ্ড চঙখি (মীরোৎ ওইখি)। থোইবী দেবীগী অসিগুম্বা লৈনবুং (অন্দরগ্রাউণ্ড, লোৎতুনা লৈবা) গী পুন্সিদা অৱাবা খুদোংথীবা কয়া থেংনখিবনি। মফম অমদগী মফম অমদা হোং-তোংদুনা তম্পাক্কী মফম কয়াদা লোৎখিবনি। পুংদোংবমগী ঘটনা অসিগী মতুংদদি কিষান সভা, প্রজা সঙ্ঘ, ছাত্র ফেদেরেসনচিংবা লূপ কয়া বে-আইন ওইবে হায়না লাউথোকখিবনি। কিষান সভাগী মীওই কয়া ফাননবা খুঙ্গং কয়া চঙদুনা পুলিসনা মীয়াম কয়া ওৎখি। ফাওংলবা মপা মচা মপ রাইনতল্লে যাদ্রগা ফদৎলে, ফৈগন্দা পৌ থারগা নাক-য়েং তোংদুনা লেৎলি, থবাক্তা খোঙউপ বটনা কাওই, নোংমৈ গুন্দানা শুই, দম নাইনা খুল-খুল চঙদুনা ইরাবত থি, মীয়াম ওৎলি, অদুবু ইরাবতপুদি ফংখিদে, ফাবা ঙমখিদে। ইরাবতপু ফানবা হোৎনবগা লোয়ননা মাগী খোঙলোয় কয়াসু ফানবা তোংনখিবনি। ফাদনবা হোৎনবদা হায়নীংঙাই লৈতনা অৱাবা খুদোংথীবা কয়া থেংনখিবনি। মীরোৎকী পান্দ অসিদা থোইবী দেবী হায়নীংঙাই লৈতনা খুদোংচাদবা কয়া মায়োক্নখি। নূপীগা ওইবনে অতৈ খুদোংচাদবা কয়াগা লৈবনে মযমদা হল্লকপা তাখি। মতম খরা মযুমদা লৈববা তুংদা নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা খ্: ১৯৫১ দা পুলিস টীম অমা লাক্লুনা মাবু মযুমদগী ফারগা জেলদা থমজিনখি। চহী অনীবোম জেলদা থম্লবা তুংদা মহাকপু জেলদগী থাদোরকই। মতম অসিদা প্রমোদিনীদি গৌহাতি (গুৱাহাতি) দা লাইরিক তম্বা চৎখি। থোইবীনা জেলদা চঙলগা প্রমোদিনীনা করম্না নাম্থোকহৌবিবা হায়বসিদা মীয়াম্না অঙকপা অমা ওইনা ঙাওনখি।

**ওজা ওইরকপাঃ**

থোইবী দেবী স্কুলগী ওজা ওইনা হিংখিবনি। মেট্রিক পাস তৌরবা মতুংদা

ইকুই কুইদনা মহারাজকুমার প্রিয়ব্রত সিংহনা শীনবীদুনা মতম অদুগী ফিরোলগী কারখানা আর্টস এন্দ ক্রাফটসতা কেরানি ওইনা থবক তৌই। পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও মনুংদা খৃ: ১৯৪২ দা ইম্ফালদা জাপান্না বোম থাদৈ। থোইবী দেবী খুম্বোংদা লাঞ্জেল্লি। অদুদগী অমুক মণিপুর থাদোক্তুনা মপাবুংগী নাক সিলেটতা চৎলি। মতম খরা অপোকপা মপাইবুংঙোগী নাক্তা লৈরম্লগা খৃ: ১৯৪৫ দা মণিপুরদা থোরকই। হান্নগী থবক্তা অমুক হঞ্জিল্লি। থবক তৌনা তৌনা আই এ পরীক্ষা থাই। পাস তৌরবা তুংদা তম্ফাসনা স্কুলদা কেরানি ওইনা থবক তৌই। রাজনীতিগা মরী লৈননা মতম খরা মীরোৎ ওইখি, জেলদসু লৈখি। জেলদগী থোরক্লগা অমুক হন্না তম্ফাসনা স্কুলদা হঞ্জিন্দুনা থবক তৌই। মতম খরা কেরানি ওইরম্লগা অন্দর গ্রেজুয়েটকী পোষ্ট ফংদুনা ওজা ওই। খৃ: ১৯৫৪ দা বি এ পাস তৌরবা তুংদা গ্রেজুয়েটকী পোষ্ট ফংই। অসুম্না স্কুল অসিদা ওজা ওইনা থবক তৌরকখি। মখা তারা ওইনা স্কুল অতৈদা মফম হোংদুনা ওজা ওইরকই। মমৈদা ক্বাকৈথেল গার্লস হায়স্কুলদা হেদ মিষ্ট্রেস ওইনা লাকখি। কোন্না অমুক খুরাই গার্লস হায়স্কুলদা ট্রান্সফর তৌখি। ওজা ওইনা থবক্তগী পোথাবসি খৃ: ১৯৮৪ গী জনুয়ারী ১ দনি।

### ওজা অমা ওইনা থোইবী দেবীঃ

মপৃংদা থোইবী দেবীগী প্রোফেসনদি স্কুল ওজা ওইবা অসিনি। শক্লাইরবী ওজা অমনি। মীয়াম্না ওজা থোইবী হায়না ইকায়খুম্নবনি। মথৌ নিংথীনা তৌবীনি, মহৈরোয় কয়াবু অপোকপা মচাগুম খঞ্জবীনি। কদায়দা শোয়খিগদগে খনবদা শোয়দনবা থবক পাঙথোকপদা মায়পুননা মথৌ পাঙথোকখিবীনি। ওজা অমা ওইনা মহৈরোয়শিং অমদি মীয়াম্না অৱাংবা থাক্তা শকখঙনখিবনি। চুম্নগী তাকপি তম্বীবতা নত্তনা ছাত্রীশিংবু অতৈ হীরম কয়াদসু তাকপি তম্বীবগা লোয়ননা লমজিংবীখিবনি। মহাক্না ওজা ওইরকখিবসু মপৃংদা নুপীমচাশিংগী স্কুলদনি। নুপীমচাশিংবু (ছাত্রীসিংবু) লাইরিক তম্বগী লমদা চঙশিন্নবা হোৎনবদা চপচাবা মায়রোং য়াখিবীনি। মহাক্না লাইরিক তম্বা হৌরকপদা মৈতৈ সমাজনা নুপীনা লাইরিক তম্বা পাম্নরমদবা অদু কোক্লনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবীনি।

মতম্মা পুরকপা সমাজগী অওনবা লাকপগা লোয়ননা নুপা নুপী খায়দনা হৌজিক লাইরিক লাইশু তম্মরিবা অসি ওইরক্লবগী মতাঙদা মহাকসু থোইদোক হেন্দোক্লা পামজখিবনি অমসুং ফিবম অসি তারক্লবা হোৎনবদা মহাকসু শীংথানবা য়াবা থৌদাং লৌখিবীনি। ইস্টর স্কুল ফেষ্টিবেলনচিংবা থৌরম কয়াদা নুপামচাশিংনা শরুক য়াবগুম নুপীমচা (ছাত্রী) শিংসু শরুক য়াননবগীদমক মখোয়বু জগোয় তম্বীবনি, শক্লবা ঈশৈ ইবীবনি, লীলামচা (ব্রান এক্ট প্লেনচিংবা) গী স্ক্রিপ্ট কয়া ইবীখিবনি। শান্ন-খোৎনবগী লমদসু তাকপি তম্বীখিবীনি। ওজা ওইরিঙৈ মতমদা শান্নবৈ মতমদা, স্কুলদা মতম অমদা পাঙথোক্লরম্বা সরস্বতী পূজাগুম্বদা মাইকতা লাউবা অসি মহাক্লা পামজখিবনি, লাউবসু য়াম্মা হৈ, পক্লে। কাকৈথেল গার্লস স্কুলদা হেদ মিষ্ট্রেট ওইরিঙৈদা স্কুলগী থৌরমদা মহাক্লা মাইকতা ব্রা ঙাঙলকপদা/লাউরকপদা নৈকায়গী অতাবশিংনা হায়নৈ/ঙাঙনৈ *'ওজা থোইবীসি অঙাংশিংগী থবক্তা থব্রায় য়াম্মা য়াওই, ঙসাই অয়ুক্তে মাইক পায়দুনা লাউরিসিবু ব্রাবু ব্রাদমাল্লে।'* অসুম্মা হায়নবসু য়াওই *'ওজা থোইবীনবু মাইক পায়খ্রবদি য়োংনা চু পায়বসি ঙায় সুকথা হেক থাদোকলোইদবনি'।* অসুম্মা খাইদেম প্রমোদিনীনা থোইবী দেবীগী মরমদা মাগী লাইরিক 'ইচে থোইবী অমসুং অতৈ ব্রারীশিং' দা ইরম্মী। মীয়াম্মা ঙাঙনবা অসি তানীংদবগী ব্রা নতে, থোইবী দেবীনা অঙাংশিংগীদমক্তা থব্রায় য়াওবা অদুবু থাগৎপনি।

**মীনা ঙাঙবা/তাকপা খুদক্তা লৌশিনবা ঙম্বাঃ**

থোইবী দেবী মীনা ঙাঙবা /তাকপা খুদক্তা তাপ তাপ লৌশিনবা হেক্তা ঙম্মী। ওজানা তাকপা কয়া হেক্তা ভাব তাই। লম অসিদা মহাক অতৈদগী থোইদোক হেন্দোকই হায়বা য়াই। মসিমক মহাক্কী তোপ তোপ্পা গুণ অমনি। খুদম ওইনা অমত্তং পঞ্জরবদা মহাক্কী মরমদা শক্লাইরবী অইবী খাইদেম প্রমোদিনীগী ব্রাফম মখোয়না দিল্লিদা বি এদ তন্নিঙৈগী মতাং অমা থমজরি ঃ *'দিল্লিদা নুংথিল নুমিদাংব্রাইরমদা লম্পাক্তা উখোঙ-ব্রাখোঙ চীংদোঙমচা লমহাংদা অঈংবা থিদুনা ফম্লগা লাইরিক পানৈ ঔরাইনৈ। ঐখোয় মণিপুরদৈ লাকপা ওজা ৩/৪ দি ইচেই (থোইবী দেবীগী) মনাক্তা ইকোয় কোয়না ফম্লগা*

*মাবু তমখ্রবা পারাশিং অদু শুগাইনা মৈতৈলোনদা তাকহল্লি। ইচেসু ঐখোয়সু ক্লাস মনুংদা পুল্লপ ফমমিন্নদুনা ওজানা তাকপদু তাহৌরিবনি। ইচেনা ওজানা তাকপদু ভাব মুন্না তারগা খঙলগা ঐখোয়না করিগী খঙহৌদ্রিবা ?'* (ইচে থোইবী অমসুং অতৈ ব্রারীশিং : লা: ৩)

**ৱাঙাঙ- ৱাতাদা নোক্লীংবা নুংঙাইবাঃ**

থোইবী দেবী ৱাঙাঙ- ৱাতা য়াম্না নুংঙাইবী নুপী অমনি। থোইদোক্লা মঙোন্দা ঙাঙবা শকপা অমসুং তৌখোরককপদসু অকি অখং থোইনা লৈতবীনি। তস্ক্লাসনা স্কুলদা ওজা ওইবিঙৈদা চহী খরা স্কুল অদুদা ওজা ওইমীন্নবী থাইদেম প্রমোদিনীগা য়াম্না লুনা তিন্নবকই। লমচৎ-শাজৎ, ৱাঙাঙ-শাঙাঙ, শাবান-নুংবান, প্যাঙিং-কাখল, অপাম্ম পামদা অসিনচিংবা কয়াদা মখোয় অনী মান্নৈ। মখোয় অনীমক ৱাঙাঙ- শাঙাঙ য়াম্না তৈশিংবগা লোয়নানা মখোয়না ঙাঙবা হেক্তা নুংঙাই, নোক্লীংবা পোকই। মবম চাদবু খল্লবাদি মীনা তৌনবা কয়া থৌ-ৱা শাদনা নাইথোকই। মখোয়না দিল্লিদা লৈরিঙৈদা হিন্দী লোনবগী মতাংদা প্রমোদিনীনা ৱাফম অসি থম্মী ঃ *'ঐনা, (প্রমোদিনীনা) খঙজবা হিন্দীদি ৱং ৱং লোল্লি। মবাংগা বা ঙাঙলে। মবক্তা হেক হেক তংথোকখি। লোন্নবা ৱাহৈ মাঙখি, লৈখিদে। 'ঐনা মখাদি কাং তায়না লোনগনি' হংঙে ইচেদা। ইচেনা নোক্লদুনা 'নঙগী লোল মাঙবা হায়দু তৌরবঙ ?' ঐনা (থোইবী দেবীনা) তাক্লগা লোল্লবাদি মীগী মাঙদা ফজদ্রে, অদুনা ঐ ওইনা ঙাঙনাবিবগেকো।'* অসুম্না মখোয় অনী ঙাঙনবগী ৱাফম প্রমোদিনীনা ফোংদোকলিবা অসি কয়াদা ফজরিবা, কয়াদা নুংঙাইরিবা। থোইবী দেবীনা খুল্লিবা অসিসু কয়াদা নোক্লীংলিবা, ফজরিবা, নুংঙাইরিবা লোয়ননা কয়াদা অর্থ লৈরিবা !

য়াম্না নুংঙাইবা, নোক্লীংবা, অর্থ লৈবা ৱারী অমসু লৈ। মখোয়না দিল্লিদা লৈবিঙৈগী ৱানি। নোংমা থোইবী দেবীনা প্রমোদিনীদা হায় ঃ 'হন্দকতি ছুটি খরা শাংনা থারিঙৈসিদা বৃন্দাবন অমুক্তং য়ৌরুসিদো। মৈতৈ ঐখোয়গী তীর্থ মফম্নি হায়দুনা মীসু য়াম্না চৎনৈ। ঐখোয়সু নকলিঙৈ অসিদা চৎলুবা য়াইনা।' মসিদা প্রমোদিনীসু কৈনে যাইনে হায়দুনা মখোয় বৃন্দাবন চৎলি। খোঙচৎ অদুগী মরমদা

করিগুম্বা খরদং প্রমোদিনীনা মখাগী অসুম্না থম্বীরম্মীঃ

'বৃন্দাবন য়ৌরে। ইচেহোয়গী লৈকাইদৈ অহল অমা বৃন্দাবন্দা বাস লৌদুনা লৈ হায়। অহল অদুগী লৈফম ময়ুম থিরে। ফংদুনা য়ুম অদুদা চঙলে। য়ুমদুই শুমাঙদা হনুবী অমা লেপ্পুনা লৈরম্মী।... অহল অদুনা ইচেবু হেক উবদা হায়ঃ হাইমা থোইবী নঙদি সিদা কমদৌনা ? কদোমদৈ?

ইচেনা শম্না 'লাকইনিদনা' হায়না খুম্মী।

অহল অদুনা হংঙি মী কয়া লোয়নরকপগে ? লাইফম শুনা উসোব কৎকদ্রা ? নুমিৎ কয়ানি লৈগদৌরিনো ?... ঐখোয় শ্রীধামগী মফম খরা য়েংলুখিগে... হল্লক্লগা ঙাঙনাসি হায়রল্লগা... থোবক্লে। রাধাকুণ্ড, শ্যামকুণ্ড য়েংলে। কুণ্ড অনীদুনা মীনা কক কক ইরনা ঈরুপ্লরি। তর্পন কৎনরি। কুণ্ড অনীদুই ঈশিংদি কমদৌরিব লৈনাংনি খঙদে, মী মরেকনি খঙদে নঙ-নঙ লাউই। মচুনা হঙ্গাম অখোংবৈ মঙী মচ় মাল্লি।

ইচেনা মদু উবদৈ হায়ঃ 'মাসিদগী পাপ কোক্লবনি হায়দুনা ঈরুপ্পা হৌনদে। নোবোক তারবসু মঙাইরে তাজরবা। মাসিগী ঈশিং আসদি খুৎনফাও শোক্লীরদে, শোয়দনা মঙীক পকলক্কা। অবোক ইবেম্মগী য়ুমদা গুহা অমা লৈহৌবা উরম্মী। মদুদৈ ঈশিং শোক্লৎনা ঈরুথোক্লসি। অসুব্রাইসি কুইনা লৈবা যাবা লম নত্তে। ঙসিমক দিল্লিরোমদা ৮.।। তৌরসি।'

অবোক ইবেম্মা ঐখোয় হল্লগে হায়দুনা লুপা ১০/২০ খায়নদুনা উৎসোব কৎপিয়ু হায়দুনা পীরম্মী। প্রসাদীসু অবোক ইবেম্মনা অদুম খুনবীরো হায়রল্লগা নুমিৎ অদুমক্তা ঐখোয় দিল্লিরোমদা হল্লকখি। হল্লকপদা বস মনুংদা ৱারী শানা শানা লাকখি মৈতৈনা তৌরিসি অঙকপনিকো হায়না।

ইচেনা হায় "মহোয় রাধকুণ্ড শ্যামকুণ্ড হায়বদুদা তীর্থনি হায় হায়দুনা ঈরুপ্লুবা য়ারিব্রাও? ঈশিংদুনা নঙ নঙ লাউরে। মচুনগা হঙ্গাম মঙী মাল্লে। মোৎসু হায়নীংঙাই লৈতনা মোৎলে। পাপ কোক্লবনি হায়দুনা থুং থুংবা মখৈসু ঈরুপশিল্লে। তীর্থগী ঈশিংদুবু লায়না জাৎ জাৎকী মঙীক ... না ঙাইরম্মনিনে। ফখ্রে ফখ্রে ঐখোয় গুহাগী ঈশিংদা ঈরুজরকপা" (ইচে থোইবী অমসুং অতৈ ৱারীশিং লাঃ ৪-৫)। বৃন্দবন খোঙচৎকী ৱারীসি প্রমোদিনীগী মতাঙদসু মতাঙদুগী

লা: ১৭- ১৮ দা শন্নবা থমজরি।

## য়ুম্বাল পুন্সিদা খোঙদাখিদবা ঃ

থোইবী দেবী পুন্সি চুপ্পা য়ুম্বাল লম্বীদা খোঙদাখিদে,কুমারী ওইনা লৈখি। মসিদগী মহাকপু কুমারী তখেল্লম্বম থোইবী হায়না খঙনৈ ইনৈ। মহাক্না য়ুম্বাল পুন্সিদা খোঙদাখিদবগী মরম কয়া লৈরম্বা য়াই। য়ুম্বাল পুন্সিদা খোঙদারবী নুপী কয়ানা অঙাং উনবগী মতাঙদা থেংনবা অৱাবা খুদোংথীবা য়াওবা, করিগুবা মতাঙদা মরায়বক থীরবী কয়া অমদি পুন্সি লোম্বা য়াওনবা অসিদা মহাক্কী থম্মোয়দা অকিবা ফাওখি। মসিসু মরম অমনি।

## থোইবী দেবীগী হৈনজবী খরা ঃ

ইবা হায়বা অসি থোইবী দেবীগী হৈনজবীনি। অসি নত্তবা মাগী হৈনজবী খরসু লৈরি। হান্না মথক্তসু পনজখ্রে থোইবী দেবী অঙাং ওইরিঙৈ নুপামচাশিংগতা শান্নরম্মী। মখোয়গা লোয়নননা কাঙজৈ শান্নমিন্নৈ, ফুটবোল শান্নমীনৈ। মসিদা নত্তনা নুপাগী মশান্না কয়াদসু অদুম য়াওরকই। মসি মাগী হৈনবীনি। মহাক্না য়াম্না হৈবা অমনা নুপাগী শম ককপনি। মাগী লৈকায়দা লৈবা অহল ইবুংঙো হাওবম ইবোয়াইমদি মাবু শম হেক হেক ককহল্লি। মহাক নৎত্রবদি কনাদসু শম ককখিদে হায়নৈ। মহাক পূং য়ৈবসু হৈ, ইশৈসু হৈ, সিতার খোংবসু হৈ। মহাক্কী য়ুমদা হারমনিয়ম, তবলা, সিতার শুনা লৈ। মহাক্না দিল্লিদা বি এদ তম্বা হৌরকপদা মণিপুরদা থোক্লমদাইদা ময়াম্না কলচরেল প্রোগ্রাম অমা উৎনবা শীল্লি। অহে অহৈবা উৎনদৌবনি।মীরমগী মমান্নবা ময়ামগা ওজাশিংগনা মণিপুরদৈ লাকপা মখে মৈতৈ জগোয় অমা উৎতবা য়ারোই হায়খি। করম্বা জগোয় উৎকনি, কনানা করি শারগা পক্কনি নুমিৎ নীনি চঙবা মখে খন্নখি। মহাক্না "খম্বা-থোইবীগী জগোয় উৎকনি মশামক্না থোইবী শানি হায়খি। থোইবীনা থোইবী, খৌবালদগী ৱাইখোম তোমচৌনা খম্বা শারগা উৎপা তাখি। মহাক্না কোয়চৎ চৎতুনা হংলুবদা দিল্লিদা মৈতৈ জগোয়গী ওজা ময়াং পূংয়ৈবা অমা থেংনখি। মঙোন্দগী খম্বা-থোইবীগী ফিজোল শুনা ৱায়খি। মহাক্না ময়াং পূংয়ৈবা অদুদা পূংলোন

ময়ে নোংমা নীনিদুদা তম্বীখি। জগোয় ঔরাইমিন্নদুনা কলচরেল প্রোগ্রাম অদুদা খম্বা-থোইবী জগোয় ফজনা পাঙথোকখি। অঙকপনি মহাক্না ময়াং পূংয়ৈবা অদুবু য়াম্না থুনা পূংলোন তম্বীদুনা মখোয়গী পূং য়ৈহনখিবা। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা হৈনবী ওইনা মৈখু শীজিন্নরকই। ময়ৈদা হারা কংখু লায়নাগী অরা চৈথেং ফংলবদা মৈখু শীজিন্নবা তোকখি। অতৈ পামজবা খরনা সিনেমা য়েংবা, টেবল টেনিস অমসুং বেটমিন্টন শান্নবনি। করি করিগুম্বা মতাংদা নুপা মান্না নুপাগী রাঙাঙ ঙাঙলবসু হৈনজৈ।

**আধুনিক ঈশৈ ইবী অমা ওইনাঃ**

হৌজিক 'মতমগী ঈশৈ' হায়নরিবা অসি মতম অমদা 'আধুনিক ঈশৈ' হায়না খঙনরম্মী। থোইবী দেবী আর্ধুনিক ঈশৈ ইবী অমা ওইনা মমিং চৎলি। ঈশৈ য়াম্না ইখি, চনীগী মথক্তনি। মসি'' লৈবাক নীংবগী ঈশৈ কয়াসু য়াওরি। মণিপুরদা আধুনিক ঈশৈ ইবা অসি নুপীশিংগী মনুংদা থোইবী দেবীনা অহানবনি হায়নৈ। মহাক্না ইরম্বা ঈশৈ কয়া হৌজিকসু ইনৌতা নৌরি। অহলসু নহাসু পাম্নবা পূন্না তামিন্নবা য়াবা কয়া য়াওরি। *শাগৈগী মৌনি খঙদবরা শ্যাম* হায়বা ঈশৈসিনা নহা অহল অনীমক্কী থম্মোয় শুমহৎ হল্লি। *নঙগা অমুক্তং উনজরবদি মহৈ য়াল্লে খল্লম্বনি পুন্সিসে* হায়বসিনা অতাবশিংগী থম্মোয়দা করিগুম্বা খরা মমি তাহল্লি। খুদম অমা অনীদং পঞ্জবতনি। মহাক্না ইরম্বা ঈশৈ কয়া অতাবশিংদা করিগুম্বা খরা হেক্তা ফাওহল্লি। ঈশৈদা থোইবী দেবীগী ময়েক খ্বাইনা খঙনরিবনি।

**সংস্থান কয়াগা মরী লৈনরম্বা ঃ**

থোইবী দেবী সাহিত্য অমসুং অতৈ সমাজগী সংস্থান কয়াগা অচেৎপা মরী লৈনরকই। মদুগা সংস্থানশিং অদুগী অহকপা মরুচঙবা মেম্বর ওইরকখি। অঙাং ওইরকঙৈদগী হৌনা সমাজগী সেবা তৌবদা পামজবা লাকখিবনি। চহী য়ামশিল্লক্লবা ফাওবা মসিগী রাখল মহাক্কী থম্মোয়দা অদুম মমি অদুনা লৈখি। অদুনা নুপী সমাজ অমসুং নাৎকী সংস্থান কয়াদা য়াওখি। খৃ : ১৯৬২ দা লিংখৎখিবা

মণিপুর মহিলা কল্যান সমিতিগী ফাউণ্ডর মেম্বরনি। ইহান হানবা ওইনা সংস্থান অসি শ্রীমতী সরযুগী শঙ্গোয়দা লাময়ানবী নুপী খরা পূনশিন্দুনা হৌদোকখিবনি। সংস্থান অসিগী উদেশ্যাদি মরায়বক থীরবা, মপা মমা লৈজদ্রবা অঙাং কয়াবু য়োকপি থাকপিবা অমসুং মীওইনবা শেম্বীবনী। দ্যুলালেণ্ডা হৌজিক্তি মসি শীংথানবা য়ারবা "চিলড্রেন হোম" ওইবা লৈরে। সমিতি অসিগী চে-ফোঙ অমা লৈরম্মী। 'নুপীগী চাওখৎ-খোঙথাং' কৌই। চে-ফোঙ অসিগী এদিতর মহাক্না ওইরম্মী। সাহিত্যগী সংস্থান খরগসু মরী লৈনরকই অদুগা সংস্থানশিংদুগী অচঙবা মেম্বর ওইরকখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী কার্য্যকারি মেম্বর ওইরম্মী। 'কলচরেল ফোরম', ইম্ফালগী ফাউন্দর মেম্বরনি। ফোরম অসি খৃ: ১৯৫৮ দা লিংখৎপানি। মাসি লিংখৎপদা মহাক্না অচৌবা থৌদাং লৌরকখি। অদুগা মাগী মিংদা মনা লানথোক্লবা চাউরবা শেলফম অমসু কৎখি। ফোরম অসিগী প্রাসিদেন্টস ওইরমখি। ফোরম অসিনা পুথোকপা চেফোঙ 'ঋতু' গী এদিতরস ওইরকখি। শেলথুমগী মতাঙদা লাইরিক ফোঙবা অসি সমস্যা অমান, লাইরিক ইরগা ফোঙবা ঙম্নদবা কয়া য়াওবি। অইবশিংনা ইরবা লাইরিক কয়া ফোঙবা ঙম্মনবগীদমক 'রাইটর্স ফোরম' কৌবা সাহিত্যগী সংস্থান অমা লিংখৎপদা মহাকসু য়াওরকই, মসিদা মায়পুননা মহাক থবক তৌখি। মতম শাংনা মহাক্কী য়ূমদা ফোরম অসিগী ওফিস ওইরম্মী। ফোরম অসিগী অহানবা প্রসিদেন্টস মহাক্না ওইখি।

### অইবী অমা ওইনা থোইবী দেবী ঃ

থোইবী দেবীবু মীয়াম্না ঙসি কাওবা শকখঙলির্বাস অইবী অমা ওইননি। তুংদসু অদুম খঙনহৌগনি। স্কুলদা ওজা ওইবিঙৈদা লাইরিক কয়া ইরম্মী অমসুং ফোঙলম্মী। থবক্কগী পোথারবা তুংদসু ইবা লেপ্তে। ঈশৈগী ময়েক ইবদসু অসি মঙায়। মহাক্না ওজা ওইরিঙৈদা থোইদোক হেন্দোক্না মমিং চৎলবা বুক ষ্টোর 'ও কে বুক ষ্টোর' হায়বা লাইরিক্কী দুকান অসিদা স্কুল ছুটি থারবা তুংদা ফমদুনা হেক হেক পোথাই। মফম অদুদা শক্লাইরবা অইবা কয়াগা ৱারী ৱাতাই শানবা ফংখি অমসুং মখোয়গা শকখঙনখি। থোইবী দেবীনা লাইরিক ইনীংবগী

অপান্থা লাকখিবসি দুকান অদুগী মপু তেলেম আবীরনা ঈথিল পীবদগীনি হায়নবা য়াওই। অমবু ওইরে অমবু ওইরে, মঙোন্দা লৈবা ইথোকপা ঙম্বগী করিগুম্বা শক্তি অমা লৈবা অদুনসু লাইরিক কয়া ইবা ঙমখিবনি। মসি মপোক্কী ওইনা পীথোবকপা ওইরম্বসু য়াই। চহী খরা সিলেটতা লৈরুবা অদুগী মহয় ওইনা বাংলা লোল খঙলকখি। মসিনা মরম ওইদুনা বাংলা লোলদা ইবা লাইরিক খরা মণিপুরীদা অনুবাদ তৌবদা অমসুং পারগা ইথোকপদা য়াম্না খুৎলোয়খি। অইবী অসি উপন্যাস, ৱারীমচা, শৈরেং, ৱারেং অমসুং ঈশৈ ই। উপন্যাসকার অমা ওইনা মহাকপু শীংথানৈ। আকাশবাণী ইম্ফালগী শৈরেংবীনি। লাইরিক ১০ গী মথক্তা ইরম্মী অমসুং ফোঙলম্মী।

## থোইবী দেবীগী লাইরিকশিং ঃ

১। কায়না ঈহৌ (দা. আই আর বাবুগা হন্দোকমীন্নবা), ১৯৫৭ ইং।
২। মীরাবাই (অশম্বা পুন্সি ৱারী), ১৯৫৯ ইং।
৩। বিক্রমোর্ব্বশী (কালিদাসকী নাটক), ১৯৬৩ ইং।
৪। রাধা (উপন্যাস), ১৯৬৫ ইং।
৫। নুংশি ঈচেল (উপন্যাস), ১৯৬৭ ইং।
৬। দৃষ্টিপাট (যজাবরগী হন্দোকপা - মীৎয়েং অমা), ১৯৬৯ ইং।
৭। চীংদা শাৎপী ইঙৈল্লে (উপন্যাস), ১৯৭১ ইং।
৮। লমজা (উপন্যাস), ১৯৭৯ ইং।
৯। মীৎয়েং অমা (ৱারেং), ১৯৮৩ ইং।
১০। রবীন্দ্রনাথকী ৱারী খরা (হন্দোকপা), ১৯৬৭ ইং।
১১। পোষ্ট মোর্টেম (ৱারীমচা), ১৯৯০ ইং।
১২। নীংশিংলকলি ঙসিদা (পুন্সি ৱারী, লৈখিদ্রবা তুংদা ফোঙবা), ১৯৯৭ ইং।

কালকুটকী 'শাম্ব' ভরত চনুগী আদর্শ, সমাজ শিনদম্বা (১৯৫৮) অসিনচিংবসু ইরম্মী।

**ফংখিবা মনা- মথুম, এৱার্দ উপাধিঃ**

সাহিত্যগী লমদা মহাক্না ইরম্বা লাইরিকশিং অমদি মহাক্না পাঙথোক্লম্বা থবক্কা মবী লৈনননা মঙোন্দা মনা মথুম, এৱার্দ অমদি উপাধি কয়া পীদুনা মহাকপু ইকায় খুম্নখি। মহাক্না ফংখিবা মনা মথুম, এৱার্দ অমদি উপাধিশিং অদুদি মখাগী অসিনি ঃ

১। খৃ: ১৯৫৮ দা 'সমাজ শিন্দম্বা' হায়না মিংথোনবা লাইরিক অমা ফোঙখি। হায়রিবা চহী অদুমক্তদা অঙাংগী সাহিত্যগী লাইরিক চাংদম্নবদা লাইরিক অসিদা অনীশুবা মনা পীদুনা মহাকপু ইকায়খুম্নখি। মনা অসি এদুকেসন দিপার্টমেন্টনা পীবনি।

২। খৃ: ১৯৬৯ দা যজবরগী লাইরিক 'দৃষ্টিপাট' মণিপুরীদা 'মীৎয়েং অমা' হায়না মিংথোন্দুনা ফোঙই। লাইরিক অসিদা 'সাহিত্য একাদেমী, ন্যু দিল্লিনা খৃ: ১৯ ৮৯ দা পীবা অনুবাদকী সাহিত্যগী মনা ফংখি।

৩। খৃ: ১৯৭৫ দা 'ইন্টরনেসনেল ৱুমেন ইয়ার' দা 'ৱুমেন ইন লিটরেচর' গী মনা ফংখি।

৪। খৃ: ১৯৯০ দা মাগী ৱারী মচাগী লাইরিক 'পোষ্ট মোর্টেম' হায়বা লাইরিক সি ফোঙই। লাইরিক অসিদা মহাক ১৯৯২দা ষ্টেট কলা একাদেমী এৱার্দ ফংই।

৫। খৃ: ১৯৮৯ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা পরিষদকী ৫৪শুবা চহীগী মীফমদা মহাক্না মণিপুরী সাহিত্যগা তৌবীরিবা খুদোলবু শকখঙবা ওইনা 'সাহিত্য ভুষণ' হায়বা উপাধি পীদুনা মহাকপু ইকায়খুম্নখি।

মসিদা নত্তনা খৃ: ১৯৭১ দা ফোঙবা মাগী লাইরিক 'চীংদা শাৎপী ইঙেল্লে' হায়বা লাইরিক অসিদা লাইরিক্কী মখুম ফজবগীদমক আর্ট এন্দ কলচর দিপার্টমেন্টনা মনা পীখি।

**কৎখিবা মনা ঃ**

খৃ: ১৯৮৫ দা মশাগী মিংদা 'থোইবী এৱার্দ' মনা অসি লাম্ফোক্লবা 'কলচরেল ফোরম' ইম্ফালদা লু: ৩০,০০০ কৎখি। চহী অনী অনীগী ওইনা

মনা অসি মণিপুরী সাহিত্য, হেন্দিক্রাফটস য়াওনা প্লাষ্টিক আর্ট অমসুং আধুনিক মণিপুরী ঈশৈদা থোইদোক হেন্দোক্লবা শক্লাইরবা মীওইশিংদা পীবনি।

**থবক পোথারবা মতুং অমসুং অরোইবা য়াহীপ ঃ**

'হৌজিক ঐখোয়না তৌবা য়াবা হায়বু সমাজ সংস্কারগীদমক খরা ইরম্বা তাই, ইসি। মীনা পাগে হায়রসু পাসনু পারোই হায়রসু তোকসনু। ইদুনা থনমসি।' ৱাফম অসি থোইবী দেবীনা অইবী খাইদেম প্রমোদিনীগী মফমদা থবক্তগী পোথারবা মতমদা হায়খিবনি। মখোয় অনী তিন্নরকপীনি, লোয়নরকপীনি, তম্ফাসনা স্কুলদা ওজা ওইমীন্নরকপনি, ওজা ওইদ্রিঙৈ মখোয় অনী থোইনা তিন্নরমদে, স্কুল তন্নিঙৈদা শকতনি খঙনরকপা, ওজা ওইরিঙৈ মতমদনি তোৎন তিন্নখিবসি। চহী অমত্তদা পরীক্ষা থাদুনা বি এ পাস তৌমীন্নবনি, দিল্লিদা পূন্না চৎমীন্নদুনা বি এদ লোইশিন্নমীন্নবনি। কোন্না প্রমোদিনীনা দিবেলপমেন্ট দিপার্টমেন্টতা (খৃ: ১৯৫৯ দা) চঙখিবনি, থোইবী দেবীনা ওজাগী থবক্তা অদুম লৈহৌবনি। শিনফম্না যাদবদগী তত্তনা উনরম্বা মখোয় অনী তোয়না উনবগী খুদোংচাবা খরা ৱাৎখি। থবক্তগী পোথারবা মতুংদদি মখোয় অনীমক তোয়না অমুক উনবগী খুদোংচাবা লৈখি। মতাঙ অসিদা মখোয় অনী তানৈ হায়নৈঃ 'শক ফজবী ফম্বাক কাদুনা লীলা য়াওবা য়াবা মীওইসু ওইদে, মান্দোব ময়ায়দা থোক্তুনা ঈশৈ শকপা ঙম্বীসু নত্তে, পোৎফম ফমদুনা পোৎ য়োনবা য়াবা মীতাসু নত্তে, অচুম্বা হায়বা পোৎশক লৈত্রবা অমদি শেলগী যুগ অসিদা রাজনীতিদসু খোঙদানীংদ্রে, অদুনা করি তৌসিগে হায়নবদা ইবগী থবক্তা চঙশিনসি' হায়দুনা মখোয় অনী ৱারেপ্লখি। অসুম্না মখোয় হান্না অইবী ওইরকপগা লোয়ননা মতুংদসু অইবী ওইখিবনি। অসুম্না সাহিত্যগী উসোবতা মখোয় চাক্লুক অমমম ফংবা ঙমখি। অসুম্না মখোয়গা তিন্নরকপী মহারাজকুমারী বিনোদিনীসু হান্ননা অইবী অমা ওইখ্রবীনি, মখোয় অহুম্মক অইবী ওইনা শক্লাইরবী মীশক ওইখিবনি।

থবক্তগী পোথারবদা মতম ফংদুনা অইবী অমা ওইনা পুন্সি লেনখি, সাহিত্যগী লমদা হেন্না পূক্লিং চিংশিনখি। 'পোষ্ট মোর্টেম' (ৱারী মচাগী লাইরিক-১৯৯০) ইখি, পুন্সি ৱারীদা 'নীংশিংলক্লি ঙসিদা' (শিরবা তুংদা

ফোঙবা-১৯৯৭) ইখি, লোয়ননা ঈশৈ কয়াসু ইখি। অইবী অসি মরক মরক্তা প্রমোদিনীগী নাক্তা চৎতুনা হেক হেক উনৈ, প্রমোদিনীসু মচেগী (থোইবীগী) দা হেক হেক চৎলি। উনবা খুদিংগী থোইবীনা প্রমোদিনীদা 'নঙ অনৌবা করি ইগে খল্লি' হায়না তত্তুনা হংই। 'শোল্লক্লবনিনা ঐখোয়গীদি ইবা নত্তুনা কৈসু তৌনীংঙাই লৈত্রে, মীনা পানীংদদুনা পাবীদ্রবসু ঐখোয়দি ইরম্বা তাই, ঐখোয়না মৈতৈ সমাজ অসিদা হায়রমনীংবা ব্রাফম খরদি ইদুনা থনম্বা হায়বসে ঐখোয়গী ইথৌনিনে, হেক ঙমলিবমখৈ ইরম্মু ঐসু ইরমগে' হায়না থোইবী দেবীনা প্রমোদিনীদা হায়রমখি।

অসুন্না থোইবী অমসুং প্রমোদিনী লোয়নরকখি, তিন্নরকখি। খৃ: ১৯৮৮ দা প্রমোদিনী মেজর হার্ট ওপরেসন অমা দিল্লিদা তৌরুই। হল্লক্লবা মতুংদা নোংমা থোইবী লাক্তুনা প্রমোদিনীদা ওপরেসনগী মরমদা হংই। 'ঐবু লাইনা চানীংদমাল্লে হিংলক্লে, অদুনা ইচেহোয় খ্বাই ময়াম উনবা ফংলিবসিনি' খুম্বদা 'নঙনা হেক হায়দোরকপসিমা' হায়দুনা নোকমীন্নে মখা তানা ইবা ঙমখিগদ্রা হায়নসু হংবীখি। থোইবীগা প্রমোদিনীগা ইকোন কোন্না শক্কা শক্কা উনদুনা ব্রারী শানবা ফংখিবসি খৃ: ১৯৯৫ গী দিসেম্বর ৩ দনি। প্রমোদিনীগী যূমদা প্রমোদিনীগী লাইরিক ফোঙবগী থৌরমদা ময়ায় তাঙবল লৌখিবী থোইবীনা প্রমোদিনীগী মরমদা থাগৎতুনা অসুন্না হায়খিঃ 'প্রমোদিনীনা ঙাঙনীংবা, শক্লীংবা, ফোঙদোক্লীংবা ফোঙদোকপদা অকিবা লৈতে, অখাকপা লৈতে হেক্তা ফোঙদোকই, হেক্তমক ইথোকই। মসি অইবী অসিগী চাউরবা গুণ অমনি। ইগে খল্লবদি ইবদা অকিবা লৈরোইদবনি, অকিবা পোকলোইদবনি।'

মাগী মাগী মতম শুরক্লবদি চৎননবা লম্বী হেক্তা লাকই, অশোনবগীসু অকনবগীসু, লাইরবগীসু ইনাকখুনবগীসু, অহলগীসু নহাগীসু। মতম শুজিল্লক্লবা হায়বদু ওইরমাল্লে থোইবী দেবী অমুক নাই অমুক ফৈ অসুন্না মতম লেল্লকখি। খরা ফরে খন্নরুই অমুক নারে হায়বগী পাউ হেক্তা ফংই। মরক মরক্তা চৎথোক চৎশিন তৌদুনা উনরম্বা প্রমোদিনীগসু তোয়না উনবা ফংখিদ্রে। হকচাং শোনবনা মরম ওইদুনা প্রমোদিনীসু নোংমতা চৎতুনা হংলুবা ঙমখিদে। পামজবা থৌরম ওইবনা হকচাং ঙমদ ঙমদ মখোয় অনী করিগুম্বদা মরক মরক্তা কবি

[redacted]

সম্মেলনগুম্বদদি উনবা য়াওই। অয়াম্বা মতমদা চৎথোক চৎশিন ঙম্মদবদগী মখোয় উনবা ঙম্মখিদবনি। প্রমোদিনীনা ফঙ্কসন কয়া মশা ঙমদবদগী য়াওবা চৎতবদা থোইবীনা তত্তনা এম কে বিনোদিনীদা 'প্রমোদিনীদুবু মশা কয়াম শোল্লিজাৎনো ফঙ্কসনদা করিদা লাকপা ইউ উখিদ্রে' হেক হেক হায়। মখা তানা 'নোংমা অমুক্তা অনাবা হংলুসি' হায়। অদুবু লাইবক থীবদি অনাবা হংলুসি হায়রম্বা থোইবী দেবী হকচাং য়াম্না কন্না নাদুনা হোসপিতালদা পুখৎখ্রে। হান্নদি মশা অমুক না অমুক খরা ফা অসুম তৌনা লৈরকপদু হন্দক্তি মাগী অরোইবা ওইরমাল্লে, 'সুম থোক্কনি ইথা থাজদনা ইকুই কুইদনা খষ্টগী কুম ১৯৯৬ কী ওক্টোবর ৯দা মাগী তাইবঙ চেঙজেল লোইরদুনা অরোইবা য়াহীপ ওইনা মাগী থবায় মিরেন্না মপু মাগী মশাইগোন্দা চঙজখি।

[redacted]



# কুমারী থোইবী দেবীগী মরমদা খরদং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | মিং | ঃ | কুমারী তখেল্লম্বম থোইবী দেবী |
| ২। | পোকফম /লৈফম | ঃ | ব্রাহেংবম লৈকায়, ইম্ফাল |
| ৩। | পোকপা নুমিৎ /চহী | ঃ | জানুয়ারী ১, ১৯২০ ইং |
| ৪। | অপোকপগী মিং | ঃ | প্রশন্নকুমার দাস |
| ৫। | অপোকপীগী মিং | ঃ | খাম্নাম নীংঙোন খুমন দেবী |
| ৬। | তখেল্লম্বম য়ুম্নাক ওইবগী মরম | ঃ | মপাবুংগী দুকান্দা থবক তৌবা তখেল্লম্বম চাউবগী য়ুম্নাক লৌবা |
| ৭। | মহৈগী থাক | ঃ | বি. এ., বি. এদ. |
| ৮। | তৌরম্বা থবক | ঃ | অহানবদা আর্টস এণ্ড ক্রাফটসতা কেরানি অদুদগী স্কুলদা কেবানি মথংদা ওজা, অরোইবদা প্রোমোসন ওইনা হেড মিষ্ট্রেস |
| ৯। | থবক্তগী পোখাবা নুমিৎ | ঃ | জানুয়ারী ১, ১৯৮৪ ইং |
| ১০। | মেরিটেল ষ্টেটস্ | ঃ | কুমাবী |
| ১১। | কলচরেল অমসুং অতৈ এক্টিবিটিজ | ঃ | লাইরিক ১০গী মথক্তা ইদুনা ফোঙখি। মরৈবাক নীংবা ঈশৈ য়াওনা আধুনিক ঈশৈ (মতম ঈশৈ) ময়েক কয়া ইখি। মণিপুব মহিলা কল্যান সমিতিগী ফাউন্দর মেম্বর, সমিতিগী চেফোঙ "নুপীগী চাওখৎ খোঙথাং" গী এদিতর, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী কার্যাকারি মেম্বর, কলচরেল ফোরমগী মেম্বর লোয়ননা ফোরমগী চেফোঙ ঋতুগী এদিতর, রাইটর্স ফোরমগী অহানবা প্রসিদেন্ট ওইখি। |

| | | |
|---|---|---|
| ১২। ফংখিবা মনা মথুম অমসং উপাধি | ঃ | ১। "সমাজ শিন্দম্বা" হায়বা অঙাংগী লাইরিক্তা ১৯৫৮ ইংদা চিলড্রেন লিটরেচর কমপিটিসন্দা অনীশুবা মনা (এদুকেসন দিপার্টমেন্টনা পীবা)।<br>২। ইন্টরনেসনেল ৱুমেন ইয়ার (১৯৭৫) দা "ৱুমেন ইন লিটরেচর" গী মনা।<br>৩। খৃ: ১৯৮৯ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা পীবা "সাহিত্য ভুষণ" হায়বা উপাধি।<br>৪। খৃ: ১৯৮৯ দা সাহিত্য একাদেমী, নিউ দিল্লিনা পীবা সাহিত্যগী ট্রান্সলেসন এৱার্দ (দৃষ্টিপাট মণিপুরীদা হন্দোকপগী)।<br>৫। ষ্টেট কলা একাদেমী, ইম্ফালনা পীবা ষ্টেট কলা একাদেমী এৱার্দ-১৯৯২ (মাগী "পোষ্ট মোর্টেম" হায়বা লাইবিক্তা পীবা)।<br>৬। মথক্কী অসি নত্তবা অতৈ মনা মথুম কয়া। |
| ১৩। মরী লৈনখিবা সংস্থানশিং | ঃ | ১। মণিপুর মহিলা কল্যান সমিতি (হৌজিক্কী চিল্‌ড্রেন হোম, দ্যুলালেণ্ড)<br>২। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল<br>৩। কলচরেল ফোরম, ইম্ফাল<br>৪। রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল |
| ১৪। কৎলম্বা মনা/এৱার্দ | ঃ | কলচরেল ফোরম,ইম্ফালদা "থোইবী এৱার্দ" |
| ১৫। অরোইবা নুমিৎ | ঃ | ওক্টোবর ৯, ১৯৯৬ ইং |

## শক্নাইরবী অইবী মহারাজকুমারী বিনোদিনী

মহারাজকুমারী বিনোদিনী অশম্বীদা এম: কে: বিনোদিনী মণিপুরী সাহিত্য, কলা অমসুং সংস্কৃতিগী অতিয়াদা চিংলেম্না শজিক থাবাগুম ঙাল্লম্বী অবংবা থরানমিচাক অমনি। "সনা ইবেম্মা" হায়না নুংশিনা মিংগৌনবীনি ইকাযখুমনবীনি অহল-লমন্না, হৌমিন-কামিন্নরকপীশিংনা, চহী লেংগা ওইবশিংনা, চহী মথক থোংবশিংনা; নুংশিনা কৌজবনি "ইমাশি" হায়না চহী মখা থাবশিংনা, নহারোল মীওই কয়ানা। সনা লৈবাক মণিপুরগী তাঙলবী মমোমনি বিনোদিনী। শ্রীযুৎ চূড়াচান্দ মহারাজ অমসুং মহারাণী ধনমঞ্জুরী অনিনা ফংজখিবা মজা ইবেম্মা মঙাগী মনুংদা ইতোন তোনবী মমোমনি। হায়নর্বনি সাহিত্যদবু ওইরবসু, কলাদবু ওইববসু, অমদবু ওইরবসু মানা শোকপু শোকলুববা হেক্তা সনা মওল্লি। হায়রৈ মহাক্না শোকপা খুদিং লোইনা মায় পাকখি, মশেক মঙাল নাইবা হয়বদু হেক্তা মওইখি। সনা কোনুংগী অকে অমৌ মোন্দুম-মোন্তেক মরক্তগী তোমথিন ঙাম্না লিৎখৎলকখিবীনি। সধারণ মীয়ামগা তিন্ন-তোৎননা লম কয়াদা ইমা লৈবাক মণিপুরগী মিংচৎ শুরকুবা হোৎনবীরমখিবীনি। ফজববু য়াম্না পামজবী মীশক্নি। নুপী ওইবগী পামজবী মকে শেম্মদা মহারাজকুমারীদা মহারাজকুমারী ওইখিবীনি। সনা-লুপানা কেবদগীদি লৈ-শুনা কেবনা হেন্না পামজবিনি। নাদা সনা কয়া য়ান্দুনা

-শক্নাইরবী অইবী মহারাজকুমারী বিনোদিনী-

কেবগী মহুত্তা অশাংপা লৈ আতরগুলাপ অঙাংবা, চন্দ্রমুখী, হঙ্গাম মপাল মচুগী পিকতকপা লৈ চিন্দুনা নাখুন্দা থিংজিন্দুনা লৈতেংজবনা হেন্না পামজবীনি। ইন্নফিনা কোক কৃপ্পদা থোইদোক্লা পকচবীনি, লেমজবীনি । মণিপুরদা নুপীনা লাইবিক তম্বা পাম্নদ্রিঁঙে অমসুং তুক্কচবা মীৎয়েংনা য়েংনবিঁঙে মতমদা লাইরিক তম্নকখিবীনি। নুপীলক্তা মণিপুরগী অহানবা গ্রেজুয়েটনি । মীয়াম মাঙ্গদা ৱা ঙাংবদা ৱাহৈ খুদিং অমৃত চেনবীনি । ৱাহৈদা, ৱাঙাংদা অমৃত চেন্না শাফৃ কনবীনি, শক্তি লৈবিনি । সাহিত্য, জগোই, ঈশৈ, থিয়েতর, ফিল্ম, পেন্তিং, লাইশাবনচিংবা কয়াদা শোক্তবা লৈখিদবীনি, চুম্নতা শোকলুবা, য়াওরুবা, শম্নরুবতা নত্তে, লমশিং অদুদা শক্লাইববী মশক থোক্লা থবক পাঙথোকপী মীশক অমা ওইখিবীনি । মহাক্কী লোলগী তোঙনবা মশক লৈজবীনি । উপন্যাসতা, লমকোয়-ৱারীদা মাগী ৱারী খৃৎলিনা, পাউদম লাকতমনা, খৃৎফোঙদোক্লা, লানথোকপা খৃৎলানথোক্লা লোইনা মতিং লৈবনিনা অপাবশিংবু পানীংবা খঙনীংবা তানীংবগী ময়াই অমা চেনহন্দুনা হুমদুনা পুবনি। লমকোয ৱারীগী মতাংদা মহাক্লা চৎলু-চৎলুবা মফমগী খোঙচৎকী মবম পাউদমদা ৱাহৈ পূম্বা মরোল থোকহন্দুনা অপাবশিংগী থম্মোয হুমদুনা পুবা ঙম্বী অইবীনি। মণিপুবদা সাহিত্যগী লমদা অইবী মশীং যাম্না লীক্লা লৈবিঁঙে ৱাংলিঁঙে মতমদা মহাক শক্লাইরবী অইবীশিং : থোইবী দেবী অমসুং খাইদেম প্রমোদিনীগা থাউমু-নাউমু ওইনা হৌমিন-কামিন্নবকপীনি। চৎখ্রে ঙসিদি মখোয় অহুম্মক থাদোক্লমদুনা তাইবঙপাল অসি মাগী মাগী পুন্সি চেঙজেন লোইবদুনা- অহানবদা থোইবী দেবী, মথংদা খাইদেম প্রমোদিনী, অকোনবদা মহাবাজকুমাবী বিনোদিনী। তঙায় ফদবা ওইরি মখোয়গী পুন্সি ৱাবী খঙজিনবা লমদমসিগী সাহিত্যবু পামজবা নুংশিজবা অমদি অতৈ মীওই কয়ানা । থমজরি মখাদা শক্লাইরবী অইবী মহারাজকুমারী বিনোদিনীগী পুন্সি ৱাবী য়াম্না শম্না:

**পোকপা:**

শক্লাইরবী অইবী মহাবাজকুমারী বিনোদিনী খৃষ্টগী কুম ১৯২২গী ফেব্রুয়ারি ৬ নিংথৌকাবা নুমীত্তা মণিপুরগী সনা কোনুং ইমফালদা পোকই। মহাক শ্রীযুৎ চূড়াচান্দ মহারাজ অমসুং ঙাংবী মহারাণী (মহারাণী ধনমঞ্জুরী) অনিগী ইতোন তোনবী মজাইবেম্মনি। বিনোদিনীবু ৱাঙ্গোলসনা, সনাৱাঙ্গোল নত্রগা ৱাঙ্গোল তোম্বী হায়নসু খঙনৈ । বিনোদিনী কুঠিগী মিংনি, স্কুলদসু অদুম বিনোদিনী কৌরে। অদুনা মহাকপু মহারাজ কুমারী বিনোদিনী (এম: কে

বিনোদিনী) হায়না শকখঙনৈ। মীয়ামা মহাকপু সনা ইবেম্মা, ইমাশি হায়না ইকায়খুম্নে। মহাক অপোকপী মমাগী মঙাশুবী মজাইবেম্মনি। অপোকপী মমা মহারাণী ধনমঞ্জুরী মচানুপা পোক্তে, নুপীঙাক্তা মঙা পোকই।

**মচীন-মনাও মবুং মৌপ্পাশিং :** .

শ্রীযুৎ চূড়াচান্দ মহারাজনা মনাও ইবেম্মা (তালোয়/লোয়নবী) তরুক লুহোংখি । অহানবদা মহারাণী ধনমঞ্জুরী (ঙাংবী মহারাণী) নি । ঙাংবম চনু ওইবনা ঙাংবী মহারাণী হায়না খঙনৈ । মহাক্কী হান্নগী মিংদি ঙাংবম চনু ইবেমচা কৌই । অনিশুবা রাণীনা শ্যামাসখীনি, মহাক চিংঙাখম চনুনি । অহুমশুবা রাণীনা প্রিয়োসখীনি (সখীতোম্বী) । মহাকসু ঙাংবম চনুনি, মহারাণী ঙাংবী দেবীগা পোকমিন্নবী মনাওনুপীনি । মরিশুবনা চোংথাম চনু তমপাক (চিতমনজুরী) নি । মঙাশুবা রাণীনা লীলাবতি (তোম্বী) নি, মহাক হাওবম চনুনি । তরুকশুবা রাণীনা মাইস্নাম চনু সুবদনীনি । শ্রীযুৎ চূড়াচান্দ মহারাজগী মনাও ইবেম্মা অহল মহারাণী (লৈমরেম্বী) ঙাংবী দেবী মচানুপা পোকতে, নুপীঙাক্তা মঙা পোকই। খ্বাইদগী অহলনা তমফাসনা, অনিশুবনা সনাতোম্বী, অহুমশুবনা তোম্বীসনা (তোম্বীয়াইমা), মরিশুবনা অঙৌসনা অদুগা খ্বাইদগী ইতোন তোনবীনা বিনোদিনীনি। অনিশুবা রাণী শ্যামাসখীনা মজাইবুংঙো অহুম পোকই । মখোয় অদুদি বোধচন্দ্র, প্রিয়ব্রত অমসুং খেদাসনা (ঘনেন্দ্রজিৎ) নি । অহুমশুবা রাণী প্রিযসখীনা মচানুপী অনি অমসুং মজাইবুংঙো অমা জয সিংহ পোকই । মরিশুবা রাণী তমপাকতি মচা পোকখিদে। মঙাশুবা রাণীনা মজা ইবুংঙো লোকেন্দ্র সিংহ পোকই। তরুকশুবা রাণী সুবদনীনা মজাইবুংঙো মায়পাকসনা অমসুং মজাইবেম্মা সনাতোম্বী ফংজখি। শ্রীযুৎ মহারাজ চূড়াচান্দগী লোযনবী মঙাগী ফমথোল/মিংথোলদি ১। লৈমরেম্বী (মহারাণী), ২। অপাম্বী অহল (রাণী), ৩। লৈমখুবি অহল (রাণী), ৪। অপাম্বী নহা (রাণী) অমসুং ৫। লৈমখুবি নহা (রাণী) অসিনি। তরুকশুবী তালোয় মাইস্নাম চনু সুবদনীদি ফমথোল ফংখিদ্রবসু কোনুংদা রাণী অমা ওইবগী চপ চাবা মফম ফংদুনা মহারাজগা লৈমিন্নখি ।

**অঙাং ওইরিঙৈ :**

মহারাজকুমারী বিনোদিনী মণিপুরগী সনা কোনুংদা পোকপীনি, সনা কোনুংদা চাউরকপীনি। চৎনবী অমা ওইনা মহৌশানা নিংথৌগী মজা ইবুংঙোশিং

অমসুং মজাইবেম্মশিং অসি অপোকপী মমানা নাওকোন্দে, য়োকচবীনা নাওকোল্লি। অঙাং খুদিংমক্কী য়োকচবী অমমম থমনৈ । মখোয়না নিংথৌগী মচাশিংবু লুনা চান্না কদায়দা শোয়খিগদগে খন্না নাওকোল্লি । য়োকচবীশিং অসি নিংথৌ মহারাণীগী মীনাইগুম্না নত্তে, মখোয় সনা কোনুংগী ফম অমা পায়বা ফংবগুম্বনি, মখোয়বু মীয়াম্না ইকায়খুম্নৈ, অব্রাংবা থাক্তা থম্মী । করি করিগুম্বা মতাঙদদি কনাগুম্বা খরদি মখোয়দা লুর-লুরবা ব্রাথোক কয়াগী মতাঙদা ব্রানোম্মী । মখোয়না হায়জবা ব্রাফম কয়া নিংথৌনা হরাও-হরাও তাবী । মহাবাজকুমারী বিনোদিনী মহাক পোক্লবা মতুংদা য়োকচবী তোলচৌবী কৌবী অমদা শিন্নৈ। য়োকচবী অসিনা অঙাং নাব্রা ওইবিবী বিনোদিনীগা তুম্মিন্নৈ, খোম্লাং ইন্দুনা পীথকই, চাক ইল্লি । অপোকপী মমানা মচাবু কোন্দুনা মাগী পাম্বোম মখাদা মোন খাঙহন্দুনা হীপমিন্নদে, তুম্মিন্নদে । য়োকচবী মমা তোলচৌবীনা অঙাং চাউননবা য়োকপগী ভার পূম্বা পুখি । অসুম্না সনা কোনুংদা চাউরকখি বিনোদিনী । মতম অদু বৃটিশনা মণিপুর লৌশিল্লবা মতমনি । এঙ্গলো-মণিপুরগী অরি-অনৌ য়ানশিন্নববা ইমুংদা চাউবকপিনি । গৌড়িয়া-বৈষ্ণব ধর্ম্মগী চৎনবী ওইনা চন্দোন থিনবা যাম্না চৎনবম্মী । অঙাং ওইবিবী বিনোদিনীবু মপান্দা পুথোকপদা চন্দোন হেক-হেক থিনবী । বৃটিশকা লোয়নননা লৈরকপনা মহাকপু শেৎপিবা ফিবোলদি ইংলিশকী অঙাংশিংগী ফিজেৎসুনি, বিলাটতগী চেনবা ফুরিৎ ফিরোলসু শীজিন্নৈ । বিনোদিনীগী অঙাং ওইবিরৈগী পুন্সিদি যাম্না নুংঙাইবকখি । পুংকক চাউবকপদা সনা কোনুংগী লোয়শঙ থুংনা কোযবা চৎলি, ওফিস কা চঙ-চঙদুনা যেংই, দাক্তর শঙদা চঙদুনা লিক্লি মচা খুন্দুনা শান্নৈ, মমাশিংগী শঙ্গায়দসু হেক-হেক চৎলি । মহাক্না পামজনা চৎখিবা কোল্লুপতি পবেং শানা শারিবা মমাশিংগী শঙ্গায় মচাশিং অদুনি । অপোকপী মমাগী থবক থোইনা য়াউদবীনি, মহাক্কী পাখোল ফাওবা যাদবীনি। অদুবু অতৈ মমাশিংগী থবক্তি হেক হেক যাওই, তুলসিবুং বাইবম তৈ, অতৈ থবকসু তৌই । মখোযগী মফমদদি মহাক মবম মোকপী নুপীমচা অমা ওইখি । মহারাণীগী কোল্লুপতা য়োকচবীনা থোংবা চবা ব্রানবগী চাক অদু অদুক হাক্লা চাবগী মহুত্তা চবিৎ চবিৎ খরা চারগা ফনেক্তা মখূৎ তৈথোক্লগা মমা অতৈগীদা হেক হেক চেল্লি । নোংমদি অপোকপী মমানা হায়: "চৎলবদি নখূৎ অদুতদি শেংনা হাম্লগা চৎলুদনা"। মমা অতৈগীদা চাবা হেক হেক য়াওই । কোনুংগী নোংপোক্তা লৈবা লৈকায়গী মমান্নবী অঙাংশিংগা শান্নমিন্নৈ, মখোয় শান্নবা হেক হেক লাকই, মহাকসু করি করিগুম্বদা মখোয়গীদা চৎলি । মহাক্তা যুবোতি

কৌবী অমগা লুনা তিন্নৈ, মতা শান্নৈ। যুবোতি মমানা কেবিরগা বিনোদিনীগা লাইথি শান্নবা হেক হেক লাকই, বিনোদিনীসু মতাগী যুমদা চত্তুনা হেন্তাক্লা ইরোনবা ইন্সাং চামিন্নদুনা চরা ব্লানমিন্নৈ। অসুম্না চরা ব্লানবগী পাউসি তাবদা নোংমা মাবু পোকপী মমানা যুবোতিগী মমাদা অসুম্না হায়খি, "অহনবী! ইচাগী চরা ব্লানবগী চেঙ নঙগীদা হাপ্লা তারে"। মখোয় নোকমিন্নখি।

য়োকচবী মমানা নাওকোল্লকপা মরম্না য়াম্না অঙাং ওইরিঁঙৈদা বিনোদিনী মহাকপু নাওকোনবী য়োকচবীবু মমামক্লি খনখি। লৈবাক্কী নিংথৌ ওইবা মপাবুং সনখ্যানা থৌদোক-ব্লাথোক কযাদা শামু তোংদুনা, দোলাই তোংদুনা অঙম-অথৌ কয়াগা লোয়ননা লেঙথোরকপা মতমদা মাগী য়োকচবী মমাগী ফনেক ফিজি পায়দুনা ইঙক ঙক্লা য়েংখিবা কয়ানি, মতম অদুদা যোকচবী মমানা মাগী মমানি। অপোকপা-অপোকপী অনিনা মহাকপু পোদুনা-পমদুনা য়োকখিবা মহাক থোইনা নীংশিংখিদে। মপূক্লিংদা ফাওখিবদি কনাগুম্না অচৌবা অমনা মখোয়বু ঙাকপি-শেনবীরি হায়বসিনি। মপাবুংনা মখোয় অঙাং মযামবু (মচাশিংবু) কৌরগা ইকোয়-কোয়না তল পীজবা অদু ফাওবদ' বিনোদিনী মহাক নিংথৌ মচানি হায়বা খঙখিদে। অসুম্না কোনুংদা চাউবকলবী বিনোদিনী মতমগী মতুংইন্না অশেংবা খঙলক্লবা মতমদদি কয়াদা চাউখ্রবা নুপা অমনা মখোয়গী অপোকপনি হায়বদু খঙজখি।

## মহৈ-মশিং অমসুং লাইরিক তম্নকপগী মওং:

অঙাং ওইরিঁঙৈদা মহারাজকুমারী বিনোদিনী স্কুলিং নাইনা লাইরিক তম্নক্তে। নিংথৌগী মজাইবেম্মা অমা ওইনা সনাকোনুংদা লৈনা লৈনা মপাবুংনা অফবা ওজা নেত্তুনা মচাবু লাইবিক তম্বা হৌহনখিবনি। ব্রাইখোম সেলুংবা অমদি বৃটিশ গর্ভনেস মিষ্টেস জোলি কৌবা ওজা অনিনা প্রাইভেৎ ট্যুটর ওইদুনা মপী লাইরিক্লচিংবা তমদুনা মহৈ-মশিং তমবগী লম্বীদা খোঙদাবা হৌখি। মতম অদুদা মণিপুবদা নুপীমচানা লাইরিক তম্বা অসি চৎনবী অমা ওইবমদে। চুম্না চৎনবী ওইরমদবতা নত্তনা পামসু পাম্নরমদে। কনাগুম্বনা মচানুপী লাইরিক তমহনবদা নোক্লবীবসু কোঙ্গাইনি। নুপীনা লাইরিক তম্বসি পাপনি হায়না খনবসু কয়া অমনি। নুপী মচানা লাইবিক তম্নগা কবিবু কান্নগদবনো খরা চাউরক্লগা ময়ুম পানখ্রগদৌবদুবু হায়নরম্বনি। অদুবু অনৌবা ব্রাখল্লোন চেনবা মপাবুং শ্রীযুৎ মহারাজদি হায়নবিবা ঙাংনরিবা কয়া অসি যানীংখিদে। বিনোদিনীগী মমা ইবেম্মা অপোকপী মহারাণী ঙাংবীসু মহাক্কী মচানুপী মঙামক লাইরিক

হৈহন্দবা য়াদে হায়বা ৱাখল্লোন অসিদা চপযুংনা লেপখি। মসিনা মরম ওইদুনা অখন্নবা ওজাশিং নেঙ্গুনা মচাশিংবু লাইরিক তমহনখি। অসুম্না য়ুমদা প্রাইভেৎ ট্যুটরগী লমজিং মখাদা লাইরিক তম্বা হৌরক্লগা খরা চাউরক্লবা মতুংদা শিল্লোংগী পাইন মাউন্ট স্কুলদা ক্লাস ৱানদগী ফোর্মেল ওইনা লাইবিক তমখি। বিনোদিনীবু মপাবুং সনাখ্যা অমসুং মমাশিনা লম চৎপা কয়াদা হেক হেক পুবী। শিল্লোংদা মতম খবা লাইবিক তমদুনা লৈরম্লবা তুংদা নবদ্বীপতা মমাগী মতুং ইন্না চৎলি। মফম অদুদা ইশানি স্মৃতি মন্দিব স্কুলদা ক্লাস সেবেন্দগী টেন ফাওবা তমখি। হায়রিবা স্কুল অসি নবদ্বীপতা লৈবা অহানবা নুপীগী স্কুলনি। নবদ্বীপতা লৈরিঙৈদা বাঙ্গালিগী ওজা অমা নেঙ্গুনা বাংলা লোল তম্মী। অসিনা মরম ওইদুনা বাংলা লোল ফজনা খঙবদা মতেং ওইখি। অসুম্না লাইবিক তম্লক্লগা মমৈদা ক্লাস টেন (মেট্রিক) পরীক্ষা থাই, অদুবু মাযপাকপা ঙমখিদে। লাইরিক্তা ফত্তবদগী ফেল ওইবা নত্তে, করিগুম্বা অমা শোয়খিবদগী লাইবক্লা সুম থোকউ তম্বদগীনি। মতুংদা নবদ্বীপতগী থোরক্লগা মণিপুবদা তমফাসনা স্কুলদা লাইবিক তম্মী। খৃ: ১৯৩৯দা মেট্রিক পরীক্ষা থাই, ফাষ্ট দিবিজন্দা পাস তৌই। নুপীমচা ৮ পরীক্ষা থাবদা ৫ পাস তৌই। মখোয় অদুদি সৌগাইজম সরোজিনী, সত্যবতী, বাধে, অমুবী অমসুং বিনোদিনী অসিনি। মেট্রিক পাস তৌববা তুংদা অমুক শিল্লোংদা চত্তুনা মফমদুদা লৈবা "সেন্ট মেরিজ কলেজ" দা আই এ তম্মী। মেট্রিক পাস তৌমিন্নবী সৌগাইজম সবোজিনীসু শিল্লোংদা কলেজদা লাইরিক তম্মী। কলেজদি তিন্নদে। সবোজিনীনা "লেডী কিন" দা তম্মী। সবোজিনী বিনোদিনীগী মপাবুং সনখ্যাগী প্রাইভেৎ সেক্রেটরী ওইরম্বা অমসুং দববার মেম্বর ফাওবা ওইরম্বা সৌগাইজম সনাজাওবগী মচানুপীনি। শিল্লোংদা সেন্ট মেরিজ কলেজদগী আই এ পরীক্ষা পাস তৌববা মতুংদা বি এ তম্লকপা মতম অদুৱাইদদি পুন্সিগী অৱাবা খবা থেংনখি, অবাবদু মাযোক্লবা তাখি। খৃষ্টগী কুম ১৯৪১গী নবেম্বর থাদা মপাবুং চূড়াচান্দ মহাবাজ নবদ্বীপতা মতম শাংনা লায়েংদুনা লৈরম্লগা মাগী পুন্সি চেঙজেন লোইবদুনা তাইবঙপাল থাদোকখি। মপাবুংনা তাইবঙ থাদোকখ্রবা তুংদদি অপোকপী মমা ঙাংবী মহাবাণিগী পুন্সিদা অচৌবা অহোংবা অমা লাকখি মতম অদু পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওগী মতমনি। শিল্লোংদা বি এ তম্লিবী বিনোদিনী ইমফালদা থোরকই। খৃ: ১৯৪২দা ইমফালদা জাপান্না বোম থাদৈ। মমাশিগা লোয়নন্না খারমান্দা লাঞ্জেল্লি। লান নেম্লবা তুংদা নবদ্বীপতা চত্তুনা অমসুং মফম অদুদা লৈদুনা 'বিদ্যাসাগর কলেজ'দা বি এ পরীক্ষা থাই, পাস তৌই। বিনোদিনী মণিপুরদা

নুপীলতওগী বি এ পাস তৌবা অহানবনি। বি এ লোইশিল্লবা তুংদা শান্তিনিকেতনগী বিশ্বভারতি য়ুনিভর্সিতিদা চত্তুনা কলা ভবন্দগী লাইয়েকপা তম্মী।

## শিল্লোংদা বিনোদিনীগী পুন্সি:

শিল্লোংদা লৈদুনা বিনোদিনীনা লাইরিক তমখিবা অসি হৌজ (মতাঙ) অনিরক্লি। অহানবদা অঙাং ওইরিঙৈদা, অকোনবদা মেত্রিক পরীক্ষা পাস তৌরবা তুংদা। যাম্না অঙাং ওইরিঙৈদা য়ুমদা (সনা কোনুংদা) প্রাইভেৎ ট্যুটর নেক্তুনা লাইরিক তম্বা হৌরগা ফোর্মেল এদুকেসন ফংবসি শিল্লোংদনি। ক্লাস ব্রান্দগী তম্বা হৌবনি। মপাবুং মহারাজ অমসুং মমা ইবেম্মা মহারাণী অনিনা মহাক্কীদমক যাম্না ফজনা অমসুং চেকশিন্না শীল্লাঙবিখি। মহাক অঙাং ওইবা মরম্না রেডলেন্তসকী চাউববা বাঙ্গলা অদুদা মতোমতা লৈখিদে। মাবু শেন্ননবা, লৈমিন্ননবা য়োকচবী অমা থম্বীরম্মী। হন্দক্কী য়োকচবী অসিদি মাবু হেক কোন্দুনা খোম্লাং অমৃত ইন্দুনা য়োকচবী ওইবকখিবী মহাক্না মমামক্লি খঞ্জবী তোলচৌবী অদুদি নম্রে। য়োকচবী মমা তোলচৌবী অদু মতম অদুদা মশা খবা ঙমদবা মরম্না কোনুংদা লৈবী খবা হেন্না হৈশিংবী মীয়াম্না মাবু ইবুংঙোমপী হায়বগা খঙনবী সনামপী অমা মপাবুং মহারাজ অমসুং মমা ইবেম্মা মহারাণী অনিনা শিল্লোংদা বিনোদিনীগা লৈমিন্ননবা থমখি। মখোয়গী চাক-ঈশিং থোং-থাক্লনবা বামোন পুজারি অমসু থম্খি। হঙ্গন-হন্দা চৎনবা কার অমসু থমখি, মদু হৌননবা শিল্লোংদগী দ্রাইভর অমা নেকখি। মসিদা নম্ভনা মহাকপু য়েংশিনবীনবা শিল্লোংদা থবক তৌদুনা লৈবা লোকেল গার্জিয়ান অমসু থমখি। মহাক অদুদি "খুবা ময়ায" হায়না কৌনবা লৌরেম্বম ইবুংঙো যাইমনি। মতম খবা "খুবা যাইমা" বিনোদিনীগী লোকেল গার্জিয়ান ওইনা লৈরম্লবা মতুংদা মহাক থবক মফম হোংদুনা অতোপ্পা মফম অমদা চৎখি। অসিগুম্না মতম অসিদা বিনোদিনীবু য়েংশিনবীনবা মাগী মমা পরোমানন্দ অমসুং মাগী লোয়নবী সুভাসিনী অনীবু শ্রীযুৎ মহারাজনা মচাগী গার্জিয়ান ওইনা রেডলেন্তগী কেমপস্তা লৈবা য়ুমজাও অমদা পুবকখি। পরোমানন্দ মতম অদুদা শিল্লোংগী সেক্রেটরিয়েট ওফিসতা অচৌবা থবক অমা তৌদুনা লৈরম্নুনি। মহাক বিনোদিনীগী মপাবুং সনখ্যাগী নক্লবা মরীনি। খৃ: ১৮৯১দা মণিপুর বৃটিশকী মখুত্তা মাযথীবা ফংখি। য়ুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎপু ফানবা খেলেন্দ্র সুবেদার লাকখি, বৃটিশকী লানমী অমা ওইনা মহাক মণিপুরদা চঙলকপদা য়াওরকখিবা মীশক অমনি। মহাক্না নরসিংহ মহারাজগী ধারাগী নীংঙোল অমা লৌরগা পরোমানন্দ পোকপনি হায়বসি

বিনোদিনীনা তাখি । পরোমানন্দ বিনোদিনীগী মামানি । মহাক্না বিনোদিনীবু চেকশিন্না ফজনা য়েংশিন-খোৎচিনবীখি অমসুং ঙাক শেনবীখি ।

শিল্লোংগী পাইন মাউন্ট স্কুলদা ক্লাস ব্রান্দগী ফোর্মেল ওইনা লাইরিক তম্বা হৌরম্লগা মতুং চহী খরা লৈরগা নোংচুপ বঙ্গগী নবদ্বীপ্তা চৎতুনা বিনোদিনী ক্লাস সেবেন্দগী টেন ফাওরা ইশানি স্মৃতি মন্দির স্কুলদা তম্মী । নবদ্বীপ্তুগী মণিপুরদা থোরক্লগা তমফাসনা স্কুলদা লাইরিক তম্মী। মেট্রিক পরীক্ষা পাস তৌরগা তুংদা অমুক শিল্লোংদা চত্তুনা "সেন্ট মেরিজ কলেজ" দা আই এ তম্মী। হন্দক্কীসিদন বিনোদিনীনা শিল্লোংদা লৈবা অনিশুবা মতাঙনি।

ভাবতকী অব্রাং-নোংপোক লমদমদা লৈবা শিল্লোং অসি মতম অদুদদি বৃটিশ ওফিসার খরা অমদি মণিপুর য়াওনা লমদম অসিগী নিংথৌশিংনা মখোয়গী বঙ্গলোশিং থম্বতা নত্তনা মখোয়গী ভেকেসন মতমদা রেস হাওস অদুদা লৈরম্মী । মতম অদুদা শিল্লোংদা থাদুনা লাইবিক লাইশু তম্বসি বোয়েল ফেমিলিশিংগী খ্বাইদগী ব্রাংবা চৎনবী অমা ওইনসু লৈবমখি। জোনস্টোন স্কুলদা ক্লাস নাইন ফাওবদা লৈবিঙৈদা নুপামচাশিংসু মখা তানা তম্বা তাবগদি শিল্লোংদা চৎনবম্মনি। বিনোদিনীনা তম্লিবা কলেজ সেন্ট মেরিজ কলেজ মখোযগী যুম রেডলেন্দসকা হেক থংননা লৈ। মরম অদুনা মহাক খোঙনা হেক কানথোক্লগা মাগী কলেজদা ইরায লায়না চৎপা ঙমখি। হন্দক্কী মহাক্কী শিল্লোংগী পুন্সি মতেক খরা অসিদা এম কে বিনোদিনী য়াম্না নুংঙাইনা পুন্সি লেনখি । নুংঙাইখিবগী মবম অমা হায়বা তারগদি বিনোদিনীনা মণিপুরদা সনা কোনুংদা য়াম্না চেকশিন্না য়োকলকখিবা, শেন্নরকখিবা পুন্সি মরেল অদু নত্তবা মসিগী ব্রাংমদা অতোপ্পা চাউরবা তাইবঙপাল অমা লৈ হায়বসি অহানবা ওইনা মাগী থম্মোয়দা ফাওখি। মহাক শিল্লোংগী রাজবাড়ি রেড লেন্দসতা মতোমতা নীংতম্না লৈবে হায়না খঞ্জখি। অঙাং ওইরিঙৈ শিল্লোংদা লৈদুনা লাইবিক তম্বা মতম অদুদসু অঙাং ওইরিঙৈ হৌনবী অঙাং ওইনা অদুম নুংঙাইখি। হন্দক শিল্লোংদা লাকপসিদি বিনোদিনী মহাক্কী পুন্সিগী মথোৎ কারকপা মতাঙনি । মতম অদুদা মহাক চহি ১৭ রোম শুরে। হন্দক্কী শিল্লোংগী পুন্সিদা নুংঙাইবা ফংলিবা অসি হান্নগীগা মান্নদে , হন্দক্কীসিদি অতোপ্পা মখলগী খুৎনুংঙাই অমনি ।

শিল্লোংদা বিনোদিনীগী গার্জিয়ান ওইনা লৈরিবা পরোমানন্দগী লোয়নবী সুভাসিনী ত্রিপুরা ষ্টেটকী মন্ত্রী ওইরম্বা কামিনীকুমার কৌবা মৈতৈ অমগী মচা নীংঙোলনি । মাগী মামা পরোমানন্দ অমসুং মনে সুবাসিনীনা বিনোদিনীবু কদায়দা শোযখিগদগে মতাগুম চেকশিন্না শেন্নবিখি । ইনখৎলকপী মতমগী

ওইনা বিনোদিনী নহা অমা ওইনা ঙাওগে তৌরম্মা মতাঙ কয়াদা মাগী মামাগা ানেগনা মাবু ফাজিনবিখি। স্কুলদসু তিম্নরকপী সৌগাইজম সরোজিনী শিল্লোংদা কলেজ তিম্নদ্রবসু বিনোদিনীগী চান্নববী মরুপ ওইনা তিন্নখি । চুটি লৈবা াতমদা অয়াম্বা মতমদা মহাক রেডলেন্দসতা লাকতুনা বিনোদিনীগা লৈমিন্নখি। াংশিংবা য়াবদি পরোমানন্দ সরোজিনীগীসু লোকেল গার্জিযাননি । সরোজিনীদি বিনোদিনীগুম ইঙাও-ঙাওবী নুপীমচা ওইবমদে, মহাক্তি যাম্না ঈংতম্বী, ৱারী াীবা হৈবী, সেন্স ওফ হ্যুমর লৈবী, য়াম্না নোকপসু হৈবী নুপীমচা অমনি । াখোয় অনি লৈমিন্নবদা য়াম্না শাংনা ৱারী শানমনবদা য়োকচবী ইবুংঙোমপীনা 'শাখ্রেদা মখোয়নিগী ৱাবীসে কবি ৱাবীনো'' হায়না চৈবদা চৈর-চৈবগা াখোয অনী হেন্না হেন্না নোকমিন্নবনি । মখোয়না লোন্না করিগুম্বদা বাংলা লালদা ইবা শরৎচন্দ্রগী থিংখ্রবা "পথের দাবী" হায়বা উপন্যাস অদু পামিন্নৈ। ারোজিনী ঙন্না ময়ূম পানখি, ঙন্না তাইবঙপান থাদোকখি ।

শিল্লোংদা কলেজদা তম্লিন্নৈদা বিনোদিনীনা পাক হেক কাউবা াাবৰোইদবা প্রোফেসার মজুমদার হায়বা অমগা মিস জোসেফ হায়না কৌনবী মমগা ওজা অনীসি থেংনখি। প্রোফেসাব মজুমদারনা বিনোদিনীদা প্রাইভেৎ াাইব্রেরী অমা থম্লবা অদুগা লাইবিকশিং লৈনবা লাইবিক্কী লিষ্ট অমা পীবিখি। শিল্লোংগী "চপলা বুকষ্টোর" দগী লাইবিকশিং অদু মাগী মামা পরোমানন্দনা লবিখি। মদুদগী হৌনা বেডলেণ্ডসকী কা মচা অমদি মহাক্কী লাইব্রেরী ওইখি। মপিকপা কা অদুদা মহাক শক্লাইরবা অইবা কয়াগী লাইবিক্কা শকখঙনরকখি, ফম অদুদা মতোমতা মতম কয়া লেনখি, ৱাবী মচা কয়া ইবা হৌখি। অসুম্না াগী ওজা প্রোফেসার মজুমদারনা মহাকপু টৈকসবক্কী বাংমদা অতৈ লাইবিক াানীংবগী ঈথেল পীবিখি।

শিল্লোংগী পুন্সি অসি বিনোদিনীদা হৈনবা অমা ওইরকখি। ময়ামগী াাঙবদসু য়াওরকখি, মতোমতা চিক্লা লাইবিক পাবগী হৈনবীসু লৈখি। মসিদা াঙনা অতোপ্পা পুন্সি অমগী মশক খঙবসু হৌরকখি। বিনোদিনীগা অঞ্জলি াাহিরি হায়না খঙনবী অমগা ক্লাসতা লুনা তিম্নবা মকপ মপাং ওইখি। বিনোদিনীনা মাবু খুকু হায়না কৌই । মরুপ অসিনা অতোপ্পা পুন্সি অমগী মশক ঙোন্দা তাকখি। মতম অদুদা মখোয়গী ইমুংদু কম্যুনিষ্ট পার্টিগী ঈহৌদা াওরিবনি। মীরোং ওইনা লৈবিবা পার্টিগী মীওই কযা মখোয়গী ইমুংগদি াকখঙনরিবনি । অসিগুম্না মীওই কয়া বিনোদিনীনা মশক খঙবা হৌখি । মখোয়গী অরোনবা চেফোঙ কয়া ফাওবা মহাক্না লোৎপীখিবা য়াওখি ।

**-শক্লাইরবী অইবী মহারাজকুমারী বিনোদিনী-**

মহাক্কী অসিগুম্বা এক্টিভিটি ময়াম অদু মাগী মামা পরোমানন্দনা খঙখি। মতাঙ চাবদা মাগী মামানা য়াম্না ঈংনা তপ্না পাউতাক হেক হেক পী। অঞ্জলি লাহিরি মতুংদা শক্লাইরবা মমিং লৈরবা সোসিয়েল ৱার্কর অমা ওইখি।

শিল্লোংদা লাইরিক তম্লিঙৈদা বিনোদিনী মাগা ক্লাস অমত্তদা তম্মীন্নবী নুপীমচা অনীখক্কী ইমুং-মনুংদা হেক হেক চৎলি। মখোয় মচিনমনাওনি ক্লাসতি চপ মান্নৈ। মখোযগী ইমুং-মনুংদু য়াম্না চাউবা ওফিসার অমগী ইমুংনি, য়াম্না ফজনা পানবা ইমুংনি, ইমুংদুদা মী য়াম্না তিল্লি। মনাওনুপী অদুগা বিনোদিনীগা লুনা তিন্নৈ। মনাওনুপী অদুগা বিনোদিনীগা লুনা তিনৈ। মহাক্না মাগী অথুপ্পা ৱারী কয়া বিনোদিনীদা শাখি। মহাক অসামগী স্টেট মচা অমগী রাজকুমার অমগা নুংশিনৈ, মচে অদুনসু রাজকুমার অদুবু নুংশিজৈ। মসিনা মরম ওইদুনা করিগুম্বদা মখোয় অনি যানদবা মতাঙ হেক হেক যাওখি। নোংমদি ইখঙ খঙহৌদনা রাজকুমারদুগা মাগী মমান্নবীদুগা বেড়লেন্দসদা বিনোদিনী উনবা লাকখি। মখোয়গী মরী বিনোদিনীনা খঙখি। মখোয়গী লাকপগী মরম রেসকীদমক থমলিবা পোনিশিংগী মরমদনি হায। রাজকুমার অদু রেসতা পৈশা থাবা ওইরমাল্লে রেস কোর্সতা হেক হেক লাকই। মরক মরক্তা মমান্নবশিংনা বিনোদিনীবু রেস কোর্সতা পুবিদুনা চৎলি। মাগী মমা পরোমানন্দ অমসুং মনে সুভাসিনীনদি মসিদা কয়া পামখিদে। অদুবু বিনোদিনীনদি পামজবা মরম্না চৎপা অদুদা যাওনীংখি। নোংমদি বিনোদিনীবু ত্রিপুরাগী মহারাজ বীর বিক্রম বহাদুরদা অচৌবা ফংসন অমদা কনাগুম্বা অমনা শক তাকখি, ইন্ট্রোদুস তৌখি। বীর বিক্রম বহাদুর বিনোদিনীগী মচে তোম্বীসনাবু য়াম্না পামজখিবা মীশক্লি, ফোর্মেল ওইনা হায়ন-শীংনবা ফাওবা চৎথখিবানি। অদুবু লুহোং খোংদোংবদি করিগুম্বা অমদগী মথা চৎথখিদ্রে। মহাক মৈতৈলোল থোকই। মহাক্না বিনোদিনীদা মখোযগা চামিন-থর্কমিন্নববানিনা মাংই হায়বক্লোইদ্রে হায়না ফাগী তৌনা হায়রকপদা মরৌ লৈবা ৱানি হায়বা বিনোদিনীনা মতুংদা খঙখি। ইথা থাজদবা অঙকপা ৱাফম অমনা বিনোদিনীগী মরুপ মচিন মনাও অনিদুগী অতোনবীদুগা নুংশিনৈ হায়বিবা রাজকুমার অদুনা বিনোদিনীগী অপোকপীদা মাবু হায়ন-শিংনগে হায়বগী প্রপোজ তৌবকখি হাযবা বিনোদিনীনা তাখি। অপোকপীনা মাগী মামা পরোমানন্দগা তানবদা মমা ইবেম্মদা পরোমানন্দনা য়ানীংদবা উত্তুনা "রাজকুমার ওইজরবসু অসিগুম্বা মীওইশিংশে শম্নদবা ফৈ" হায়রকপদা অপোকপী ঙাংবীসু থাজখি। অসুম্না অফ-ফত্ত কয়া মাগী মামা পরোমানন্দনা য়েংশিনবীখি।

## -শক্লাইরবী অইবী মহারাজকুমারী বিনোদিনী-

**নোংচুপ বেঙ্গলদা মহারাজকুমারী বিনোদিনী:**

লাইরিক তম্লিঁঙৈ মতমদা বিনোদিনী শিল্লোংদা হৌজ অনিরক লৈখি। অসুম্না নবদ্বীপতসু লাইরিক তম্লিঁঙৈদা অনিরক লৈখি। অহানবনা ক্লাস সেবেন্দগী টেন ফাওবগী মতাঙনি। তমফম্না ইশানি স্মৃতি মন্দির স্কুলনি। নবদ্বীপতগী মণিপুরদা থোরকলগা তমফাসনা স্কুলদা তমদুনা মেট্রিক পাস তৌই। মতুংদা শিল্লোংদা চত্তুনা আই এ তম্মী। শিল্লোংদগী অমুক নবদ্বীপতা চত্তুনা মফম অদুদা লৈদুনা বিদ্যাসাগর কলেজদা বি এ পরীক্ষা থাই। মসিনা নবদ্বীপতা চৎপা লাইরিক তম্বগা মরী লৈনবা অনিশুবা তাংকক্লি। ইশানি স্মৃতি মন্দির স্কুলদা তম্লিঁঙৈদা বাঙ্গলিগী ওজা অমা নেত্তুনা বাংলা লোল তমলকখি।বাংলা লোল অসি মহাক্কী মফমদদি হৈনবী অমা ওইখি। ইংরেজি লোলদগী বাংলা লোলনা হেন্না হৈনখি। মহাক্কী ওজা অসিনা মঙোন্দা শক্লাইববা অইবা কয়ানা ইবা বাংলা লোলগী সাহিত্যগী লাইরিক কয়া পানবা পীরিবখি। অসুম্না বিনোদিনী বাংলা সাহিত্যগা শক খঙনবকখি। এম কে বিনোদিনী মহাক্কী পুন্সিদা সাহিত্য গী লমদা খোঙদারক্লবগী অচৌবা শাফু অমা পীখিবাদি গুরুদেব রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা লিংখৎখিবা শান্তিনিকেতনগী বিশ্বভারতি য়ুনিভর্সিটিদা মহৈ তম্বা হৌবকখিবদগীনি। মহাক্কী পুন্সিগী কলাগী হাবমদা যাম্না শীংথানিংঙাই ওইরবা তাংকক অমা ওইখিবগা লোয়নননা মফম অদুদা মহাক্না লিটরেচর, ফিলোসোফি অমসুং ভারতকী কলা সংস্কৃতিগী মতাঙদা মরুৎতানা খঙবা ঙম্লকখি। মফম অসিদা মহাক্না লাইযেকপা অমসুং মূর্তি শাবগী মহৈসু তমখি।

**সংস্কৃত অমসুং বেঙ্গোলি লোল খঙলকপা:**

মহারাজকুমারী বিনোদিনী বেঙ্গোলী লোল ফজনা ঙাংবা ঙম্মী। সংস্কৃত লোলসু খঙই। শিল্লোংদা মহাক্না সেন্ট মেরিজ কলেজদা লাইরিক তমলিঁঙৈদা মহাক্না সুক্কান্ট কাট্রবা যাদবা ওজা অনী থেংনখি। অমনা প্রোফেসার মজুমদারনি অদুগা অতোপ্পা অমনা কেরেলা নীংঙোলনি মিস যোসেফ হায়না মথোয়না কৌই। ইকোনোমিক্সকী ক্লাসতা বিনোদিনীনা হৈনদবা পামজদবা অদু মিস য়োসেফনা খঙবিখি। নোংমা ক্লাস লোইবগা মপান্দা মহাক্না বিনোদিনীদা মাগী ক্লাস পামদবরা হংবদা বিনোদিনীনা হাচম চম্না মহাক লৌশিনবা ঙমদে খুমখি। অদুদি সবজেক্ট অমদা হোংহৌরো মহাক্নসু মতেং পাংগনি হায়বিখি। প্রোফেসার মজুমদারসু বিনোদিনীনা মাগী মশক খাতাদা য়েকলুবদগী হেন্না মশক খঙবিবগী মথক্তা অমুক্কা হেন্না খঙবিখি। মহাক্না বিনোদিনীবু সংস্কৃত তম্বীখি। সংস্কৃত

অসি বিনোদিনীনা ইকোনোমিক্স হৈনদবদগী ওনথোকখিবা সবজেক্টনি। অসুম্না সংস্কৃত লৌরবা তুংদদি সংস্কৃতকী ক্লাসতা কালিদাসনা ইবা "কুমার সম্ভব", "শকুন্তলা" নচিংবা সাহিত্যগী লাইরিক তাকপীবদা থৱায় য়াওনা তাখি। অসুম্না সংস্কৃত খঙবা ঙমখি। তৌবমক্তি অৱাংবা ক্লাস তমদ্রিঁঙৈদগী হৌনা সংস্কৃত তম্লক্লবনি।

অঙাং ওইবিঁঙৈদা বিনোদিনী শিল্লোংগী পাইন মাডর্ন্ট স্কুলদা ক্লাস ৱান্দগী তম্বা হৌই। মতুংদা নবদ্বীপতা মমাশিগী মতুং ইন্দুনা লাকই অদুগা "ইশানি স্মৃতি মন্দির স্কুলদা ক্লাস সেবেন্দগী টেন ফাওবা তম্মী। মফম অদুদা লৈরিঁঙৈদা বেঙ্গলি ওজা অমা নেক্তুনা বাংলা লোল তম্লকই। অসুম্না বাংলা লোল তম্লকপসিদা মশানসু পামজবনা ইংবেজিদগী বাংলা লোলনা হেন্না হৈনখি। মহাক্কী ওজা অদুনা মঙোন্দা বাংলাগী উপন্যাস কযা মকুওইনা শরৎচন্দ্র অমসুং বঙ্কিমচন্দ্রগী লাইরিক কয়া পাননবা পীবিখি। অসুম্না মণিপুরী সাহিত্যগী শকখঙনদ্রিঁঙৈদা বাংলা সাহিত্যগা হান্না শকখঙনখি।

**য়ুম্বানবগী পুন্সি:**

বিশ্বভার্তিদা তম্বা লোইবদুনা মণিপুবদা থোরক্লবা মতুংদা মহারাজকুমারী বিনোদিনী খৃষ্টগী কুম ১৯৫০দা লাইফংবম নন্দবাবু য়োইগা সনা কোনুংদা লুহোংদুনা য়ুম্বানবগী পুন্সিদা খোঙ্গদামিন্নখি অদুগা মচানুপা অনি ফংজখি। মচানুপাশিং অদুদি দেবব্রত অমসুং সোমি নি। বিনোদিনীগী য়ুমবানবগী পুন্সিদা মপুয়োইবগা তেক্ত-কাযদনা পুন্সিগী অৱোইবা মতম ফাওবা লৈমিন্নবা হায়বদুদি ওইখিদে। য়ুম্বানবগী তক্ত-তরুবা অতিয়াদা খুরৌ চেনবা লৌচিল মপৈ পাইশিল্লকখি। কায়নবগী নোংলৈ-নুংশিৎনা মখোযগী য়ুম্বানবগী পুন্সিদা চৈথেং পীরকখি। ফিবম্না যাদবদগী মখোয অনি কায়নবা তাখি। দাক্তর নন্দবাবু য়োই অনীশুবী লোযনবী সত্যভামা লৌদুনা য়ুম্বানমীন্নখি। মহারাজকুমারী বিনোদিনীগী মপুয়োইবা নন্দবাবু মণিপুরগী ইহান হানবা এফ: আর: সি: এস: (ফেল্লো ওফ দ রোয়েল কলেজ ওফ সর্জন)। য়াইস্কুল হিকহনবা লৈকায়দা লৈবা বিনোদিনীনা লৈরম্বা য়ুম ইংখোল অসি মমাশিনা মাগীদমক পীবীরম্বনি।

**তৌরম্বা থবক অমসুং পাইরম্বা পোস্টশিং :**

মহারাজকুমারী বিনোদিনী জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর দান্স একাদেমিগী সেক্রেটরী ওইনা চহী ১৫ ইং কুমজা ১৯৮০ ফাওবা থবক তৌরম্মী। একাদেমিগী

সেক্রেটরিগী ফম অসি যাওনা সরকার অমসুং মণিপুরী সমাজ অসিগী কলা অমসুং সংস্কৃতিগা মরী লৈনবা সংসথান কয়াগা খৃৎশম্নবগী থবক তৌখি। জে: এন: এম: দান্স একাদেমীগী সেক্রেটরী ওইরিঙৈদা মেক্সিকো, য়ু: এস: এ:, জর্মনি অমসুং ফ্রান্সতা চত্তুনা মণিপুরী জগোইশিং মপাল লমদা উৎলুই। মহাক্না সাহিত্য অমদি ঈশৈ-নোংমাইগা মরী লৈনবা সংসথান কয়াদা য়াওদুনা লমশিং অসিবু চাওখৎনবা হোৎনখি। জে: এন: এম: দান্স একাদেমীগী সেক্রেটরী ওইরবা তুংদসু মসিগী ভাইস প্রসিদেন্টসু ওইরম্মী। মহাক রুপ রাগ হায়না খঙনবা ঈশৈগী সংসথানগী ফাউন্দর মেম্বর অমা ওইখিবতা নত্তনা সংসথান অসিগী প্রসিদেন্টকী ফম ফাওবা পুবিখিবনি। এম কে বিনোদিনী "রুপ রাগ" বু মচাশক্না নাওকোনবিখিবনি। মতমগী ঈশৈ চাওখৎনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবগা লোয়ননা রূপ রাগবু থৌনা ফনা লমজিংবী অমসু ওইখিবীনি। সাহিত্যগী সংসথান কয়াগা মরী লৈনরকখি। মহাক মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইমফালগী লাইফ মেম্বর ওইখি, কলচরেল ফোরম, ইমফালগীসু লাইফ মেম্বর ওইখি। মণিপুরগী নুপী অইবীশিংগীতা ওইবা সাহিত্যগী লূপ লৈমবোল খোর্জেকোল অশম্বীদা "লৈকোল" (২০০১) গী ফাউন্দর প্রসিদেন্টনি। পুন্সিগী অরোইবা মতম য়ৌরক্লবা মতাও অদুদা মহাক সাহিত্য একাদেমী, নিউ দিল্লিগী মণিপুরী লোলগী এদভাইজরি বোর্দকী মেম্বর থনখি, অদুবু হকচাঙগী ফিবম্না মবম ওইদুনা মায়কৈ অসোমদা থোইদোক্না পূক্নিং চিংশিনবা অমসুং থৌরম পাঙথোকপদদি খুদোংচাদবা খরা লৈখি। মণিপুরগী ফিল্ম ইন্দসট্রিবু চাওখৎনবা হোৎনবীরম্বী বিনোদিনীনি। মণিপুরী ফিল্ম দিবেলোপমেন্ট কোর্পোরেসনগী বোর্দ ওফ দিরেক্টর্সকী মেম্বর ওইদুনা মসিবু চাওখৎনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবগা লোয়ননা 'নেসনেল ফিল্ম ফেষটিবেল'গী 'ইন্দিয়া পেনোরামা সেক্সন'গী জুরিগী মেম্বরসু অহুম্লক ওইদুনা অচৌবা থৌ পুবমখি। মসিদসু নত্তনা মহারাজকুমারী বিনোদিনী "ইন্দিয়ান পিপলস থিয়েতর এসোসিয়েসন (ইপতা)গী মেম্বর ওইবগা লোয়ননা লূপ অসিগী প্রসিদেন্টকী থৌসু পুবিবম্মী, ওল মনিপুর পোলো এসোয়িয়েসনগী পেট্রোন মেম্বর ওইবগা লোয়ননা "রেড ক্রোশ সোসাইটি ওফ ইন্দিয়া "গী মেম্বরসু ওইরম্মী। "ইন্দো-র্জমনি ফ্রেন্দশিপ সোসাইটি"গী প্রসিদেন্ট ওইরম্বগা লোয়ননা সোভিয়েট ইয়ুনিয়ন কায়দ্রিঙৈদা লৈরম্বা "ইন্দো সোভিয়েট কলচরেল সোসাইটি" (ইস্‌কস্‌) হায়বা লূপ অদুনা পাঙথোকপা থৌরম কয়াদা মহাক য়াম্না তোয়না শরুক য়াখি।

**-শক্লাইরবী অইবী মহারাজকুমারী বিনোদিনী-**

**অইবী অমা ওইনা বিনোদিনী:**

মহারাজকুমারী বিনোদিনী শক্লাইরবী অইবী অমনি। তৌবমন্তি অহানবদা মহাক অইবী অমা ওইগে খনখিদে লাই য়েকপী অমা ওইগে খনখি। অদুবু কদোমদগীনো, কবি মরমদগীনো খঙহৌদবা ইনীংবগী ঈথিল অমা মাগী থম্মোয়দা মমি তাখি। মসিনা থৌইনশিন ওইদুনা মঙোন্দা ইনীংবা পোকখি। ইবগী লমদা মহাক্না খূৎ থাখিবসি ৱারীমচা, উপন্যাস, রেডিওড্রামা ফিল্ম, স্ক্রপ্ট, লমকোয় ৱারী, পার্সোনেল এসে, ঈশৈনচিংবদনি; অনুবাদসু তৌই। মহাক্না ইবা হৌরকখিবসি খৃষ্টগী কুম ১৯৩৯ মহাক্না ক্লাস টেন তম্বা চহী অদুৱাইদগীনি। মতম অদুদা মহাক্না "ইমাতোন" কৌবা ৱারীমচা অমা ইখি, স্কুলগী মেগাজিন্দা হাপ্পবা ইবনি। অদুবু মতমদুগী অহলশিংনা মাগী ৱারীমচাদু তূক্কজখি, ফজখ্রবা ৱারী অদু থাগৎপীবগী মহুৎ মীচৈ ওইনা ফংখি। মসিদগী মহাক চহী ২৪ রোম তূমিন্না লৈখি। ইবা খোৎপদি অঁদুম লেপ্পা লৈখিদে। শিল্লোংদা লাইবিক তম্মিঁঙৈদা মাগী ওজা প্রোফেসার মজুমদাবগী লমজিং মখাদা বিনোদিনী মাগী লৈফমদা কা মচা অমদা প্রাইভেৎ লাইব্রেরী অমা থমখি, মফমদুদা লাইবিক পাদুনা ৱারীমচা ইদুনা মতম লেনখি। নবদ্বীপতা লৈদুনা লাইবিক তম্মিঁঙৈদগী হৌনা বেঙ্গলগী অইবীশিংগী খূইশিংগা শকখঙনখ্রবনি। মতুংদা খৃ: ১৯৬০দা কোলকাতাদা ফোঙবা চেফোঙ অমদা মহাক্কী "নুঙ্গাযবক্তা চন্দ্রমুখী" কৌবা ৱারীমচা অমা ফোঙখিবা অদুনা মহাক্কী অহানবা ফোঙবা সাহিত্যগী পোৎথোক ওইখি। মখা তাবা ওইনা খৃ: ১৯৬৫দা ৱারী মচা ১৯ য়াওবা "নুঙ্গাযবক্তা চন্দ্রমুখী" কৌবা ৱারী মচাগী লাইবিক ওইনা পুথোরকখি। লাইরিক অসিনা মীয়ামগী থম্মোয় মথুম-মবাঙ হৌহনখি। মসিগী মতুংদা বিনোদিনী রেডিও প্লেদা মায় ওনশিনখি। মাগী রেদিও ড্রামা মশীং ৪০ হেন্না অকাশবাণী ইমফালনা শন্দোকখি। মতাঙ অসিদা নীংশিংবা য়াবা অমদি লীলা অহুম য়াওবা মাগী "অশংবা নোংজাবী" খৃ: ১৯৬৬ তা ফোঙলকখিবা অসিনি। লীলা অহুম অদুদি অশংবা নোংজাবী, ঙাইখো হিংমিন্নখিসি, কাউরব্রা রাস শান্নবগী অহিংদো অসিনি। মহাক্কী শীংথানীংঙাই ওইববা লাইবিক, লাইরিক অদুদা মহাক শেৎ ফাওখিবা "বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী" উপন্যাস অসি খৃ: ১৯৭৭তা ফোঙই। লাইরিক অসি ফোঙলকপদা মহাকপু হিসটরিকেল নোভেল ইবী অমা ওইনসু শীংথানরকখি। খৃ: ১৮৯১দা মণিপুর বৃটিশকী মখূৎতা মায়থীবা ফংদুনা মীথা পোনখি। সুরচন্দ্র মহারাজগী মজাইবেম্মা অহল সনাতোম্বীনা য়েক্লবা বৃটিশতা ওঙই। মসিগী মতাঙদা ইবা উপন্যাসনি।

**-শক্লাইরবী অইবী মহারাজকুমারী বিনোদিনী-**

উপন্যাস অসি ইবদা চহী ১০ চঙখি । সনাতোম্বীনা য়েক্লবদা ওঙখিবগী ৱাহং, মদুগী পাউখুম পীনবা হোৎনবকই । নোংচুপ বেঙ্গলগী শক্লাইরবা প্লে-রাইট অমসুং থিএতরগী দিরেক্টর বাদল সবকারগী "এবং ইন্দ্রজিৎ" বিনোদিনীনা মণিপুরদা হন্দোক্লুগা অরয়ান থিএতব, ইমফালদা শান্নখি । চহী কুইনা লৈববা তুংদা "অমসুং ইন্দ্রজিৎ" হায়না মিংথোন্দুনা লাইরিক ওইনা খৃ: ১৯৮৯দা ফোঙই । মহাবাজকুমারী বিনোদিনী মাযথোং য়াম্বী অইবীনি । অইবী অসিগী লমকোয ৱাবী "হো মেক্সিকো" খৃ: ২০০৪ দা ফোঙই। শীংথানিংঙাই ওইববা পার্সোনেল এর্সেশিংগী মনুংদা "দার্জিলিং চৎঙৈদা", "অতোংযৃম্না কৌহৌই", "থোইবীদো ৱাবৌহৌই", "যৃমগী লৈতেং" অসিনচিংবা শীংথানবা য়াই। মখল মথেল কয়াগী খৃৎইদা খৃৎ থারিবী অইবী অসিনা মহাক্কী পুন্সিগী মমি চাউনা তাবিবা নীংশিং ৱাবীগী লাইবিক "চূড়াচান্দ মহারাজগী ইমুং" হায়না মিংথোনবা মেমোয়ব খৃ: ২০০৮দা ফোঙই । মসিনা মহাক্লা হিংলিঙৈ মতমদা ফোঙখিবা অকোনবা লাইরিক্লি।

অইবী মহারাজকুমারী বিনোদিনীনা ইবগী লমদা ঈশৈ মযেক্তসু খৃৎ থাই । লৈবাক নীংবগী ঈশৈ অমসুং শৈরেং কয়া ইবমখি। মহাক্লা ইবা অমসুং তুংগীদমক খঙ্গবা ঈশৈ মযেক , "*কনাদা শিন্ননি ফিরাল অসে/ কনদা হাপকনি পেৎলুম অসে---*" হায়বসি আকাশবাণী ইমফালগী "থা অসিগী ঈশৈ" হায়বা মৌৎমদা "রুপ রাগ" হায়বা ঈশৈগী নুপ অমনা শকখি । অইবী অসি রুপ রাগ হৌদোকখিবা মশক অমসুন । *লাইববীনি হায়নৈ ইমা নঙবু মীনা/ পাক্লুনবীনি শোন্নৈ য়েক্ল-কল্লকপনা /হাযজসনু ইমা হায়জনীংবা / থাদোকক্লোই ইমা থাদোকক্লোই ঐহাক্ল / লোইনবা ৱাশক্লে ইমা নঙগীদমক / ঐহাক্না অনৌবা যুগাক্কি থোঙ্গশঙব / শঙ্গুবানি ভারতকী মালেম / অমত্তে ওইনা তিন্নবা* থোকখিবনি মহাক্কী কলমদগী, ঈশৈনি শৈবেংনি মবৈবাকনীংবগী। মবৈবাক মচাবু থাকাইনবা ইবমখি মহাক্লা ; *শুক্লা-মল্ল গুহান্নুংদা / তুম্লিবা নোংশা পাঙ্গনবা / হৌবো হৌবো হৌবো / হৌবো মতম যৌবে--।*

মহাক্কী ফোঙলবা লাইরিকশিংদি ১। *নুঙ্গাইবক্তা চন্দ্রমুখী* (ৱাবী মচা) ১৯৬৫, ২। *অশংবা নোংজাবী* (ড্রামা)-১৯৬৭, ৩। *বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী* (উপন্যাস) ১৯৭৭, ৪। অমসুং *ইন্দ্রজিৎ* ( অনুবাদ)-১৯৮৯ ৫। *হো মেক্সিকো*-২০০৪ ৬। *চূড়াচান্দ মহাবাজগী ইমুং* (মেমোয়র)-২০০৮ অসিনচিংবা অসিনি। মহাক্লা হিংলিঙৈ মতমদা চোকথবা নাইদনা খুন্নাইগী ওইবা মীৎয়েং কয়াদা ৱাখল্লোন শাগৎলম্মী । ইমফালদা ফোঙবা পাউচে কয়াদা মণিপুবগী মতম

মতমগী ওইবা সোসিয়েল অমদি পোলিটিকেল ইশুশিংদা ৱারেং, চিঠি, ৱারীমচানচীংবা কয়াসু ইরম্মী। অসুম্না শক্নাইরবী কলমনিষ্ট অমা ওইখি।

রেডিও দ্রামা, ফিল্ম স্ক্রিপ্ট অমসুং দান্স দ্রামাদা অইবী অমা ওইনা মমিং চৎখিবী বিনোদিনীনি। এম: কে: বিনোদিনী ৱারীমচা অমসুং উপন্যাস ইবতা নত্তনা রেডিও দ্রামা অমসুং ফিল্ম স্ক্রিপ্ট ইবদসু থৱায় য়াওই, মমিং চৎলি। মহাক্না ইবা রেডিও দ্রামা ৪০ হেন্না আকাশবাণী ইমফালনা শন্দোকখি। "বাশি মরোল চুমদবা" মহাক্কী অহানবা রেদিও দ্রামানি, আকাশবাণী ইমফালনা ইমফালদা লৈত্রিডৈ গুৱাহাটিদগী শন্দোকখি। রেডিও দ্রামা ইবী অমা ওইনা মহাক য়াম্না মমিং চৎখিবী প্লেরাইট অমনি। মহাক্কী ৱারী মচা ১৯ য়াওবা ৱারীমচাগী লাইরিক "নুঙ্গায়রক্তা চন্দ্রমুখী" দা য়াওবা ৱারী মচা কয়া দ্রামাটাইজ তৌদুনা রেডিও দ্রামা ওখোক্তুনা আকাশবাণী ইমফালদা শন্দোকখি। মীনা ইবা ৱারীমচা কয়া অমসু দ্রামাটাইজ তৌদুনা আকাশবাণী ইমফালদা শন্দোকখি। খুদম ওইনা অমত্তং পঞ্জরবদা হাওবম সত্যবতীনা ইবা "চিঠি" কৌবা ৱারীমচা অমা মহাক্না রেডিও দ্রামা ওন্থোক্তুনা শন্দোকখিবা অদুনি। ফিল্ম স্ক্রিপ্ট ইবদসু মহাক মমিং য়াম্না চৎলি। মহাক্কী কলমনা পুথোবকপা মাগী ৱাখলদগী থোবকপা স্ক্রীন প্লে অমসুং দোকুমেন্টরীশিংনা মীওই কয়াগী থম্মোয় শুমহৎখি পুক্রিং চিংশিনখি, অযেংবা কয়াবু হুমদুনা পুই। মহাক্না ইবম্বা ৱারী, স্ক্রীন প্লে অমসুং দোকুমেন্টরীশিংদি মখাগী অসিনি:

১। ওলাংথাগী ৱাংমদসু (১৯৮০)
২। ইমাগী নিংথেম (১৯৮১)
৩। পাউখুম অমা (১৯৮৩)
৪। ইশানৌ (১৯৯০)
৫। সঙাই: দান্সিং দীয়র ওফ মণিপুব (১৯৮৮)
৬। থেঙমল্লবরা রাধামানবী (১৯৮৯)
৭। মযোফিগী মচা (১৯৯৪)
৮। ওর্কিদস ওফ মণিপুর (১৯৯৪)
৯। সনাবী (১৯৯৫)
১০। লা (১৯৯৭)

বিনোদিনী শক্নাইরবী দান্স দ্রামা ইবী অমসু ওইখি। মহাক্না জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর দান্স একাদেমীগী সেক্রেটরী ওইনা থৌ পুরিডৈ মতমদা দান্স দ্রামা কয়া ইরমখি। মহাক্না ইরম্বা দান্স দ্রামা কয়াগী মনুংদা মখাগী অসি

**শীংথাবা য়াই:**

১। কৈবুল লমজাউ

২। কোং হঙ্গোই

৩। লোকতাক ঈশৈ অমদি সঙাই: দান্সিং ডিয়র ওব মনিপুর

৪। মোইরাং থোইবী অসিনচিংবা।

মহারাজকুমারী বিনোদিনীগী স্ক্রীন প্লে অমসুং দোক্যুমেন্টরীশিংনা জাতিগী থাক্তা মনা-মথুম কয়া ফংখি মহাক্কী "ওর্কিদস ওফ মণিপুর" নেসনেল ফিল্ম ফেষ্টিবেল ওব ইন্দিয়া ১৯৯৫ রজত কমল এৱার্দ ফংখি। "ওলাংথাগী ৱাংমদসু" ২৭ শুবা নেসনেল ফিল্ম এৱার্দ ফংখি। "ইমাগী নিংথেমদা গ্রান্দ প্রি এৱার্দ ফংখি।

**ফোঙদোকপদা অকিবা লৈতবা:**

মহাৰাজকুমাৰী বিনোদিনী সনা কোনুংদা পোকপনি, নিংথৌকোলদা চাউরকপীনি, পিকলিঙৈদগী হৌনা যাম্না নুংঙাইনা ইঙাও-ঙাওনা হৌরকপীনি। অদুবু মহাক মীনুংশি চাউই, থম্মোয থোৎলি, ঙাঙশকপদা ঈং-তপ্পী মোং হাদে। ইথোবকপা অমসুং ঙাঙথোবকপাদা মতীং লৈ। মীয়াম্না খঙনীংবা অবোন অথৃপ থৌদোক-ৰাথোক অর্থ লৈবা ৱাফম কয়া মাগী মযেক্তা অমসুং ৰাঙ'ঙন যাওই। মহাৰাজকুমাৰী নিংথৌগী মজাইবেস্মনি, থোইনা ৱাংনা লৈবীনি, হায়নীংবা মনীংনি তৌনীংবা মখানি। ইনীংবা ইগে মনীংনি। অদুবু ঙশী হায়দুনা হেক্তা পংহায় হাযবা, পংতৌ তৌবা অমসুং পংই ইবা নত্তে, যাম্না থোৎনা নৌনা হাযবনি, ইবনি। মহাক্কী লাইবিক "বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী"দা কোনুং মনুংগী চৎনা-লোনচৎ, অবোন-অথৃপ, থৌদোক-ৰাথোক ইতিহাসকা লৈনবা মরী কয়া ফজনা থোং নৌনা উৎথোরকই। "চূড়াচান্দ মহাৰাজগী ইমুং" মিংথোনবা লাইরিক্তস্ অবোন অথৃপ যাওনা খঙনীংবা কয় উৎথোবকই। মহাক্না ইনীংবা ইবগা লোয়ননা ঙাঙবদসু থৌনা ফনা, ঈং-তপ্পা, মোং হাদনা হায়নীংবা অদু হায়দোকই। মসিগী মতাঙদা খুদম অম অনিদং নীংশিংবা যাই। হান্নগী সোভিয়েট য়ুনিয়ন কায়দ্রিঙৈ, লৈবাক অদুদা সোসিয়েলিজম চৎলিঙৈ, কম্যুনিস্ট পার্টিনা লৈঙাক পায়রিঙৈ মতমগী ৱানি। নোংমা মণিপুরগী মন্ত্রী অমনা (মহাক অদু কোন্না এম পি কাদুনা য়ুনিয়ন মিনিস্টর ফাওবা ওইখি) রাসিয়াদা নোং চুরগা কম্যুনিষ্ট পার্টিদি মণিপুরদা চাতিল খল্লি হায়না মণিপুরগী এসেমব্লিদা করেম কথায়ননা হায়খি। ৱাফম অসিবু রিয়েক্ট তৌরদুনা বিনোদিনীনা থৌবালদা পাঙথোকপা ইসকস (ইন্দো-

সোবিয়েট কলচরেল সোসাইটি) কী মীফম অমদা মন্ত্রী অদুগী মমিং পল্লদুনা মণিপুরদা চাতিল খনফম থোকই, হেন্না ৱাং থাংগৎতুনা খনগদবনি হায়খি, খনগদবগী মরমসু হায়খি। অতোপ্পা অমনা মণিপুরগী স্টেট সেন্ট্রেল লাইব্রেরী মৈ চাকপদা থম্মোয় শোকমনখিবদগী জ্ঞানগী পূক্কৈবু মৈ থাদোকপা হৌনবরা হায়দুনা পেন্দবা শাউনীংবা থৱায় নুংঙাইতবা ৱাফম, থৌনা ফনা মীয়াম মাঙদ্ম মরী লৈনবা অখন্নবা মীদা ফোংনা হায়খি লাউথোকখি। অসুম্না মহাক্কী অনীংবা কয়া অকিবা লৈতনা, থৌনা ফনা, থোৎনা ঈংনা ইথোকই, হায়দোকই, ঙাঙথোকই। য়োংশবী মখোঙ অহুম: থোইবী, বিনোদিনী, প্রমোদিনী অচুম্বদা মীনা লাকচবা য়াদবী ঙাক্তনি। হায়নীংবা হাযবদা কিথি-কিরুম লৈতবী ঙাক্তনি, ফোঙদোকপদা অকিবা লৈতবীনি।

**লাইয়েকপবু পামজবী অমা ওইনা :**

অঙাং ওইরিবৈঁদগী হৌনা বিনোদিনী লাই যেকপা পামজনা হৌরকই। অঙাং ওইরিবৈঁদগী হৌনা লাইয়েকপগী বিদ্যা পামজনা হৌরকপদু চাউরফাওবা কাউখিদে। মহাক্কী অপাম্বা অসিদা মবুং মহারাজকুমার প্রিয়ব্রতনসু পূক্কিং থৌগৎপীখি। মহারাজকুমার প্রিয়ব্রত মশামক লাইয়েকপা পামজবা হৈসু হৈবা মীশক্কি। বিনোদিনীনা শিলোংদা সেন্ট মেরিজ কলেজদা তমলিবৈঁদা লাইয়েকপগা মরী লৈনবা মতাঙ অমা লৈখি। প্রোফেসার মজুমদার এম এ দবলান। মহাক্না ইংলিশ তম্মী। নোংমা ওজাসিনা লাইরিক তক্লিবৈঁদা বিনোদিনীনা মাগী খাতাদা ওজাদুবু য়েক্তুনা শান্নরকই। ওজা অদুনা খাতাদু য়েংগে হায়রকপদা বিনোদিনীনা খাতাদু মাগী ওজাদা লান্নশিল্লি। ওজাদুনা খাতাদু য়েংবদা বিনোদিনীনা যেকপা মাগী মায়থোং আনোক উপ্পা, কুচু মুবা শকফম অদু য়েংই, য়েংলবা মতুংদা খাতাদু বিনোদিনীদা অমুক পীথোবকখি, ওজা অদুগী মায়থোংদা অশাওবা উৎখিদে। ক্লাস লোইরবা মতুংদা ক্লাসতগী থোবক্লগা মমান্নবীশিংগা নোকমিন্নখি। ওজাদুবু খাতাদা য়েকলুবগীনি। ওজা অদু অফবা ওজানি নোংমতা বিনোদিনীবু চৈখিদে। লম খবদা মহাক্না বিনোদিনীবু মতেং পাংবিখি। মতুংদা বিনোদিনী নবদ্বীপ্তা চৎলি। লাইয়েকপবু পামজবদগী বিদ্যাসাগব কলেজদগী বি: এ: লোইশিল্লবা তুংদা শান্তিনিকেতনদা চত্তুনা কলা ভবন্দা লাইয়েকপা অমসুং লাইশাবা তম্লকখি। বিনোদিনী লাই য়েকপদা নত্তনা মূর্তিসু শাই। লাইরিক ইবা পাবদসু কবি কবিগুরুদা চেগী চেদোনশিংদা কবি কবিনো হেক্তা য়েকপা য়াওরকই। শান্তিনিকেতনদা লৈরিবৈঁদা বিনোদিনী রাম কিনকর লাইয়েকপগা শকখঙনরকখি।

**-শক্নাইরবী অইবী মহারাজকুমারী বিনোদিনী-**

রামকিনকর শক্লাইরবা স্কল্পটরশিংগী মনুংদা অমনি। মহাক্কী "পোর্ট্রেট ওব এ লেদী" ব্রোঞ্জনা শাই, মসি মহাক্কী মাসটরপিসনি হায়নৈ অহানবদি বিনোদিনী লাইশাবা (স্কল্পটর) অমা ওইগে লাইয়েকপী (পেন্টর) অমা ওইনা খনখি। অদুবু মমৈদা মহাক লাইরিক ইবরোমদা মায় ওনশিনখি। বিনোদিনীনা নোংচুপ বেঙ্গলদা শকখঙনরকখিবসি রামকিনকর বৈজ অমসুং নন্দলাল বোস অনী অসিনী। অতৈগসু শকখঙনৈ। বিনোদিনীনা খোমজিনবা বামকিনকরগী অয়েকপা লাইশিং অদু নিউ দিল্লিগী "গেলেবি ওব মোর্দন আর্টতা" থমলি।

### ফংখিবা মনা-মথুম অমদি উপাধিশিং:

মহারাজকুমারী বিনোদিনী শক্লাইরবী অইবীনি। অইবী অমা ওইনা লম কযাদা খূৎ থাই। মহাক্লা মগুণ লৈরবা লৈনম চেল্লবা লৈরাং চার কযা সাহিত্যগী লৈকোলদা খুদোল তম্লীবম্মী। মহাক্লা সাহিত্য অমদি অতৈ লম কয়াদা তৌরিবা অবদানবু শকখঙবা ওইনা মঙোন্দা সবকার অমদি অতৈ সংসথান কযানা মনা-মথুম অমদি উপাধি কযা পীদুনা ইকাযখুম্নবা উৎখি।

১। *যামিনী সুন্দব গুহ গোল্ডমেডল:* খ্:১৯৬৫দা ফোঙবা ব্রাবীমচা ১৯ য়াওবা "নুঙ্গায়বক্তা চন্দ্রমুখী" কৌবা মাগী লাইবিক অসিদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইমফালনা খ্: ১৯৬৬ তা "*যামিনী* সুন্দব গুহ গোলড মেদল" পীদুনা মহাকপু ইকাযখুম্নখি।

২। *পদ্মশ্রী উপাধি:* মহাক্লা কলা, সংস্কৃতি অমসুং সাহিত্যগী লমদা পীবিবা অবদান তৌবিবা অমসুং পাঙথোকলিবা থবকপু শকখঙবা উত্তুনা ভাবত সবকাকবনা খ্: ১৯৭৬তা মঙোন্দা পদ্মশ্রী উপাধি পীদুনা ইকায়খুম্নখি।

৩। *সাহিত্য একাদেমী এব্রার্ড:* খ্: ১৯৭৬তা ফোঙবা মাগী হিসটরিকেল নোভেল "বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী" হায়বা লাইরিক অসিদা খ্: ১৯৭৯দা সাহিত্য একাদেমী, নিউ দিল্লিনা মঙোন্দা সাহিত্য একাদেমী এব্রার্ড পীদুনা ইকায়খুম্নখি।

৪। *ষ্টেট কলা একাদেমী এব্রার্ড:* ষ্টেট কলা একাদেমী, ইমফালনসু মঙোন্দা "বড় ,সাহেব ওংবী সনাতোম্বী"দা ষ্টেট কলা একাদেমী এবার্ড পীদুনা ইকায়খুম্নখি।

৫। *কমলকুমারী নেসনেল এব্রার্ড:* কমলকুমারী ফাউন্দেসন্না মঙোন্দা মহাক্লা মণিপুরগী সাহিত্য, কলা অমসুং সংস্কৃতিদা লৌরিবা থৌদাং অসিবু শকখঙবা ওইনা লেমজনীংঙাই ওইরবা কমলকুমারী নেসনেল এব্রার্ড ফোব

আর্ট এন্দ কলচর-২০০২ পীদুনা ইকায়খুম্নখি। শেল ওইনা লুপা লাক্ষ অমা যাওবা এৱার্ড অসি ফংবা মণিপুরগীদি মহাক্না অহানবনি।

৬। *নীংঙোম্বম ওংবী প্রমোদিনী নীংশিং সাহিত্য মনা:* মহাক্কী লমকোয় ৱারী লাইরিক "হো মেক্সিকো" দা মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবালনা "নীংঙোম্বম ওংবী প্রমোদিনী নীংশিং সাহিত্য মনা -২০০৪ পীদুনা মহাকপু ইকায়খুম্নখি।

৭। *সেরাম মুক্তা এৱার্ড:* মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইমফালনসু মঙোন্দা 'সেরাম মুক্তা এৱার্ড-২০০৯" পীদুনা ইকায়খুম্নখি।

৮। *লাইফ-টাইম্ এচীফমেন্ট :* থোইদোক্না শীংথানিংঙাই ওইবদি মহাক্না সমাজগী তৌরিবা থবক কয়াবু শক খঙবা ওইনা ষ্টেত কলা একাদেমীনা "লাইফ টাইম এচীফমেন্ট-২০১০ পীদুনা ইকায়খুম্নখিবা অসিনি।

মথক্কী অসিদা নত্তনা নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইমফালনা মাবু "রাইটর ওব দি ইয়ার" পীদুনা ইকায়খুম্নখি, শক্লাইরবী অইবী ইন্দিরা গোস্বামীনা মহাকপু অৱাং-নোংপোক্কী মৈরানি হায়না শীংথাখি। মহাস্বেতা দেবীনসু "হ্যু মেনিস" অমনি হায়না শীংথাখি। মহাক্না মণিপুরী কলচরগী লমদা তৌখিবা শীংথানীংঙাই ওইবা থবক্কীদমক "অমেরিকান মণিপুর এসোসিয়েসন, ইউ: এস: এ না ইং ১৯৯২দা মহাকপু ইকায়খুম্নখি।

মতাঙ অসিদা নীংশিংবা যাবদি অইবী অসিনা মঙোন্দা পীবা উপাধি পদ্মশ্রী অমুক হন্দোকপা অমসুং মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইমফালনা মঙোন্দা ইং ১৯৯১দা "সাহিত্য রত্ন" গী উপাধি পীরকপদা মহাক্না লৌ হায়বা য়াখিদবা অসিনি। ইমা লৈবাক মণিপুরগীদমক য়াম্না ৱাজবী বিনোদিনীনি, লমদম অসিদা চাৎনা-শুনবা কয়াগী পাউ তাবদা মহাক্কী থম্মোয় শোকখি। ভারত সরকারগী থৌশিল অমদা মণিপুর কায়বা য়াবা ফিবম য়ৌরক্লবদা থৌশিল অদুবু যানীংদবা ফোঙদোকপা ওইনা খৃ: ২০০১দা ভারত সরকারদা উপাধি অদু হন্দোকখি। মতোপ্পা ৱাফম অমনা খৃ: ১৯৯১দা মনীপুরী সাহিত্য পরিষদনা মঙোন্দা সাহিত্য রত্ন মিংথোল পীরকপদা মহাক্তি উপাধি অদু লৌবদা মতিক মপা চাজদে, মতিক চারবা পন্ডিতশিংগী ৱারেপ্পু উশিং থওইদবা ওইনা লৌবীগনু, থৌগল্লোন কায়বা পুম্না ঙাকপীয়ু হায়না পরিষদকী সেক্রেতরিদা অইবা চেরোল পীদুনা খঙহনখি।

**-শক্লাইরবী অইবী মহারাজকুমারী বিনোদিনী-**

**লৈকোলগী স্টদি সার্কল:**

মহারাজকুমারী বিনোদিনী লৈকোল (লৈমরোল খোর্জৈকোল) গী ফাউন্ডর প্রসিদেন্টনি। লৈকোল মণিপুরগী নুপী অইবীশিংগীতা ওইবা সাহিত্যগী লূপ অমনি। লূপ অসিনা শরুনাইরবা অইবা অইবীশিংগা উনদুনা ব্রারী শানবগী স্টদি সার্কল অমা হেক হেক পাঙথোকই। খৃষ্টগী কুম ২০০৫গী মে ২২দা মহাক্কী যূমদা (য়াইস্কুল পুলিস লেন) স্টদি সার্কল অমা পাঙথোকই। মহাকমক্কা উনদুনা ব্রারী শান্নমীন্নবগী থৌরমনি। থৌরমগী অথোইবা অতিথিনা শরুাইরবা অইবা কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্রনি, সভাপতিনা মোইরাংথেম রাজেন্দ্র (পুন্সি ব্রারী অসিবু ইজরিবা) নি। থৌরম অসিদা বিনোদিনীনা মহাক্কী পুন্সি ব্রারী অমসুং থবক মীয়ামদা থমখি, তিল্লিবা মীয়ামনসু মঙোন্দগী মাগী মরমদা খঙনীংবা ব্রাফম (অরোন অথূপ য়াওবা) কয়া ব্রাহং ওইনা হংখি। অথোইবা মীথুং অমসুং থৌরম মপু মখোয় অনিসু খন্ন-নৈনবা অদুদা শরুক য়াখি। বিনোদিনীনা লৌথুপ লৌকোই করিমণ্ডা য়াওদনা হংলকপা ব্রাহং কয়াগী পাউখুম পীখিখি। স্টদি সার্কল অসিদগী থৌরম অদু য়াওবা অযাম্বনা বিনোদিনীগী মবমদা খঙবা য়াবা কয়া খঙবা ঙমখি। ঙল্লিঙৈ মতমদা ওইখিবা মহাক্কী পুন্সিগী মশক অমসুং লাইরিক তম্নকপগী মওং অমসুং কোন্নগী পুন্সিগী ব্রাবী মরীক চূম্না পাউদমখি। মহাক্কী পুন্সি লোইরমদাইদা ফোঙখিবা মাগী লাইরিক "চূড়াচান্দ মহাবাজগী ইমুং" হায়বদুদসু মহাক্কী ঙল্লিঙৈগী পুন্সি মাহংগী মরম খরা স্টদি সার্কলদা হাযবিখিবা অদুগা মান্নবা ইবিরকখি।

**সাহিত্য একাদেমীগী "মীট দ অথর" (অইবগা উন্নবা):**

সাহিত্য অকাদেমী, নিউ দিল্লিনা মসিগী মণিপুবী এডভাইজরি বোর্ডকা খৃৎশম্নদুনা খৃষ্টগী কুম ২০০৭কী মার্চ ১৪দা অইবগা উনবা (মীট দ অথর) হায়বা থৌরম অমা পাঙথোকখি। নুমীৎ অদুগী থৌরমদি মহাবাজকুমারী বিনোদিনীগা উনদুনা ব্রারী শানবনি। হায়রিবা থৌরম অদুদসু বিনোদিনীনা মাগী পুন্সি ব্রারী শম্নপ্না পাউদম্নগা লোযননা হংলকপা ব্রাহং কয়াগী পাউখুম পীখি। হান্না খঙনরমদবা মহাক্কী মরম খঙবদা থৌরম অদু কান্নবা মতেং ওইখি। থৌরম অদুদা মহাক্কী পুন্সিগী মরমদা ইবা ব্রোচর অমা ফোঙদুনা মহাক কনানো হায়বা খরা হেন্না খঙনখি।

**-শরুাইরবী অইবী মহারাজকুমারী বিনোদিনী-**

**এম: কে: বিনোদিনী অমসুং খাইদেম প্রমোদিনী:**

থোইবী দেবী, এম: কে: বিনোদিনী অমসুং খাইদেম প্রমোদিনী মখোয় অহুম্বু লময়ানবী অইবী য়োংশবী মখোঙ অহুম হায়না খঙনৈ। এম: কে: বিনোদিনীগা প্রমোদিনীগা নৈনবা মরীগী মতাঙদা কনা কনাগুম্বনা মখোয়বু মোইরাং থোইবী অমসুং সেনুগা নৈনবা মরীগা চাংদম্নবা য়াওই। খৃষ্টগী কুম ২০০৬কী দিসেম্বর ৪দা খাইদেম প্রমোদিনী তাইবঙপাল থাদোকখি । মহাক লৈখিদবদা কনাগুম্মা শক্লাইরবা অইবা অমনা চহীদুগী দিসেম্বর ১১দা "পোক্রফম" পাউ-চেদা "*সনা ইবেম্মগী সেনু অচানবী লৈখিদে*" হায়না মিংথোনবা ব্বারেং অমা প্রমোদিনীগী মরমদা ইখি । মজা-ইবেম্মা মোইরাং থোইবীগা সেনুগা চান্নজবা তিন্নজবা অদুগুম্না সনা ইবেম্মা বিনোদিনীগা প্রমোদিনীগা লুনা তিন্নজৈ হায়বা মীয়াম্না খঙনৈ । খেন্নবা হায়ববু মোইরাং থোইবীগী সেনু অচানবীদি থোইবীনা "*ইতা সেনু অচানবী*" হায়জদুনসু মনাই অচানবী অমা ওইনা লৈবনি, সেনুবু মজা ইবেম্মা থোইবীগী মনাই সেনু অচানবী হায়না কৌনবনি। অদুগা সনা ইবেম্মা বিনোদিনীগা প্রমোদিনীগা নৈনবা মরীদি য়াম্না চান্নজবী মরূপ মপাং ওইনা তিন্নজবী ওইনা লৈবা "*মনাই সেনু অচানবী*"গুম নত্তবা অসিনি । প্রমোদিনী বিনোদিনীগী "*সনা ইবেম্মগী সেনু অচানবী*" নত্তে "*সনা ইবেম্মগী চান্নবী সেনুনী*" । নৌনা অপোকপা কায়নরবী প্রমোদিনী লৈত-লাইরনা মরম ওইদুনা য়াম্না ব্বানা লাইরিক তম্লকখি । মহাবাজকুমারী বিনোদিনীনা মহাকপু স্কুল তম্লিঁঙদগী হৌনা মতেং পাংবীরকপগী ব্বাবী লৈ । প্রমোদিনীনা স্কুলগী পোর ফন্তদগী শিকিমঙা (লুপা অমগা শিকি=লু: ১.২৫) থা থাগী ফংবগী মথক্তা এম: কে: বিনোদিনীনা থা খুদিংগী লুপা অমমমগা হাপ্লিদুনা পূন্না লুপা অনীগা শিকি (লু: ২.২৫) স্কুলগী ফী হুন্দুনা প্রমোদিনী লাইরিক তম্লকখি। মেট্রিক পরীক্ষা থাবগী মতম য়ৌরক্লবদা প্রমোদিনী থা অহুমগী ফীগা পরীক্ষাগী ফীগা পূন্না লুপা ২৫ থীগদবা মতাঙ লাকখি, থীদ্রবদি পরিক্ষা থাবা য়ারোইদৌরিবনি। মহারাজকুমারী বিনোদিনী অমসুং অতৈ অতোপ্পা ৪ মখোয় মঙানা লুপা ৫/৫ পীদুনা প্রমোদিনী থাগী অমসুং পরীক্ষাগী ফী শেংদোক্তুনা পরিক্ষা থাখি, পাস তৌই। খৃষ্টগী কুম ১৯৪২ দনি । মখা তানা আই: এ: তম্নবা নবদ্বীপতা চৎলি । বিনোদিনীগী মচে ইবেম্মা তোম্বীসনানা শীনবীদুনা প্রমোদিনী নবদ্বীপতা বিনোদিনীগা লৈমিন্নদুনা আই:এ: তম্মী ; মতুংদা গুব্বাহাত্তিদা বি:এ: তম্মী। আই:এ: অমসুং বি:এ: গী পরীক্ষাদা প্রমোদিনী হঞ্জিন হঞ্জিন কয়ারক ফেল ওই। অসুম্না ফেল ওইজদুনসু মহারাজকুমারী বিনোদিনীনা পরীক্ষা থারুরনু

হায়খিদে, ঙমদ্রি ফাওবা শেল পীদুনা পরীক্ষা থাহল্লি । মতুংদা সাহিত্যগী থৌরমদনি খঙদে অমদনি খঙদে প্রমোদিনীনা হকচাং ঙমদবদগী য়াওবা ঙমদবনা বিনোদিনীনা থোইবি দেবীদা প্রমোদিনীদুবু কয়াম কন্না ঙমদ্রবা জাৎনো মীতিংগা য়াওবা উদ্রেনে হায়না হেক হেক হংই । বিনোদিনীনা মাগী লাইরিক "চূড়াচান্দ মহারাজগী ইমুং" ইবা লোইশিল্লকলবা মতমদা প্রমোদিনী তাইবঙপাল থাদোকখি। প্রমোদিনী লৈখিদবগী পাউ তাবদা বিনোদিনী খংপ্রেক খংখি, থাজবা পোকখিদে। ফাগী হৈবী প্রমোদিনীনি। দিল্লিদা লায়েংবা চৎলুরবা তুংদা ফদুনা হল্লকপদা থোইবী দেবীনা হকচাং কমদৌরবগে হংবদা "লাইনা চানীংদমাল্লে, ফদুনা হল্লকইসিনি অদুগা ইচেখোয়গা উনরিবসিনি" হায়রিবনি। থোইবীনসু "নঙনা হেক ঙাঙথোরকপসিমা" হায়দুনা নোকমিন্নখিবনি । লাংফম কয়া লাম্থোক্লুনা প্রমোদিনী হিংলকপনি কনাগুম্বনা *"অশিবা কৌবা লাইনা চঙবা ঙমদবীনি"* হায়বা ফাওবা য়াওরিবনি । অদুনা মহাক লৈখিদ্রে হাযবসিদা মহারাজকুমারী বিনোদিনী থাজখিদবনি, হায়নিংঙাই লৈতনা মথ্বায় নুংঙাইখিদবনি। শাংলবা পুন্সিগী খোঙচৎতা মথোং কারকপা মতাঙ অমদগী প্রমোদিনীগা এম:কে: বিনোদিনীগা খঙনখিবনি, তিন্নরকখিবনি; মহাকপু মহারাজ চুড়াচান্দগী ইমুং মনুংগী খ্বাইদগী নকুবা মীওই অমা ওইনা খন্নখিবনি। মহাকপু মহারাজকুমার প্রিয়ব্রতনা ফাগী তৌদুনা "*বাবু*" হায়না কৌখিবনি । এম:কে: বিনোদিনীনসু মহাকপু "বাবু" হাযনা মরক মরক্তা হেক হেক কৌবনি। মণিপুরগী অইবীশিংগী লূপ "লৈমরোল খোর্জৈকোল" (লৈকোল) খৃষ্টগী কুম ২০০১ দা লিংখৎপদা মখোয অনীনা অচৌবা থৌদাং লৌখি । লূপ অসিগী মিংথোল অসি প্রমোদিনীনা প্রপোজ তৌবনি, এম:কে: বিনোদিনীনা মসিগী অহানবা ফাউন্তর প্রসিদেন্টনি। লূপ অসিনা খৃষ্টগী কুম ২০০৫গী মে ২২দা এম কে বিনোদিনীগা উনদুনা ৱারী ৱাতাই শাবগী স্টাদি সার্কল অমা মহাক্কী (বিনোদিনীগী) য়ুমদা শক্লাইরবা অইবা শ্রীলাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহনা চীফ গেস্ট, অদুগা ৱাবেংসিবু ইজরিবা ঐহাক্না প্রসিদেন্ট ওইবগী খুদোংচাবা ফংজখি । মতুংদা লৈকোলগী মখা তানা চত্থরকপা ষ্টদি সার্কলগী থৌরম প্রমোদিনীগী য়ুমদসু প্রমোদিনীগা উনদুনা ৱারী শামিন্নবা অমদা এম কে বিনোদিনীনা থৌরম মপু ওইদুনা পাঙথোকখি । মদুনা প্রমোদিনী অমসুং বিনোদিনী অনীগী মপুং ওইবা অরোইব উনবা, ৱারী ৱাতাই শান্নবগী নুমীৎ ওইখি। মহারাজকুমারী বিনোদিনীনা শক্লাইরবী অইবী অমা ওইরকপদা প্রমোদিনীনা অচৌবা মতেং ওইখি। এম কে বিনোদিনীনা মাগী পুন্সিদা ইবা হৌরকপগী মতাংদা অইবী অমা ওইনা খৃৎ থাবা হৌরকপদা করিগুম্বা প্রমোদিনীগা

লোয়নরমদ্রবদি খূমাঙ চাওশিন্না চঙশিল্লকপদা পন্থবা খরা লৈরম্মা য়াই । মজা ইবেন্মা অসিনা ইবা সাহিত্যগী লামায় কয়া অরেম্মদা মাঙলগদবা কয়া প্রমোদিনীনা নিংথীনা খুঞ্জিন্দুনা থম্মীখি । নিংথৌকোলগী মীওই কয়াগা শকখঙনখিবা প্রমোদিনীনি । মহারাজকুমারী বিনোদিনীনা " *চূড়াচান্দ মহারাজগী ইমুং* " হায়বা মাগী লাইরিক অমা পুথোরকপদা ফোঙলকপদা প্রমোদিনীসু হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইফম থোকপনি । লাইরিক অসি ফোঙবদা প্রমোদিনীদি য়াওররোই, লাইরিক অসিবু মশক উররোই খল্লুবদা নুংঙাইতবগী মমি বিনোদিনীগী থম্মোয়দা তাখি ।

খৃষ্টগী কুম ২০০৬ নি । চহী অসিগী দিসেম্বর ৪ দা খাইদেম প্রমোদিনী তাইবঙপাল থাদোকখি। মহাক লৈখিদবগী পাউ মথংগী নুমিৎতা বিনোদিনীনা তাখি । চহী অদু বিনোদিনী মাগী " *চূড়াচান্দ মহারাজগী ইমুং*" হায়না মিংথোনবা লাইরিক অদু ইবা লোইশিল্লকলবা মতমনি নম্লনবগীদমক প্রেসতা পীশিন্নবা শেমশাবা পূমলোই লোইরবনী। অসিগুম্বা তানজা অসিদনি বিনোদিনীনা প্রমোদিনী লৈখিদবগী পাউ তাখিবা । ইখঙ খঙহৌদনা ইথা থাজদনা তাখিবনি পাউ অসি বিনোদিনীনা। পাউ অদু তাবদা বিনোদিনী থূক লাউবা করিগুম্বা অমা ফাওখি মাগী থম্মোয়দা । হান্ননা শেমশাবা লোইরবা মাগী লাইরিক্কী অরোইবা শরুক " *ঐনা হায়জানীংবা খরা*" হায়বা মতাঙগী অরোইবা শকুঙা প্রমোদিনীগা মরী লৈননা করিগুম্বা খরা মখাগী অসুমনা খরা অমুক হাপচিন্দুনা লাইরিক অদু থম্মোয়গী ওইবা ব্রাফমগা লোয়ননা লোইশিল্লি:

*ঐগী ইগদবা পূমলোই লোইরবা মতাং অসিদা নোংমদি ইথা থাজদনা শরতচান্দ থিয়ামনা পাউ পীরকখি অমুক অমা । ইমাশী, নুঙাইতবা পাউ অমা । ঙরাং অহিং ওজা খাইদেম প্রমোদিনী লৈখিদ্রে। ঐহাক খংপ্রেক খংখি, ঐনা থাজখিদে, থাজনীংখিদে । প্রমোদিনী শিখিবসে ঐনা পকচদবগুম খল্লি । শাংলবা খোঙচৎ অমগী হৌরকপদা মথোং কারকপগী মতাং অমদা প্রমোদিনীগা ঐগা খঙনখিবনি। মাবু ঐখোয়না চূড়চান্দ মহারাজকী ইমুং মনুংগী খ্বাইদগী নকনবা মীওই অমা ওইনা লৈরি, লৈখিগনী হায়না ঐখোয়না থাজখিবনি। থাংগৈশেংবদি মাগী মরমদা অমুক*

*তোঙাম্না ইবা চুমবনি অদুবু ঐ ইররোই । সিমতংদি ঐনা ঐগী লোইশিল্লকপা অসিদা হায়রমনীংই-ঙসি ঐগী পুন্সিদা, ইবা হৌরকপগী পুন্সিদা অইবী অমা ওইনা খৃৎ থাবা হৌরকপদা প্রমোদিনীনা ইনাকতা লৈরমদ্রবদি ওইথোকলমদবসু য়াই। মথোং হুকএবা অইবী অমা ওইনা ঐনা ইখিবা সাহিত্যগী লামায় কয়াবু চেজোয় ওইনা ঐনা ইরাই লায়না লংথোকখিববু. মাননি, প্রমোদিনীননি চেজোয়শিং অদু খুনজিন্দুনা থম্বীরমখিবা । ঐনা হায়খি, ঐখোয়না মাবু ফাগী তৌদুনা কৌখি "বাবু"-বাবু নঙ লৈরমদ্রবদি ঐনা মীরাইবীরবা সাহিত্যগী লামায় কয়াসে অরেম্বদা মাঙলমগনি, খিবা খঙলমলোই। ঙসি পাবুং সনখ্যা চূড়াচান্দ মহারাজগী ইমুং মনুং কনা খঙদনা তূমিন্না লোৎতুনা লৈরিবা মাগী পুমনমক ঐগীদমক সেক্রিফাইস তৌখিবী প্রমোদিনীবু ঐনা মতাং অসিদা নীংশিংলি । নীংঙমদবা অমতংদি প্রমোদিনী "চূড়াচান্দ মহারাজগী ইমুং" কৌবা নীংশিং ৱারী অসি ফোঙবদদি য়াওবরোই । অদুবু ঐগী নীংশিংবগী খোঙচৎতদি মহাকপু মতম পূমনমকতা নীংশিংদুনতা লৈখিগনী ।* (চূড়াচান্দ মহাবাজগী ইমুং-লামায়১৮০)

**অরোইবা মতম**

খৃষ্টগী কুম ১৯৯৬তা চৎখ্রে কুমাবী থোইবী দেবী তাইবঙপাল থাদোক্লুনা মাগী পুন্সি চেঙজেন লোইবদুনা। হায়নৈ চৎখ্রে য়োৎশবী মখোঙ অমা । মখা তাবকপদা খৃ: ২০০৬ তা লৈখিদ্রে কুমাবী খাইদেম প্রমোদিনী। হায়নৈ অনী শুবে চৎখিবা। ঙাঙনৈ অমত্তা ঙাযহৌরে য়োৎশবী মখোঙ । মহারাজকুমাবী বিনোদিনীনি অমত্তা ঙায়হৌবদ্দি। হায়নবানি মখোয অহুম্বু লমযানবী অইবী য়োৎশবী মখোঙ অহুম । অহুম্মক নুপীলক্তা মণিপুবগী মাঙজিন থাবী অইবী ঙাক্তনি। মতমনা অসুম অসুম হৌখিবনা চহী ৮৯ শুজিল্লক্লে বিনোদিনীগী মপুন্সি। কৈদৌঙৈ চৎকানি মহাক্তি? চৎকদৌবিবনি মীপুম খুদিং তাইবঙপাল থাদোক্লুনা মাগী মাগী তাইবঙ পুন্সি চেঙজেল লোইরবদা। ৱাবী শানৈ, হংনৈ অমগা অমগা ইমাশিংগী কবি পাউ তায় । চহী ৮৯বোম পুন্সিবক্লুবা মতমসিদা হৌখিবা অরোইবা চহী অনিবোমদি মশা ঙমদবদগী সাহিত্য অমসুং মহাক্না পামজবা লম কয়াদা শরুক যাবা ঙমখিদবনি। অদুনা হংনবনি মাগী মরমদা কবি পাউ তাই হায়না । হংজখিবনি মহাক্না *"ঐগী থম্মোয়গী হিনাউশাবা কদায়দনো ঐগী হিথুংফম"* হায়নৈ পুন্সিগী পত্থুংফমদি শিবনি । হায়রিবা পত্থুংফম অসিবুরা হিথুংফম হায়রিবসিবু ? অমুকসু হংলি ৱাহং : *"কনাদা শিন্ননি ফিরাল অসে/*

*কনাদা হাপকনি পোৎলূম অসে --- "?* "নাই হায়বদি তায় শিরে হায়বদি তাদে" হায়বনি মীনা । হিথুংফম খঙদ্রিবা জাৎলা নম্রগা শিন্নফম মীশক লৈত্রিবরা মহাক্কী ফিরাল নম্রগা হাপফম মীওই ফংদ্রিবরা মহাক্কী পোৎলুম ? চোংথোরভ্রিবরা কনা অমত্তা ফিরালদুবু পায়হৌনবা পোৎলূমদুবু পুহৌনবা ? তাকপিদ্রবরা কনা অমত্তনা সিদা লৈরে হায়না হিথুংফম । চোংথোরভ্রবসু কনা অমত্তা থাদোক্লম্বা তাবনি তাইবঙপাল পুন্সি চেঙজেনবু লোইরবদি । লোইরমাল্লে মহাক্কীসু পুন্সি চেঙজেন। খৃষ্টগী কুম ২০১১ জানুয়াবীগী ১৭নি, নুমিদাং পুং ৮গা মিনিট ৫ তারে। মতম অসিদনি মীয়াম্না ইমাশি হায়না ইকায়খুম্নবা শ্রীযুৎ সার চূড়াচান্দ মহারাজনা ইপাগী তোম্বী ব্রাঙ্গোল তোম্বী হায়না নুংশিনা কৌজখিবী মহারাজকুমারী বিনোদিনীনা তাইবঙপাল থাদোকখিবা । থব্রায় য়াওদ্রবা মহাক্কী হকচাং পোল্লাং চৎখি কাইরেল কাইজাউ তোংলদুনা শেংলবা মৈরীনা চাক্কদৌবগী ঙাইরিবা মাগী মোংফম তান্না। অসুম্না চৎখি অমত্তা ঙায়হৌরবী য়োৎশবী মখোঙ অদুসু ঐখোয় খ্বাই পূম্ববু থাদোক্লম্লগা । শোন্নখি মীয়াম্না পাম্মুইদা ইমাশি ।

**মহারাজকুমারী বিনোদিনীগী মরমদা খরদং**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | মিং | : | মহাবাজকুমারী বিনোদিনী |
| ২। | পোকপা চহী/নুমীৎ | : | খৃ ১৯২২গী ফে ৬ নিংথৌকাবা |
| ৩। | অপোকপগী মিং | : | শ্রীযুৎ চূবাচান্দ মহারাজ |
| ৪। | অপোকপীগী মিং | : | মহারাণী ধনমঞ্জুরী |
| ৫। | পোকমীন্নবা মচিন মনাওশিং | : | মচীন মনাও নুপী মঙা |
| ৬। | পোকফম | : | মণিপুরগী সনা কোনুং, ইম্ফাল |
| ৭। | লৈফম (কোন্নগী) | : | য়ায়স্কুল পুলিস লেন, ইম্ফাল |
| ৮। | মপুরোইবগী মিং | : | দা: লাইফংবম নন্দবাবু রোই |
| ৯। | মচাশিং | : | মচানুপা অনি (দেবব্রত অমসুং সোনি) |
| ১০। | মহৈর্মশিংগী থাক | : | মণিপুরগী অহানবা গ্রেজুয়েট |
| ১১। | তম্লকপা মহৈতম্ফমশিং | : | ১। পাইন মাউন্ট স্কুল, শিল্লোং, ২। ইশানি স্মৃতি মন্দির স্কুল, নবদ্বিপ, ৬। তম্ফাসনা হায়স্কুল, ইম্ফাল, ৪। সেন্ট মেরিজ কলেজ, শিল্লোং ৫। বিদ্যাসাগর কলেজ, নবদ্বীপ, ৬। বিশ্বভার্তি য়ুনিভর্সিটি, শান্তিনিকেতন |

**-শক্লাইরবী অইবী মহারাজকুমারী বিনোদিনী-**

১২। ইরম্বা/ফোঙলবা লাইরিকশিং : ১। নুঙ্গায়রক্তা চন্দ্রমুখি (ৱারী মচা), ২। অশংবা নোংজাবী (নাটক), ৩। বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী (উপন্যাস), ৪। অমসুং ইন্দ্রজিৎ (অনুবাদ), ৫। হো মেক্সিকো, (লমকোয় ৱারী) ৬। চূরাচান্দ মহাবাজগী ইমুং মশীং ৪০গী মথক

১৩। ইরম্বা রেদিও দ্রামা :

১৪। ইরম্বা স্ক্রীন প্লে অমসুং দোকুমেন্টরীশিং : ১। ওলাংথাগী ৱাংমদসু ২। ইমাগী নিংথেম ৩। পাউখুম অমা ৪। ইশানৌ ৫। সঙাই : দানসিং দীয়ার ওব মণিপুর ৬। থেঙমল্লবরা রাধামানবী ৭। ময়োফিগী মচা ৮। ওর্কিদস ওব মণিপুব ৯। সনাবী ১০। লা অসিনাচিংবা

১৫। ইবম্বা দান্স দ্রামা : ১। কৈবুল লমজাউ ২। কোং হঙ্গোই ৩। লোকতাক ঈশৈ অমদি সঙাই ৪। মোইরাং থোইবী অসিনচিংবা

১৬। তৌবম্বা থবক : জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর দান্স কলেজগী সেক্রেটরী (কোন্না ভাইচ প্রসিদেন্ট)

১৭। যাওরম্বা সংস্থানশিং : ১। রূপ বাগ ২। মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, ইমফাল ৩। কলচরেল ফোবম ৪। লৈমবোল থোর্জৈকোল (লৈকোল) ৫। মণিপুরী ফিল্ম দিবেলোপমেন্ট কোর্পোরেসন ৬। ইন্দিয়ান পিপলস থিয়েটর এসোসিয়েসন (ইপতা) ৭। ওল মণিপুর পোলো এসোসিয়েসন ৮। রেদ

ক্রোস সোসাইটি ওব ইন্দিয়া ৯। ইন্দো জর্মন ফ্রেন্দশিপ সোসাইটি অসিনচিংবা

১৮ মনা মথুম অমসুং উপাধিশিং : ১। যামিনী সুন্দর গুহ গোলদ মেদল, পদ্মশ্রী ৩। সাহিত্য অকাদেমী অৱার্দ ৪। ষ্টেট কলা একাদেমী এৱার্দ ৫। কমল কুমারী নেসনেল এৱার্দ ৬। নিংঙোম্বম ওংবী প্রমোদিনীনীংশিংসাহিত্য মনা ৭। সেরাম মুক্তা এৱার্দ ৮। লাইফ টাইম এচীফমেন্ট ৯। রাইটর ওব দ য়ার অসিনচিংবা

১৯। লৈখিদবা চহী / নুমিৎ : খৃ: ২০১১ গী জানুয়ারী ১৭

**মতেং লৌজখিবশিং**

১। অইবী মশাগা উনজহৌবা অমসুং ৱারী ৱাতাই শানজহৌবা:
(ক) খৃ: ২০০৫গী মে ২২দা অইবীগী যুমদা পাঙথোকপা "লৈকোল"গী ষ্টদী সার্কল
(খ) খৃ: ২০০৭কী মার্চ ১৪ দা পাঙথোকপা "সাহিত্য অকাদেমি"গী "মীট দ অথর হাযবা থৌবম

২। অইবী খাইদেম প্রমোদিনীনা মহাক্না অইবী অসিগা লৈনবা মবী তিন্নবকপগী ৱারী লীবীবদগী তাজহৌবা

৩। অইবীনা ইরম্বা লাইবিকশিং মকওইনা "চূড়াচান্দ মহারাজগী ইমুং"

৪। অতৈ লাইরিকসিং
১। ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনীগী "শক্লাইবা খবগী পুন্সি" ২। মেমচৌবীগী "মণিপুরী সাহিত্যদা নুপীগী খোঞ্জেল" ৩। বি: জয়ন্তকুমার শর্ম্মাগী " লৈবাক নিংবগী ঈশৈ অমসুং শৈরেং ৪। অবাম্বম সমরেন্দ্রগী " খোমজিল্লবা মণিপুরী লীলা মচাশিং"

৫। কলচরেল ফোরম, ইমফালগী চেফোঙ "ঋতু" (১৩৫-১৩৮শুবা মশীং); প্রেত্রিওট্রিক রাইটর্স ফোরমগী চেফোঙ "ইপাক" অমসুং চহীগী চেফোঙ, ২০১১, ২শুবা মশীং মার্চ ১৪; ২০০৭দা সাহিত্য অকাদেমীনা "মীট দ অথর"গী থৌরমদা পুথোকপা ব্রোচর, অইবীনা লৈখিদবদা পাউ-চে কয়াদা ফোঙনরকপা পাউ অমসুং ৱারেংশিং।

**-শক্লাইরবী অইবী মহারাজকুমারী বিনোদিনী-**



খাইদেম প্ৰমোদিনী

(১৯২৪ ইং - ২০০৬ ইং)

# শক্লাইরবী অইবী খাইদেম প্রমোদিনী

হেক্তা পন্নবকই, হায়নবকই "য়োংশবী মখোঙ অহুম" খন্নরকপদা, নৈনবকপদা মণিপুরগী অইবা নূপাশিংগী মতাং। কনা কনাবুনো যোংশবী মখোঙ অহুম অদুদি? কবিগীদমক পন্নরক্লিবনো মখোয় অহুম্ব। পন্নদবা য়াদবদগী পন্নকপনি, হায়নদবা যাদবদগী হায়নরকপনি। পন্নখিগনি হায়নখিগনি অাঃ ভুং ফাওবা মীরোল কযাগী ভুংদসু। ফংলবনি মখোয় শিদবা মিংচং, য়ুংলল্লবনি মিংচং-উবোং সাহিত্যগী লমদা, অতৈ লমদসু। পন্নবনি হায়নবনি মখোয়না লৌরম্বা থৌদাংগীদমক্তা। নীংশিংনহৌবগনি হৌজিক্কী অমসুং ভুংগী মীরোল কয়ানা মখোযবু, মখোয়না লৌরম্বা থৌদাংগীদমক্তা। থরানমিচাক্লি লংলবা, মখোয়দি সাহিত্যগী অতিযাদা। হায়নৈ শোন্নে তখেল্লম্বম থোইবী দেবীনা লৈখিদবদা "চংখ্রে য়োংশবী মখোঙ অমা"। অমুকসু হায়নৈ "চংখ্রে মখোঙ অমসু" খাইদেম প্রমোদিনীনা লৈখিদবদা। হায়নহৌই মহারাজকুমারী বিনোদিনীবু "য়োংশবী মখোঙ অমত্তা ভায়হৌরে।" হায়নগনি মহাক (বিনোদিনী) না লৈখিদবদা "চংখ্রে মখোঙ অহুম্মক"। হায়নহৌগনি অদুম "যোংশবী মখোঙ

অহুম- - বিনোদিনী, থোইবী, প্রমোদিনীবু। লমযানবীনি মখোয অহুম্মাক লমদমসিগী নুপী অইবীশিংগী। নুপী অইবীগী মশীং রাংলিঙৈ, লাইরিক তৈবী নুপী মশীং যামদ্রিদ্রৈঙদা থোবকপনি মখোয অহুম। থংমু-নাওমুনি মখোয অহুম্মাক চহীদা খজিক্তং হনবা হন্দবা লৈজরবসু; হৌমান-কামীনরকপনি, তিন্নবকপনি, লোযনবকপনি পুন্সিগী তাঙ্কক কযাদা। মায ওনশীনবনি মান্নবা পাম্দমফমদা, চৎমীন্নরবনি মান্নবা লম্বীদা, সাহিত্যগী লম্বীদা, পুথোকপনি মখোয খুদিংনা সাহিত্যগী ফজববা পোথোক, মীৎযেং চঙবনি ফিল্মগী তাইবঙদসু। ফংমিন্নে অপুনবা মিংথোল "যোৎশবী মখোঙ অহুম" মখোয অহুম্মা সাহিত্যগী লমদা নুপীলক্তা। খঙদনা যাবক্তে মখোযগা পুন্সি বাবী অমসুং মখোযগী থবক।

নুপী ওইবা লমজাংবী লমযানবী অহুম (যোৎশবা মখোঙ অহুম) গী মনুংদা অমা ওইখিবী কুমবী খাইদেম প্রমোদিনা চুম্মগী অইবীদং ওইখিবা নত্তে। শক্লাইরবী অইবী অমা ওইখিবীনি। মনৈবাকপু নুংশিজবীনি; লম্বী থোং নিংথানা লৈত্রিদ্রৈঙে, মতমগী চাওখৎপগী মঙাল থোক্তনা ফংদ্রিদ্রৈঙদা মাপ্পুবগী মফম কযা: খুঙ্গং, চাংনুং মান্নুং, কাচিন-কোযা শীনখুংনা চৎখিবীনি; থোঙানা থোঙানবা লমগী মীগী পুন্সি মতিং, পুন্সি মবেন খঙখিবীনি। চৎলু চৎলুবা লমগী মাযাম্মসু মহাকপু মশক খঙখিবা মীশাক্ত, তশেংনমক মহাকপু মশক খঙদনা ইনাও যাওখিদবনি। কদাযদা কবি কবি তৌবি, কদাযদনা কবি কবি তৌতৌবি, খুদোংচাদবা অবাং-অপা কবি কবি লৈতৌই, করম করম্না খুদোংচাবা ফংতৌবে খঙবীনি। খঙনকবা উনকবা তিন্নকবা শম্নকবা মীওই কযাগী লমচৎ-শাজৎ, থবক খুদৌ মুন্না খঙবীনি। জনানতা ইবানতকী তুংইনবী অমসু ওইখিবীনি। লৈবাক্কী, ওফিসকী অচৌ-অশাংনা মকোক থোংবনা ভুম্মা তাযদুনা তৌনাংবা তৌবা, মখাগী তন্নবা মীবু শীজিন্নানাংবা মওংদা শীজিন্নবা (কবিগুরুন্দা যুমগী থবক্তসু শীজিন্নবীবা), তৌনাংবা তৌবা কযাবুসু মুন্না খঙবীনি। লৈত লাযবা, অশোন-অনা, নুপীগী ফিবম মুন্না খঙবী শক্লাইরবী মীশক্নি। মথৌ নিংথানা তৌদবা ওফিসকী মীওই কযাগী লমচৎ-শাজৎসু খঙবীনি। মতম অমগী খুন্নাইগী চৎনবী, শান্ন-খোৎনবগী মওং, যুম্নাল-কৈনাল মুননা খঙজিন-থিজিনবা মীশক্নি। পুন্সিদা খঙহুবা উরুবা তারুবা কযাবু মনীক চুম্না, থৌনা ফনা, অকিবা লৈতনা, মীনা লাকচবা য়াদবী

শক্লাইরবী অইবী খাইদেম প্রমোদিনী

তৌগে খনবদা নীংহন্নবা লৈতবী মায়থীরবসু হন্না হন্না শুমদ্রিবা ফাওবা হোৎনবী প্রমোদিনীনা ইথোরক্কুনা ফোঙ্দোরক্কুনা মীযামদা পাউদম পী, খঙহল্লি। প্রমোদিনী মশামক স্কুল অমনি, মঙোন্দগী তমজনীংঙাই য়াম্না লৈ। হন্না হন্না মায়থীরবসু হন্না হন্না হোৎনরবদি শোয়দনা মায় পাক্কনি হায়বসিদা মঙোন্দগী তমজনীংঙাই লৈ লোয়ননা ফনা যাম্না লৈত্র লায়বা অমদি অরা অনা ফংজরবসু হোৎপু হোৎনরবদি মহয় চায হাযবসিসু মাগী পুক্নিদগী তমজনীংঙাইনি। অতোপ্পা তমজীনীংঙাই অমনা অচম্না লোলদা লায়না ফোঙ্দোকপা, অপাবা মীদা লূনা থোকহন্দনা, হেক্তা ভাব তাহনবা, লাযনা খঙহনবা ঙম্না, নুংঙাইহনবা, হৌজিক্কী খুন্নাই অসি সি-সি ওইরেক্কো খঙহনবা ঙম্না অসিনি। অসিগুম্না শক্লাইববী অইবী অসিগী মনম থাইত মঙা/হনাহনা ইদুনা ফোঙ্দোকপা ওইথোক্কে। চাউবনা লাইবিক অমা ওইনা ইদনা পুথোক্লগা মপুং ফাগদবনি। অদুবু মহাক কবম্না পুক্নি হৌবকই, কবম্না লেনাখ, কবি কনি তৌবগ্মী অসিনচিংবা কযা মমূৎ তানা খঙদ্রবসু খরমথোদ খঙফম থোকপগী তঙায ফদবা ওইরকই সাহিত্য, ফিল্ম অমদি অতৈ কলা কযাদা চৎশিল্লিবশিংনা। থমজবি মখাদা অসিগুম্নী শক্লাইববী অইবী থাইদেম প্রমোদিনীগী শক্লপ্পা পুন্সি বাবী অমসুং থবক।

**পোকপাঃ**

শক্লাইরবী অইবী থাইদেম প্রমোদিনী খৃষ্টগী কুম ১৯২৪ গী জানুযারী ৩ দা (অইবীনা হিংলিঙৈদা পীবাবম্না থাইও নাহাগী মতুংইন্না) ক্রাকৈথেল থোকচোম লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিংনা থাইদেম কমল অদুগা অপোকপীগী মিংনা থৌদাম নীংঙোল থাইদেম ওংবী শঙ্গায কৌই। প্রমোদিনী মচীন-মনাও মবিনি, মহাক্কা খ্নাইদগী ইতোন তোনবীনি, নুপা য়াওদে নুপী ঙাক্তেনি। প্রমোদিনীগী পীক্লিঙৈগী মিংদি পিশাক কৌই। তম্ফাসনা স্কুলদা তম্লিঙৈদা ওজা অমনা থোনবীবনি প্রমোদিনী হায়বা মিংসি।

**মচীন-মনাওশিংঃ**

প্রমোদিনী মচীন মনাও মবিনি। মহাক্কা খ্নাইগী ইতোন তোনবীনি। মচে

অহৈলগী মিংনা সখী দেবী কৌই, বামোন্দা ওঙই। মতম অদু গৌড়িয়া ধর্ম্মনা যাম্না কাপ্পিরৈঙ ওইরমগা অমদি বামোন্দা ওঙলুবনা বামোনগী লমচৎ-শাজৎতা লপাখিবনা মত্রাক মপামদা লাকপদা মচীন-মনাও অমদি অতৈ কনাগা চাম্নানা থকমিন্নাখিদে, মৈতৈ খুৎ চাখিদে। অনীশুবা মচেগী মিংনা ইবেচা কৌই, মচে অমসুং মনাওশিংনা মতম শাংনা পুন্সিবগুম মত্রাক্তি পুন্সিখিদে। অহুমশুবী মচেনা যোগেন্দ্রশর্ম্ম ওংবী তম্পাক দেবীনি। মহাক্কী অনীশুবা মচানুপা ধনঞ্জয় (মযাম্না বোই চায়না খঙনবা) বু প্রমোদিনীনা নাওকোঞ্জবকখি। প্রমোদিনী মচে তম্পাকসু লৈমিন্নবকখি।

## অঙাং ওইরিঙৈঃ

অঙাং ওইরিবৈঙেদা লৈত-লায়বা অরা-অনা কয়াগী মবক্তা পুন্সি লেপ্লকখিবনি। অদুগুম্না লৈত-লায়রা, অরা-অনা কয়া অদু থেংনদুনা মাযোক্নদুনা লানখেংনবিবা লাম্না অমগুম মাযোক্লবকপনি। অঙাং ওইরিবৈঙগী রাবীদি লৈত-লায়বা অরা-অনাগী রাবীনি। অঙাং ওইরিবৈঙেদগী হৌনা লাইরিক তম্না তম্না শু-নোম্নগী থবক তৌদুনা হিংলকই। অপোকপা কমল সিংহ মৈতৈ লাইরিক থীবা হায়বগী শিনফমদসু থা ওরকই। হিংনানবগী লানফমদা তোংইজ মরান্দা খোঙনা চত্তুনা মণিপুরগী বাংমা শিলচর অমসুং কছাড়গী মফম কয়াদা ফি ললোন্দুনা শেল তাল্লগা হিংলকখিবনি। বামায়ণ, মহাভারত নাচিংবা খুৎনা শিন্দোক্লগা পৈশা তান্দুনা যুমগী লৈত-লায়বগী মতেংসু ওইনখিবনি। অদুবু লাইবক থীবদি প্রমোদিনীনা চত্তা অহুম শুবকপদা কমল সিংহ মাগী পুন্সি চেঙজেন লোইবদুনা পাক্রিবী মচাশিংবু মপুং-মরৈ ফাবা ফওবা নাওযোক নাওকোল্লমদনা নুংশিজরবী মচাশিং লোয়নবী শঙ্গায অমদি মরী-মতা মফম মপিজা কযানু থাদোক্লমদুনা তাইবঙপান্দগী বাদায় লৌখি। প্রমোদিনী অপোকপা মপাবুংবু মুত্না শকখঙজহৌদে। অসুম্না মবাখবক থাবনা প্রমোদিনী অমসুং মচেশিং পু-পাং শুনা মপুং-মরৈ ফাবা ফাওবা নাওযোক নাওকোনবীবা ফংজখিদে। মচাশিং চাউননবা যোক থাকপা নৌনা লুখ্রা ওইহৌনবা মমাগী খুৎতা তাহৌই। চত্তা কুম্লামবিরোম শুবকপদা লুখ্রাবী ওইহৌনবী শঙ্গায দেবীনা ফৌশু লঙদুনা, কৈথেল কাদুনা যাম্না রানা

মচাশিংবু চিকোল-নাওকোল্লকখি। মীওইনবা হোৎনখি। নুপা য়াওদনা যৃম্বানবা, মচাশিংবু থাকপা, চাউননবা হোৎনবা অসিদা লৈত-লায়বগী চৈথেঙ ফংলবী লুখ্রাবী অমনা ফংবা য়াবা অৱা-পোৎলূম অদু ফংখিবনি শঙ্গায় দেবীনা। অসুম্না মচাশিংবু থাক্লবা অমদি মী ওইনবা হোৎনবগা লোয়ননা যুম লিংননবা হোৎনবদা মরায়বক থীরবী মমানা লৌবিবা থৌদাং, পুবিবা অৱা-পোৎলূম অদুগী চৈথেঙ অঙাং ওইবিবী প্রমোদিনীগী থম্মোয়দা মমি-তাখি, চৈথেঙ ফংখি। নুপা যাওদনা যৃম্বানবা অসিদি অসি ওইরেকো হায়বা খঙখি। নুপী ঙাক্তনা যৃম্বানবা মবম্না মীনা উশিৎলোই হায়বা অসিসু খঙখি। থৌনা ফনা নুপী থোক্লা নুপা শাবা তঙায ফদে হাযনা মাগী থম্মোযদা ফাওখি। মবম অসিদগী মহাক খ্বাইগী ইতোন তোনবী ওইজববস্ নুপা শাগে খনখি, নুপা শাবা তাখি, নুপাগী খোঞ্জেল মালহ্ন দুনা বা ঙাঙ্খি, মমৈদদি মশাগী মপোক্কী ওইনা পীথোরকপা অমগা লোযননা মপা মপা চানকদুনা রাঙাঙ্দা নুপা খোঞ্জেল মানখি। অপোকপী মমা শঙ্গাযগী অবাবা উবদা মাবু নুংশিবীবা মচে মনেম মন্দোন কয়ানা মঙোন্দা (শঙ্গাযদা) মাবু ওন্থোক্লা লাইবক পীগ্রেদকো, রাগদৌরিদা অঙাংশিং অসি যোক-থাকপদা, অঙাংশিংসিস্ নুপা অমত্তা হেক যাওদেদো হায়বা রাঙাঙ্ তাবদা পীক্লিবী প্রমোদিনীনা মমাবু অমুক্তং নুংঙাইহনগে, মমাবু কদৌনুংদা থাদোক্লোই হাযবা অসি মাগী অচেৎপা লাইনীং ওইখি।

## পুংকক চাউরক্লবদাঃ

প্রমোদিনী যাম্না রানা হৌরকই। শেৎনীংঙাই ফিরোল ফাওবা অরাৎপা লৈবদগী মীনা থোনবীবকপস্ কোঙ্গাযনি। পৃম্নমকসি প্রমোদিনী মুন্না খঙই। অদুনা কবিগুম্না খবা তৌগে হাযবসি মাগী অচেৎপা ফিবেপ ওইখি। মীমান্নবা ঙম্ন নবা হোৎনবা তাববদি মীমান্নদবা খবা তৌবা তাবে খনখি। অদুনা মপৃং-মবৈ ফারক্তনা চাউবক্লবা ফাওবদা মতম মতমগী ওইবা যাওশঙগীনি খঙদে অমগীনি খঙদে প্রমোদিনী হবাও-কুম্ভে থোইদোক্লা চৎলক্তে, য়াওবক্তে। মতম অমদা মণিপুবদা কৃষ্ণজন্ম, থৌবানীজন্ম (রাধাষ্টমী), রা যুংবা, রাফৃকপা অসিনচিংবা লাই-তীল অমদি অখন্নবা মকওইবা নুমিৎ খবদা শাবী-শানৌ (পাখং-লৈশানী)

শিং অহিংদা লিকোল শান্নবা অসি চৎনবী অমা ওইবর্ম্মী। যৌবনগী অপাম্বা অমা ওইনা মাগী মতমদা চৎনবা অসিদা অযাম্বা পাখং-লৈশাবীশিংনা শরুক য়ানবর্ম্মী। অদুবু প্রমোদিনীদি মসিদা যাওগে খর্নখিদে, যাওসু যাওখিদে। যাওশঙগী থাবল চোংবা খোয়জংলক্তে: কাংগী (রথ-যাত্রাগী) খুবাক ঈশৈ, নীংঙোল পালি, জগোই (জয়দেবগী জগোই) অসিনচিংবা থোইনা চৎলক্তে। মানা তৌগদবা অদুতা তৌদুনা লাকই। য়ুমগী থবক ইনখাংদা নুপানা তৌগদবা থবক কয়া তৌরকখি।

## নুপা মচাগী মথৌ পাঙথোকপাঃ

মথক্তসু পঙাক্রে, প্রমোদিনী মচান-মনাও মরিনি, নুপা যাওদে, মানা ইতোন তোনবীনি, মপাবুংসু লৈখিদ্রে, লুখ্রাবীনা কোনবা ইমুংনি, নুপীনা য়ুমলিংবনি। মসিদনি প্রমোদিনীনা নুপা শাদবা যাদদুনা শাখিবা মীনা উশিৎপিদবদগী থবমথৈদি ভাকথোক্লুবা- - বাভাহ্দসু, খবক্তসু। হৈনাখবদগী বাভাহ্ (খোঙ্খোল) দদি নুপা অদুম মানক্রে। তশেংবর্মাক্রু প্রমোদিনা নুপাগী শাহৌদা তৌবকই, ত্রৌখোবকপদসু নুপাগা মান্নানা তৌখোবকই। শাহৌগা কাউদাগো, যমগী ফিরম্না নুপাগী শাজৎ নুপাগা মথৌ খবমথৈ তৌদবা যদবগে মপা মপা চানখিদুনা নুপানা পাঙথোক্লুদবা য়ুমগী থৌ কয়া পাঙথোকখি। তশেংনমক প্রমোদিনা নুপাগী থবক যাম্না তৌই- - - য়োৎপাক পাযদুনা লৈরাক তৌই, শাং খায়, ইফার্ন্না, রা যার্ন্না, চৈক্রি তকই, কোস্তেও পাল্লি, মেবা বা যুংই। নুপা যাওদবা নুপাগী য়ুমনিনা নুপাগী শিনফম অয়াম্বাসি পাঙথোকপানি। অমনেমদনা নুপীনা পাঙথোক্লুবা শিনফম- - ফি শাবা, ফনেক লোনবা অসিনচিংবা কযাদা পূক্লিং চিংশিনখিদে, কযা তৌবক্তে। কারিগুম্বা মনম খনদগী মহাক য়ুম্বানগে (লুহোংগে) খনখিদে, নুপা-নহাগী রাখল পূমথা খাদেনখি। যৌবনগী অপাম্বনা মাবু খুদুম চনবা ভুমখিদে। কামদেব অমসুং রতিগী খুৎতগী নাম্বোকখি। মসিনা মথম ওইদুনা মাগী পুন্সিদা মনাক্তা তুমীৎ লাবা ফাওবা পাউরকখিদে হায়বা রাফম অসি মশামক্তা ফোংনা, থৌনা ফনা মীযাম মাঙদা হায়বা ভুমখি।

**মহৈ-মশিং:**

প্রমোদিনী য়াম্না ৱানা লাইরিক তম্লকই। খুদোংথীবা অমদি খুদোংচাদবা কয মায়োক্লদুনা লাইবিক-লাইশু তম্লকপনি। অদুবু লাইবক ফবদগী মায়োক্লখিব অপনবা কয়াবু নমহৎনবা মতেং কয়াসু ফংখি। মদুনা মহাক্লা লাইরিক লাইশু তম্বদা কান্নবা ওইখি, মথং মথং মখা তানা তমথবগী খুদোংচাবা ওইখি প্রমোদিনীনা অঙাং ওইরিঙৈদা নুপীনা লাইরিক তম্বা, স্কুল চৎপা অসি থোইন পাম্নরমদে। অদুম ওইনমক প্রমোদিনীদি স্কুল চত্তুনা লাইবিক তম্বগী লমদ চঙশিনবা ঙমখি। তৌবমক্তি নুপীনা লাইবিক তম্বা অসি খরা খবা মহাক্লা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা চৎনরক্লবনি। প্রমোদিনীগী মফমদা লুবিবা ৱাফমদি য়ূমগী লৈতবা অসিনি। পীক্লিবী প্রমোদিনীনা লাইরিক তম্বা হৌবকপা য়াম্না পূক্লিং নুংশিনীংঙাইনি। মীনা হুন্দোক্লম্বা স্লেৎ মচেৎ অমা, শেগাযরবা লাইরিক মচেৎ অমা খূন্দুনা ক্বাকৈথেলগী প্রাইমারী স্কুল অমদা মপী লাইরিক (অহানবা) তম্ব হৌই। মঙাশুবদদি মোইরাংখোমগী লৈপৃং স্কুলদা থাই। লাইবিক তম্না হৌরকপদ অৱাৎপগী অৱাৎপা ঙাক্তনি মহাক্লা থেংনখিবা। মফি-মবোল অনীশুন শেৎনীংঙাই লৈখিদে। অমত্তং লৈজবা অদুসু মীনা লৈবীবা/পীবীবা কযানি। য়ূম নোং য়ুবকপদা হোংঙু মনা অপাকপনা থেত্তুনা খাঙলকপনি। মাগী মফি-মরোলগী অৱাৎপসি উবদা যেংবা নুংঙাইত্রদুনা মীনুংশিগা লোযননা মমান্নবী থোংগ্রাম গোমতীনা ফূবিৎ অমদি অতৈ শেৎন-চানবা ফিবোল লৈবীবা মতাংসু লৈখি থাংজ পরীক্ষাগী চে মূক্লচিংবসু হুনবীবনি। অদুবু লৈত-লাযবনা মবম ওইদুন মতম খরা লাইরিক তম্বা লেপ্পা তাখি। অসুম্না মতম খবা লাইরিক তম্বা লেপ্পব তুংদা লাইবক ফবদগী কোইজম অমুবীনা ৱাহেংবম লৈকাইদা লিংখৎপা নুপীমচাগী স্কুলদা লাইরিক তম্নরো কৌবকপদগী স্কুল অদুদা ক্লাস সবেনদা মিং চন্দুন লাইরিক তম্মী। নোং-নুংশিৎ অমদগী স্কুল অদু তেক্লকপদদি তম্ফাসনা স্কুলদ ক্লাস আইটতা তম্মী। মথং মথং তমথবকপনা খৃষ্টগী কুম ১৯৪২ দা মেট্রিব পরীক্ষা সেকেন্দ দিবিজন্দা পাস তৌই। থাগী বৃত্তি লুপা ২৫ ফংই। মখা তাব ওইনা মেট্রিক পরীক্ষা পাস তৌরবা মতুংদা নবদ্বীপ (নোংচুপ বঙ্গ) দা নদিয় ৱুমেন কলেজদা আই এ তম্মী। পবীক্ষা থাই, ফেল ওই। অমুক্তা নত্তে ফেল

ওইবা, অহুম্নক্কি। হঞ্জিন-হঞ্জিন থাবদা মায় পাক্রুবদা খৃঃ ১৯৪৭ তা গৌহাতিদা থাই, ফার্ষ্ট দিবিজন্দা পাস তৌই। কতন কোলেজ, গৌহাতিদা বি এ তম্মী। পবীক্ষা থাই ফেল ওই, মঙারক শুবদা বি এ পাস তৌই। পাস তৌবা চহীদু ১৯৫৪ ইংদা প্রাইবেৎতা বি এ পবীক্ষা থাবনি মদুদা পাস তৌবনি। মথং চহীদা স্কুলদা ওজা ওইমীন্নবী থোইবী দেবীগা দিল্লিদা বি এদকী ট্রেনিং চৎলি। মসিদসু দিল্লি যৌবগা সীৎ ফংগনি ফংলোইদা খুদোংথীবা কযা নংখি। অদুবু মমৈথংদা নখোযগী হৈশিংবা অমদি মখোয়বু নুংশিবীবদগী সীৎ ফংদুনা বি এদ পাস তৌখি।

মহারাজকুমাবী বিনোদিনীনা মহাকপু স্কুল তম্লিঙৈদগী হৌনা মতেং পাংবীবকপগী রাবীসু লৈ। স্কুলগী পোর ফন্দদগী শিকিমঙা (লুপা অমগা শিকি) থা থাগী ফংবগী মথক্তা এম কে বিনোদিনীনা থা খুদিংগী লুপা অমমমগা হাপ্পীদুনা পুন্না লুপা অনীগা শিকি অমা স্কুলগী ফী হুন্নরকখি। ওজা অমুবীনা মসি ওইননবা শীনবীখি। মেত্রিক পরীক্ষা থাবগী মতম য়ৌবক্লবা থা অহুমগী ফীগা পরীক্ষাগী ফীগা পুন্না লুপা ২৫ থীগদবা মতাং লাকখি, গীদ্রবদি পরীক্ষা থাবা যাবোইদৌরিবনি। অদুনা মীঙোন্দা হায়জদবা যাদদুনা হাযজবা চৎলি। মহাবাজকুমার প্রিয়ব্রত, মহারাজকুমারী তোম্বীসনা, মহাবাজকুমাবী বিনোদিনী, কে গৌরো অমসুং খোমদ্রাম ধনচন্দ্র মখোয় মঙানা লুপা ৫/৫ পীবকপদগী মদুনা থাগী অমসুং পরীক্ষাগী ফী শেংদোক্লুনা পরীক্ষা থাখিবনি। খৃষ্টগী কুম ১৯৪১ দনি। চহী অদুদনি প্রমোদিনীনা মেত্রিক পাস তৌবা। চহী অদুদনি ইম্ফালদা জাপান্না বোম থাদবা। মতম অসি ফাওবা ইম্ফালদা মণিপুবগী অহানবা কলেজ দি এম কলেজ লিংখৎত্রি। অদুনা মখা তানা আই এ তমথফম মণিপুরদা লৈতে, মপান্দা চৎপা তাই। অদুবু করম্না মণিপুবগী মপান্দা লাইবিক তমগনি? মতাং অসিদা মহাবাজকুমাবী তোম্বীসনানা শীনবীবদগী প্রমোদিনীবু নবদ্বীপতা বিনোদিনীগা লৈমীন্নহন্দুনা মখা তানা লাইবিক তমহল্লি। অসুম্না নবদ্বীপতা সনা ইবেম্মগী মতুং ইন্দুনা আই এ তম্লকপনি। আই এ অমসুং বি এ দা হঞ্জিন হঞ্জিন ফেল ওইবব সনাইবেম্মা এম কে বিনোদিনীনা পরীক্ষা থাকবনু হাযখিদে, ঙমদ্রি ফাও শেল পীদুনা পরীক্ষা থাহল্লি। অসুম্না য়াম্না রানা-নংনা লাইবিক তম্লকখিবনি অমসুং নুংশিবীদুনা মাগী মতেং মীনসু পাংবীখিবনি।

শক্লাইরবী অইবী খাইদেম প্রমোদিনী

**শান্ন-খোংনবগী লমদাঃ**

শান্নখোংনবগী লমদা কা হেন্না থৱায় য়াওশিন্দ্রগসু শরুক য়াবদি অদুম য়াওরকই। চাউরক্লবা মতমদা কুম্মৈ-ফিয়োং চৎলক্লবসু অঙাং ওইরিঙৈগী মতমদুগী মশান্না কয়া--- ফিবূল হাবী, উরাওবী, খুল্লোকপী, শগোল তোংবী, কাঙখিন থিনবী, সেবোতি কাওনবী অসিনচিংবা লোইনা য়াওরকই। তম্ফাসনা স্কুলদা ওজা ওইরিঙৈদা মতম অদুগী হেদ মাষ্টর হাওবম ইবোতোম্বীনা প্রমোদিনীদা ছাত্রীশিংগী শান্ন-খোংনবা য়েংশিনবগী থৌদাং পুহল্লি। স্কুলগী ছাত্রীশিংগা বেদমিন্তল, ফূৎবোল, ভোলিবোল শান্নমীন্নে। প্রমোদিনীনা বেত পায়দুনা নোক্কুনা সতল কোক থোম্বা, কোয়চেন চেন্দুনা শান্নবা ছাত্রীশিংনা থৱায় য়াওনা য়েংই। কবাদ্দি শান্নবদা মহাক্না জর্জ হেক হেক ওই।

**ওজা ওইরকপাঃ**

খৃষ্টগী কুম ১৯৪২ দনা মেট্রিক, ১৯৪৭ তনা আই এ পাস তৌববা তুংদা খৃষ্টগী কুম ১৯৫১ দা প্রমোদিনী অন্দরগ্রেজুয়েৎকী ওজা ওইনা তম্ফাসনা স্কুলদা চঙই। মতম অদুদা মহাক বি এ পাস তৌদ্রি। ওজা ওইনা ওইনা খৃষ্টগী কুম ১৯৫৪ দা প্রাইবেৎ কেন্দিদেৎ ওইনা বি এ পরীক্ষা থাই, পাস তৌই। স্কুলদুদা ওজা ওইমীন্নবী থোইবী দেবীসু চহীদুদা বি এ পাস তৌই। পাস তৌরবা মতুংদা মখোয় অনীমক গ্রেজুয়েৎ ওজাগী পোষ্ট ফংই। মথংগী চহী (১৯৫৫) দা মণিপুর সরকারনা মখোয় অনীমক বি এদকীদমক দিল্লিদা থায়। বি এদ লোইশিল্লি পাস তৌই। ওজা অমা ওইনা ওজাগী মথৌ ফজনা তৌই। মথৌদা পূক্নিং চঙবা উবদা মঙোন্দা হেদ মাষ্টরনা মকওইবা থবক কযা শিন্নে। অসুম্না মতম খরা (চহী ৯ লোম) স্কুলগী ওজা ওইরম্লগা খৃষ্টগী কুম ১৯৫৯ দা মণিপুর সরকারগী দিবেলপ্মেন্ট দিপার্টমেন্টতা থবক ফংবদগীদি চহীদুদা স্কুলগী ওজা ওইবগী থবক থাদোকখি।

**ওফিসার ওইরকপাঃ**

খৃষ্টগী কুম ১৯৫৯ দা য়ুনিয়ন পব্লিক সার্বিস কমিসন (য়ু পি এস সি) না

দিবেলপমেন্ট দিপার্টমেন্টকী এসিষ্টেন্ট দিবেলপমেন্ট কম্মিস্নার (এ. সি সি) গী ফম অমগীদমক এদভার্তাইজ তৌরকপদা দিল্লিদা ইন্টর্ভিয়ু যাওবা চৎলি। মহাক নত্তুনা ফম অদুগা অতে কেন্দ্রদেৎশিংদি এম এ ড্রাক্তানি। অদুনা মাবু খল্লকনি হায়বগী থোইদোকপা অাশা তৌকদবানা। অদুবু ইথা থাজদনা লাইবক ফবনি হায়গদ্রা মাগী পার্সোনেলগী হায়গদ্রা ফম অদুগাদমক মাবু খল্লকই। অসুম্না খল্লকপদগীদি খৃঃ ১৯৭৯ চহী অদুমক্তদা ওজা ওইবগী থবক থাদোক্লগা দিবেলপমেন্ট দিপার্টমেন্টতা এসিষ্টেন্ট দিবেলপমেন্ট কম্মিস্নার ওইনা থবক চত্তই। অসুম্না থবক তৌবকপনা দিপার্টমেন্ট অসিদা খৃষ্টগী কুম ১৯৭৫ দা রুমেন এন্দ চিলদ্রেন প্রোগ্রামগী দিরেক্টরগী ফম কায় অদুগা খৃষ্টগী কুম ১৯৮৬ তা থাদোক্লগী পোথাই। মহাক মণিপুরগী অহানবা ক্লাস বান নুপা গেজেতেদ অফিসারনি। প্রমোদিনীনা দিবেলপমেন্ট দিপার্টমেন্টতা থবক তৌরিঙৈদা মণিপুরগী কাঞ্চন কোম্বা, সারমান, খুঙ্গং কয়া খুন্না চৎপগী খুদোংচাবা ফংখি। অদুনা খুঙ্গংগী পুন্সি মথেল, চাংমাগী পুন্সি মথং লম লমগী ওইরিবা মিতম ফজনা খঙনা উমখি। মণিপুরগী নংমদসু টুর চৎপগী খুদোংচাবা ফংখি। জিরিবামদা টুর চৎলিঙৈদা অপোকপা মমা লৈখিদবদা উনবা ফংহৌদে।

## থৌনা ফবী ইচংথৌবী অমা ওইনাঃ

হায়নবা যাওই কনাগুম্বনা প্রমোদিনীগী থৌনা লিংজেল বাঙাই উবদা তাবদা "নুপা ওইনা পোকখিদবদা লেংজানবা হানাখিদুনা নুপা ওইনা পোকখিবনি"। হায়নবা বাফম অসি কনাগুম্বা অখঙবা নুপী খবদা মথোয়গী থৌনা লিংজেল মরান মেংদুনা হায়নবনি। বাফম অসি প্রমোদিনীগী মফমদসু হায়নবনি। অওইবমক্তি প্রমোদিনী থৌনা ফবা, মরান লৈবা, লিংজেল পানবা, হোৎনবা কনবা, অখাঙ কনবা, মানা লাকচবা যাদবা, অচুম তানবা ভন্না, নাংবা কাযহন্দবা, অহানবা নাইদবা, পান্দমফম ফংনবা হোৎনবদা পোথাদবা, অবায়-অখুন হৈবা, পাইবক্তা লৌশিং লৈবা নুপীনি। নুপা ভাক্তা ভাযবা ইমুংদা নুপা শাদবা যাদবদগী নুপাগা লোল লৌবা তাবকপগা লোয়নবা মপোক্কা ওইনসু নুপাগী গুণ লোয়নবকপা নুপীনি। নুপানা নুপীবু হৃন্না খন্নাবদা য়ানীংদবা ওইনা

নুপীগী অধিকার অমসুং থৌদাংগী মরমদা লাইবিক কয়া ইবীখি। এম কে বিনোদিনীনা মাবু "বাবু" হায়না কৌই। নুপানা নুপীবু হন্থনা যেংবা য়ানীংদে হায় হায়দুনসু হৌজিক কালগী লমচৎ নাইদবী, ওক্তবী নুপীশিংবুদি যাম্না থীনা চৈবীনি। ফত্তবা নুপাবুসু থীনা চৈ। অদুনা ইবকই ফোঙলকই মাগী য়ারেং---
নুপানা হায়রি ইচেনি ইচলনি হায়নীংদে/নুপীনা হায়বি ইবুংনি ইপ্বানি হায়নীংদে।
ফত্তবা নুপা নুপীগী লমচৎ শাজৎকী মতাংদা ইথোবকপনি ফজনা, ইচং থৌনা। অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা তৌদবা যাদবদগী অমসুং মপোক্কী ওইনা পীথোবকপদগী হৈনজবী ওইনা নুপাগী থৌদাং কয়া পাঙথোক্লুনা চাউবকখিবনি (লৌখিবা থৌদাং মথক্তা পঞ্জখ্রে)। মাযথীরে হায়দুনা নীংহন্নদবীনি। হন্না হন্না পরীক্ষা শোয়বক্লুবসু হন্না হন্না থাদুনা ঙমদ্রিবা ফাওবা হোৎনবীনি। হন্না হন্না হোৎনববদি মায় পাকই হায়বা স্কোটলেন্দগী রোবার্ট ব্রুসকী বাবাদু প্রমোদিনীনা কাউবা লৈখিদে। রোবার্ট ব্রুসকী পুন্সিদা থোকখিবা থৌদোক অদুমক্তা মান্নবা মওংদা থোকখিবনি প্রমোদিনীগী পুন্সিদসু।

প্রমোদিনী হনবা লৈতনা হোৎনবী অমা ওইরকপগা লোয়ননা মীনা লাকচবা যাদবী, শীংনবা যাদবী, মঙোন্দা শীংনবা হৌবু হৌবক্লুবদি লেম্না খক থাদবী, মানা ঙমদ্রিফাওবা অঙম তানবী, মীনা করেম কথায়নবা যাদবী নুপী অমসু ওইবকখি। রাহৈগী অরায়-অখুম্নানি খঙদে, থবক ওইনানি খঙদে থোকপা অমদি হেক্তা তৌরকই। তম্ফাসনা স্কুলদা ওজা ওইবিঙৈদা থোইবী দেবীগা মহাক্না দিল্লিদা বি এদকাদমক চৎলি। দিল্লি চৎত্রিঙৈ নোংমা নীনিগী মমাঙদনি। মতম অদুগী তম্ফাসনা স্কুলগী সেকেন্দ মাষ্টরনা মখোয় অনীদা "নহোয় অনীনা দিল্লিদা চৎলদি মৈতৈ নুপী পুম্নমক চেন্থনা তারেদো নহোযগী শক্তা-পুদা ফিজেৎ চাকশেৎতু উবদা, মণিপুর চেন্থবানি খননদা য়াদবা ঙমদে" হায়বকপদা মহাক্না "কৈনো ওজা! ঐখোয় নত্তবা মশক মতৌ ফজখ্রবা, কেথ্রবা, কেবনা কেবাক থোক্লুবা থম্মালঅতৌবী, অচৌবীহোয, তোন্দোনহোয, এম কে বিনোদিনীহোযনা দিল্লি চৎপা হাল্লিনা, দিল্লিগী মীনা মৈতৈ নুপী পুম্নমক মহোযগুম খল্লমগনি, ওজাসু হায়মল্লিদা: ঐখোয়গী শক্তি উৎলুগদবসু লৈতবদুবো" হায়না প্রমোদিনীনা খুমখি। সেকেন্দ মাষ্টরগীদু চুম্নগী ফাগ ওইবম্নসু যাই।

শক্লাইরবী অটবী খাইদেম প্রমোদিনী

ফিল্মগী মতাংদা অমুকসু য়েংবা য়াই। নোংমা কনাগুম্বা ভদ্রলোক অমনা প্রমোদিনীগী খূৎইগী মরমদা অসুম্না হায়খি, "মানা ইরিনে তৌরিসি নোক্কুম নোক্লীংই, মীগীসিবু ফিল্মগী স্ক্রপ্ট ওইবা য়াই হায়ব্রা? অদুবুদি মাসু জীবনিনা তৌজরিবা হায়বদুনি"। ৱাহৈশিং অসিনা প্রমোদিনীগী মফমদা থৌনা অমা পীরকই। শোয়দনা তৌরগে হায়বগী অচেৎপা ফিরেপ লৌখি। ফিল্মগী লাইরিক অনী ইদুনা মচুগী ফিল্ম পুথোকই। মাগী "লাংলেন থাদোই" মচু শঙবা ফীচর ফিল্মনি অদুগা অমনা "থবা" দকুমেন্টরীনি। মচু শঙবা ফিল্ম পুথোকপা মণিপুরদা মহাক্লা অহানবনি। ভদ্রলোক অদুনা করেম্লবমদ্রবদি মসি ওইথোক্লমদবা যাই। মহাকপু প্রমোদিনীনা মমৈদদি শাউবগী মহুত্তা হন্না হন্না থাগৎখি থৌনা লিংজেল হাপ্লীবগীদমক।

**ইরম্বা অমসুং ফোঙলম্বা লাইরিকশিংঃ**

মীযাম্না প্রমোদিনীবু হেন্না শকখঙনবসি অইবী অমা ওইননি। প্রমোদিনী চুন্ন গী অইবী লময়ানবী অমা ওইরম্বদা নত্তনা লাইরিক ৪০গী মথক্তা ফোঙলম্মী ইরম্মী। লাইবিক থবদি মহাক্লা খোমজিন্দুনা ফোঙবনি। খুদম ওইনা কবি তর্পন, লৈমরোল। অযাম্বদি মশানা ইবনি। হিংলিঙৈদা ইবম্বা ফোঙদ্রিবা অইবা থরসু থনম্মী। মাগী মতম ফাওবদা নুপী অইবীশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মশীং হেন্না লাইরিক পুথোক্লম্বসি মহাক্নি। নুপা নুপী পূন্না য়েংবদসু থোইদোক হেন্দোকপীনি। মশীং য়াম্বদা নত্তনা মগুণ লৈবা থাক ৱাংনা লৈবা লাইরিক কযানি। লম কযাদা খূৎ থাই। শৈরেং, ৱারীমচা, নোবেল, দ্রামা, লমকোয়-বাবী, ফিল্ম স্ক্রপ্ট, ফোঙ্ক ষ্টৌবী, অঙাংগী সাহিত্য অসিনচিংবা কযাদা খূৎ থাই। লমকোয বাবীগী লাইবিক কয়াদা অশেংবা পাউদম পীদুনা ফোঙদোকপগা লোযননা মাগী বাবী মচাগী লাইরিক কযাদসু অশেংবা থোকখিবা থৌদোক বাবী ওইনা পুথোকই, ফিক্সন্দসু রিয়েলিটি কযাদা যুম্ফম ওইবগা ইথোরকই। মঙোন্দা লাইবিক ইবগী ঈথিল অসি খৃষ্টগী কুম ১৯৪৩ দা মহাক্লা নবদ্বীপতা লৈবিঙৈদা ফংখিবনি। "পোনগী চেক্লা" হায়না মিংথোনবা শৈরেং অমা ইখি। মহারাজকুমারী বিনোদিনীনা মদু বাংলা লোলদা হন্দোক্লুনা বাংলা মেগাজিন অমদা হাপখি। মখা তারকপদা

মহাক্না কোয়চেন চেন্দুনা অমদি য়াম্না কন্না হোৎনদুনা মণিপুরগী শক্লাইববশিংনা ইবা শৈরেংশিং খোমজীল্লগা খৃঃ ১৯৫০ দা "কবি তর্পন" ফোংই। মসিগীদমক মহাকপু অশাংবম মীনকেতন্না য়াম্না থাগৎখি, লাইরিক অসি পুখোক্লবা খোমজীনবদা লমজিং লমতাকপীখিবশিংদি মীনকেতন অমসুং বাজকুমাব শীতলজিৎ সিংহনি। মখা তারকপা ওইনা খৃঃ ১৯৫৭ তা মাগী "নুজা ফিদম" ফোংই। খৃষ্টগী কুম ১৯৮৪ ফাওবদা লাইরিক খরা ফোঙলল্লবা মতুংদা খৃঃ ১৯৮৬ তা সরকাবগী থবক তৌবদগী পোথাই। থবক্তগী পোথাববা মতুংদগীদি ইবগী থবক্তা হেন্না মায ওনশিনখি। সবকাবগী থবক তৌবিঙদা মণিপুবগী মফম কযাদা চত্তুনা থেংনখিবা উবকখিবা মহাক্কী পুন্সিগী এক্সপবিয়েন্স কযা লাইরিক ওইনা পুথোবকখি। রাবেং, শৈবেং, ড্রামা, লীলা কযা মথং মথং ফোঙলকখি। মসিদগীনি মহাকপু শক্লাইববী অইবী অমা ওইনা খঙনবকখিবা। দিবেলপমেন্ট দিপার্টমেন্টতা অচৌবা ফম পাযদুনা মণিপুবগী তোঙান তোঙানবা মফমদা (চীংদসু তমদসু) লৈবা ব্লোক কয়াদা চত্তুনা মণিপুবগী মীওই কযাগা শকখঙ-মাযখঙনখ্রবনি। তৌসেম অমসুং তিপাইমুখ নত্তনা মণিপুব সবকাবগী দিবেলপমেন্ট দিপার্টমেন্টকী মখাদা লৈবা ব্লোক খুদিংমক্তা চৎপগী খুদোংচাবা ফংখি। মণিপুবগী মপান্দা চৎপগী খুদোংচাবসু লৈখি। ওজাগী শিনফমদা থবক্তগী পোথাবা মতম কাওবা পুন্সি লেল্লল্লবদি অসিগুম্না খুদোংচাবসি ফংলল্লোই অদুগা মহাক্না তোঙান-তোঙানবা লমগী মীওই কযা উনরকখিবা, মখোযগী পুন্সি মহিং অমদি অতৈ কয়া খঙখিবা অদুসু খঙবা ঙম্লল্লোই। অসিগুম্না খুদোংচাবসি ফংবদগী মাগী লাইবিক কয়া পুথোরকপগী মচাক ওইখি। অতোপ্পা অমনা মতম অমদা ঐখোযগী লমদম অসিদা চৎনবম্না, তৌনরম্না, শান্নবম্না; যাওশঙ মৈথাবা, মেরা থাউমৈ থানবা, লৈকাই লৈকাইদা দেবীপূজা (দুর্গা পূজা) তৌবা, অঙাংশিংনা চু হূবানবা, ঙা বলি তৌবা, য়াওশঙ লেকপা, রা হূবানবা অঙাংশিংনা শান্নবা মখল মখলশিং (চৈতেক কোৎপী, খুং থানবী, ফিবূল হাবী, মকম কোনবী শান্নবা, সেবোতি কাওনবা, খৃৎলোকপী শান্নবা অসিনচিংবা কযা; লোয়ননা লম লমগী ফোঙ্ককা মবী লৈনবা ৱাবীশিং ইদুনা লাইরিক ওইনা পুথোকই।

শক্লাইরবী অইবী খাইদেম প্রমোদিনী

## প্রমোদিনীগী লাইরিকশিংঃ

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১৷ | নুজা ফিদম | ৱাবেং | ১৯৫৭ ইং |
| ২৷ | লাংলেন থাদোই | ফিল্ম স্ক্রিপ্ট | ১৯৮৪ ইং |
| ৩৷ | খোর্জেংগী মঙলান | শৈবেং | ১৯৮৪ ইং |
| ৪৷ | লোইজিং লোইয়া শৈবেং লৈ | শৈবেং | ১৯৮৪ ইং |
| ৫৷ | থিঙেল লাইজ ঈবাওখোল | শৈবেং | ১৯৮৪ ইং |
| ৬৷ | ইমা খুল্লাকপীগী নোঙ্গাংহৈদো | ৱারীমচা | ১৯৯০ ইং |
| ৭৷ | অবোক্কী মঙলান | প্লে | ১৯৯০ ইং |
| ৮৷ | মমাদো লৈশাবীদো অঙাওবীদো | প্লে | ১৯৯০ ইং |
| ৯৷ | কবোক ওইখ্রবী কবোকলৈ | প্লে | ১৯৯০ ইং |
| ১০৷ | মহালক্ষ্মীগী খুৎপাযশেল | প্লে | ১৯৯০ ইং |
| ১১৷ | নুবা যাইথিং কোনু | ফোল্ক ষ্টোরী | ১৯৯০ ইং |
| ১২৷ | হেল্লোই হেল্লোই মীহেল্লোই | শৈবেং | ১৯৯০ ইং |
| ১৩৷ | ইক্রিশংকী কুল্লি নুপী | লমকোয় ৱারী | ১৯৯১ ইং |
| ১৪৷ | খুমন খম্বা | ফোল্ক ষ্টোরী | ১৯৯২ ইং |
| ১৫৷ | তোর্বুংগী তেবা পাম্বীদা শাংপা লৈবুল | লমকোয় ৱারী | ১৯৯৩ ইং |
| ১৬৷ | তোকঙা মখুম হাংবা | কোমিক | ১৯৯৪ ইং |
| ১৭৷ | কংলবা সনাবৈ মযোম | নোবেল | ১৯৯৫ ইং |
| ১৮৷ | ইবেন মাযোগী লৈপবেং | লমকোয় ৱারী | ১৯৯৬ ইং |
| ১৯৷ | তোকঙা চরোং | কোমিক | ১৯৯৬ ইং |
| ২০৷ | ঐ নহোয চঙবোই | প্লে | ১৯৯৬ ইং |
| ২১৷ | হৈযেন চবোং অচম্বা | প্লে | ১৯৯৬ ইং |
| ২২৷ | মুক্তা পরেং | ৱারী | ১৯৯৬ ইং |
| ২৩৷ | ইচে খোইবী অমসুং অতৈ ৱারীশিং | ৱারীমচা | ১৯৯৭ ইং |
| ২৪৷ | এন্টোনী দোলাই পাবা | প্লে | ১৯৯৮ ইং |
| ২৫৷ | শীঙেল লৈবাং | শৈবেং | ১৯৯৮ ইং |
| ২৬৷ | খুন্নাইসিগী থোক লীলা | ৱারীমচা | ১৯৯৮ ইং |
| ২৭৷ | ইংখোল মচেৎ অমত্তংগী | ৱারীমচা | ১৯৯৯ ইং |
| ২৮৷ | নাওরা শিন্দম শৈতৌ | অঙাংগী(রাইমস) | ২০০০ ইং |

শক্লাইরবী অইবী খাইদেম প্রমোদিনী

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২৯। | হস্ত্রে হুনফম মণিপুর | লমকোয় ৱারী | ২০০১ ইং |
| ৩০। | তাইবঙপান ওইরকখিবৈ য়েলহৌঙৈগী ৱারী | ৱারেং | ২০০৫ ইং |
| ৩১। | কংলৈপাক্কী ৱারীমচা মচাশিং | ৱারীমচা | ২০০৬ ইং |
| ৩২। | হৌগ্র মতম নীংশিংলুবদা | ৱারেং | ২০০৬ ইং |
| ৩৩। | পাম্হোইবী লাংঙোন | ফোঙ্কষ্টোরী | ২০০৬ ইং |
| ৩৪। | কোম্হৌজম তম্ফা লাইবেমবী | ফোঙ্কষ্টোবী | ২০০৬ ইং |
| ৩৫। | শক্তম অহুম | | |
| ৩৬। | চীংজেল নাবল পাঙ্গলবা | | |

## অতৈ লাইরিক খরাঃ

(লাইবিক খবনা মীনা ইবা মহাক্কা এদিতব ওইদুনা ফোঙবা, লাইবিক খবনা মীগা ইমীন্নবা, খরনা মশানা ইবা)

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৩৭। | কবি তর্পন | শৈবেং (কম্পিলেসন) | ১৯৫০ ইং |
| ৩৮। | অঙাংগী অর্নাশুবা অনৌবা | (ক্লাস বিগী টেক্সবুক) | ১৯৫৮ ইং |
| ৩৯। | পুন্সি মৈবা | ৱারীমচা (কম্পিলেসন) | ১৯৫৮ ইং |
| ৪০। | লৈমবোল | ৱারীমচা (কম্পিলেসন) | ১৯৫৮ ইং |
| ৪১। | থবা | ফিল্ম স্ক্রিপ্ট | ১৯৮৩ ইং |
| ৪২। | পলেম লৈবাক লৈমা | ৱারীমচা | ১৯৮৪ ইং |
| ৪৩। | হাউইকো হৈখা হাউইকো হৈয়েন | প্রে | ১৯৯০ ইং |

পাম্হোইবী লাংঙোন অমসুং কোম্হৌজম তম্ফা লাইবেম্বী হায়বা লাইরিক অনীসি ফোঙবদা মশা ঙমদবদগী প্রমোদিনী মশামক যাওবা ঙমখিদে। তাইবঙপান ওইরকখিবৈ য়েলহৌঙৈগী ৱাবী, পাম্হোইবী লাংঙোন, কোম্হৌজম তম্ফা লাইবেম্বী, চীংজেন নারল পাঙ্গলবা হাযবা লাইরিকশিং অসিগী ৱারীদি সনসম মনি মঙাং, খুন্দ্রাকপম্না লীরগা প্রমোদিনী মশানা ইথোকপনি অদুগা ৱাবী খোমজিনবা অমসুং মতাং চানা লাইয়েকপনা নাওবেম অহলজাও, থাংমৈবন্দনি।

## অইবীগী খুৎফোঙদোক অমসুং খুৎলাম্হোকঃ

প্রমোদিনী থবক্তা ৱাঙাঙ্-শাঙাঙ্দা থৌনা ফবগুম ইথোবকপদসু থৌনা ফৈ; হায়নীংবা ঙাঙ্নীংবা দোঙ-দোঙ হায়দোকপগুম ঙাঙথোকপগুম ইথোরকপদসু

অশেংবা কয়া শৎ-শৎ হেক্তা ইথোরকই, অশেংবা অওইবনা ফাগি তৌদুনা ইথোরকই। অফবা খনগৎতুনা ইবসু ঙম্মী, করেম্নদুনা লক্কদুনা অমদি শীথদুনা ইথোকপসু ঙম্মী। খুৎলাম্লোক ফজে, খুৎফোঙদোক নিংথী, পাবা নুংঙাই, দঙ দঙ পাম্লি, পাবদা লায়না থোকই, অমুক পাবদা হেক্তা খঙই, মীঙোম্দা লুহন্দে কোচি-কোরাং থাংদে, লৌথুপ-লৌকোয় লৈতে, ইতিং-তিংনা শৎ-শৎ হেক্তা ইথোকই। মহাক্কী থম্মোয়দা তারকপা মমি অদু কবিমক্তা থৌশাদনা মানা পামজবা মওংদা, মানা নীংজবা অদুদা ইথোকই। মীগী ৱা লৌদে (লৌরুবগীসু থোইদোক্তে), মীগী মতৌসু তমদে (তম্লুবগীসু মথৌ তাদে); মাগী হৈনজবা অদুদা শৎ-শৎ পঙইদা ইথোবকই। মানা থেংনবা, উহৌবা, তাহৌবা পুম্না ময়েক শেংনা থোইদোক্লা শেমজীন-শাজীন্দনা ফোঙদোকই ইথোকই। মানা ফোঙদোক্লীংলিবা অদু ইথোকপদা অকিবা তুজুংবা পোক্তে। করেম্নদুনা ইবসু কোঙ্গায়নি। লাইবিক্কী ৱাদা নত্তে পাউ-চেদা ইথোবকপদসু অসিগুম্বা মখলগী কবেম্লবা, নোক্লবা, শীথবা কয়া য়াওই। মাগী খুৎফোঙদোক অমসুং খুৎলাম্লোক্কী মতাংদা শক্লাইরবী অইবী থোইবী দেবীনা (প্রমোদিনীনা ইচে থোইবী কৌজবী) নোংমা প্রমোদিনীগী লাইরিক মঙা ফোঙবগী থৌরম অমদা অসুম্না হায়, "প্রমোদিনীনা ঙাঙ্নীংবা, শক্লীংবা, ফোঙদোক্লীংবা ফোঙদোকপদা অকিবা লৈতে, অখাকপা লৈতে, হেক্তা ফোঙদোকই, হেক্তমক ইথোকই, মসি অইবী অসিগী চাউরবা গুণ অমনি...।" অওইবমক্লি প্রমোদিনী ইথোবকপদা থোইবী দেবীনা হায়রিবগুম্না ইথোবকই। অথেঙবা মতমদা মহাক্লা য়াম্না পামজনা খুৎ থাখিবা লমকোয় ৱারীদা মানা থেংনখিবা কয়া ময়েক শেংনা ফোঙদোকই। মহাক্লা ইবম্না অয়াম্বা অশেংবা অওইবদা যূম্ফম ওই। করিগুম্বা মতাংদা ৱাবী কয়াদা অশেংবা মিং শীজিন্নে। অশেংবা ৱাবী কয়া ৱাবীমচা ওইনা ই। ফিক্সন্দসু অশেংবা ৱারীগা মরী লৈনহল্লি। মাগী লাইরিক কয়াদা, ৱারীমচা কয়াদা মথক থোংবা ওফিসারনা মখা থোংববু ওৎ-নৈবা, ওফিসকী তোলোব মচা চাজবা কয়াবু ওফিসারনা য়ুমগী মরন্নাইগী থবক ফাওবদা শীজিন্নবীবা, ইনাক খুনবনা লায়রববু তুহৎপিবা, অকনবনা অশোনবদা যেংবা মীৎযেং, তোল্ল-তারবা উপায লৈজদ্রবা মতু শোল্লবা কয়াগী পুন্সি মহিং অসিনচিংবা কয়াদা মীৎয়েং থমদুনা ইথোকই। মী অতৈ কয়াগী লমকোয় ৱারী কয়াদা লম-লমগী ফজরবা, ঙক্লবা, নিংথীববা

লম্বী-থোং, য়ুম-কৈ অমদি অতৈ কয়াগী পাউদম ফজনা ইবা থেংনৈ। প্রমোদিনীগীদনা মনুং হজিন্না লৈবা খুঙ্গংগী মীনা ৱানা হিংবা পুন্সি মহিং, লম্বী-থোং ফৎত্রবা (লৈবু লৈত্রবা) চীংনুং-মান্নুংদা লৈবা মীওই কয়াগী পুন্সি মরেন কয়া ইবা থেংনৈ। প্রমোদিনীনা লমকোয় ৱারীদা ইরিবসি মকুওইনা লন্দন, নিয়ুয়োর্ক, মোস্কো, তোকিও, দিল্লিনচিংবা চাওখৎলবা সহরশিংদা চৎলুবগী ৱারী নত্তে; মপুংদা খুঙ্গংদা, চীংনুংদা, লম্বী থোং ফৎত্রবা মফমদা চৎলুবদা থেংনরকপা উরকপা অদুগী পাউদম্নি। অমবু ওইবে অমবু ওইবে প্রমোদিনীগী খৃৎই, খৃৎফোঙদোক খৃৎলাম্বোক তোপ-তোপ্পী। মতম অমগী মণিপুরগী করি কৰি চৎনবী লৈবম্মী, করম্না ফিবমদা চীংদা খুঙ্গংদা লৈবম্মী হাযবা মাগী লাইবিকশিং পাবগা খঙবা ঙম্মী।

## ৱাঙাঙ্-ৱাতাদা নোক্লীংবা নুংঙাইবাঃ

নোক্লীংবা, নুংঙাইবা, খস্থনীংঙাই ওইবা থৌদোক কযা মাগী পুন্সিগী থৌদোক্তগী ফংবা ঙম্মী। ধর্ম্মগী মিংদা পাপ কোক্লবনি হাযদুনা বৈজ্ঞান্নীক্কী মীৎযেং য়াওদনা অন-হাইজিনিক ওইবা মওংদা থৌবম কয়া মীনা পাঙথোক্লবা অদুদা মহাক থোইনা পৃক্লিং থিংজিন্দে। কবিগুরুদনা থৌ-ৱা শাদনা নাথৈদোকই, তৃমীন্না তোকথোকই। খুদম ওইনা অমত্তং লৌখৎচববদা দিল্লিদা থোন্টবী দেবীগা বি এদকী কোর্স চখ্থরিঙৈদা নোংমা শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা চৎপগী থৌদোক নীংশিংবা যাই। মীসু যাম্না চৎনৈ, মৈতৈগী তীর্থ মফম্নি নক্লিঙৈসিদা নোংমা ফাদোক্তি চৎপা মযাইনা হাযদুনা চৎপনি। বাধাকুণ্ড, শ্যামকুণ্ড য়েংই, মীনা কৃক কৃক ইন্নবা ঈরুজনৈ, ঈকপ্লে, তর্পন কৎনৈ। কুণ্ড অনীদুই ঈশিংদি কমদৌরি, লৈনাঙনি খঙদে মী মরেক্লি খঙদে নঙ নঙ লাউই, মচুনা হঙ্গাম অথোংবৈ মচী মচু মাল্লি। মদুদা মখোযনা মসিদবু পাপ কোক্লবনি হাযদুনা ঈকপ্পা হৌনদে, নোবোক তাববসু অদু মবাইবে তাজবগে মসিগী ঈশিং অসিদি খৃৎনফাও শোক্লীংদে, শোযদনা মচীক পক্লক্কনি অসুৱাইদা কুইনা লৈবা যাবা লম নত্তে ঙসিমক দিল্লিবোমদা হন্নবা তৌবসি হায়নদুনা দিল্লিদা হল্লকখি। মখোযনা ঈরুজখিবদি মখোযগা খঙনবা মৈতৈ অহল অমগীদা লৈবা গুহা অমদনি। লম্বীদা মখোয হায়নৈ, "পাপ কোক্লবনি হায়দুনা লাইথুং থুংবা মখৈস্ন ঈরুপশিল্লে,

তীর্থগী ঈশিংদুবু লাযনা জাৎ জাৎকী ঙাক্তা ঙাযরম্মনিনে, ফম্রে ফম্রে ঐখোয গুহাগী ঈশিংনা ঈকুজরকপা"। মখোয় অনীনা ঙাঙনবা ৱাঙাঙ অমদি তৌবিবা থৌওং অসিদা নোঙ্গ্লীংবসু যাওই, নুংঙাইবসু পোকই, খন্থনীংঙাইসু ওই। অসিগুম্বা থৌদোক কযা তাবা ফংই প্রমোদিনীগী পুন্সি ৱাবীদগী। মহাক্লা ময়ূম পাম্লবোই হাযবগী অচেৎপা ফিবেপ লৌবকখিবা অমসুং মগাক্কা ৱাবী শানবদা মদুগী মতাংদা তূমাৎ লাবা ফাওবা মাগী নাক্তা পাইবক্তে হাযবা ৱাফম অসি মহাক মশামক্লা মীযামদা হাযখিবনি। মসিমক তাবদা নুংঙাই, নোঙ্গ্লীংই, খন্থনীংঙাই ওই। লাইবিক্তা ফোঙলকপদবু ওইববসু পাউ-চে (খবর) দা ইবকপদবু ওইববসু অযাম্বদা মহাক্লা ইথোবকপা পাবদা ইনুংদা নুংঙাই, নোঙ্গ্লীংবা পোকই, খন্থনীংঙাই ওই।

**হনবা লৈতবী অইবীঃ**

ওফিসিয়েল দ্যুতিদা প্রমোদিনী মণিপুরগী মফম কয়াদা অমসুং মপাল লমদা চৎলি। অদুগী এক্সপরিয়েন্সনা লমকোয ৱাবী কযা ইথোবকই। অমুক্তি মহাক তুব চৎপদা এক্সিদেন্ট থোক্লুনা শাথীনা শোককখি। মেজর হার্ট ওপরেসন অমসু মড়োন্দা থোকখি। হোস্পিটালদা লাযেংদুনা লৈকবা তিংগানি থাজকদ্রবা প্রমোদিনী ফগৎলকখি। অদুবু লাইবক থীবদি যেৎ থংবা খুৎ শিথবক্লুনা মথৌ নিংথীনা তৌবা ঙমখিদ্রে পুন্সি চূপ্পা। অদুবু অইবী অমা ওইবনা অমসুং ইনাংবগী লিংজেল হনবা লৈতবনা মখূৎ য়েৎতা ওযনা পাযশিন্দুনা নমদুনা ইনবা হোৎনখি। অসুম্না খূৎ ওযনা বেলেন্স পুবগা যেৎনা যাম্না ৱানা ইখি। অসুম্না যাম্না ৱানা ইদুনা মাগী পুন্সি লোইবমদাই ফাওবদা লাইবিক খবসু ফোঙলম্মী অদুগা 'পোক্লফম', 'নহারোলগী থৌদাং' অমসুং 'ইম্ফাল ফ্রী প্রেস'তা বাবেং কযা ইদুনা পাউ-চৌশিংদুগী বিগুলাব কলমনিষ্ট ওইবম্মী।

**মূম্বাল লম্বীদা খোঙদাখিদবাঃ**

প্রমোদিনী পুন্সি চূপ্পা ময়ূম পানখিদে। অহল ওইবক্লবা ফাওবদা কুমারী থাইদেম প্রমোদিনী হাযনা অদুম খঙনখি। কবিগীদমক ময়ূম পানখিদ্রিবনো? নোংমা মাগী যূমদা মহাক য়াওনা লিংখৎখিবা "লৈমরোল খোর্জেংকোল (লৈকোল)" না শীনবা মহাক্কা মরী লৈনবা ষ্টদি সার্কল অমা পাঙথোকখি।

**শক্লাইরবী অইবী থাইদেম প্রমোদিনী**



খাইদেম প্রমোদিনী

(খুৎ ওইগী মতেং লৌদুনা য়েৎনা ইবা)

থৌরম অদু মহাক্কী মরমদনি, মহাক্কা লোয়ননা ব্বারী-ব্বাতায় শান্নগদৌবনি, মঙোন্দা মহাক্কী মবমদা হংনীংবা খঙনীংবা ব্বাহং কয়া হংগদবনি, মহাক্কা পাউখুম পীগদবনি। মযাম্মা হংদ্রিঙৈদা মহাক্কা মহাক্কী ব্বামাঙ য়ানবা ব্বাবোলদা মযাম্মা হংলক্কদবা হংনাংবা ব্বাহংদি "করিগীদমক যূম পান্দ্রবনো" হায়বসিনি হায়বকাখ অদুগা অসিমসু হায়খি--- "মযাম্মা হংলাক্রিঙৈদা ঐনা পাউখুম হায়া পীজরগে" ময়াম রা লাউনা নোকখি। মহাক্কা হায়খি--- "ঐখোয ইচান-ইনাও মবি নুপা ঙাক্কনি; ঐখোযগী ইমুং নুপী ঙাক্কনি; নুপা শাবা অমা য়াওদ্রবদি ইমুং চলাইবা যাদবনিনা নুপাগী বোল লৌবা তাখি; অদুনা যূম পানখিদবনি"। মসিগীসু মথক্তা মহাক্কা যূম পান্দবগী অতৈ মরমসু লৈ। মাগী থম্মোয়দা মখুল অমা তোননা মবম ওইদুনা মহাক ময়ূম পানবা পামখিদে। থম্মোয নাবা মীদি লুতোংলবা মতুংদা অঙাং উনবদা মমা নংত্রগা মচা শিনা থোক্কল্লি হায়নৈ। বাফম অসিদা মহাক অকিনা ফাওখি, যূম পানবা পামখিদে। মচা নীংঙোল ঙাক্তা পোকপী মমাবু নুংশিজবা, মাবু থাদোক্নংদবা, মানা মমাদা "শঙ্গায় নহাকসে ওস্তোক্তা নরাযবক থাম্রেদকো শিনমদাইদা ব্বাগদৌবদা" হায়নদা মহাক্কা মমাবু নুংঙাইহন্নীংখি থাদোকপা পামখিদে। মসিনসু মবম অমা ওইদুনা পুক্সি চপ্পা ময়ূম পানখিদে। মসিনা মবম ওইদুনা মপূক্সিদা মচা মশক উবখিদে। অদুবু মহাক্কা মচাদি ওস্তোক্তা যামখ্রে। সাহিত্যবু পামজবা নুংশিজবা, সাহিত্যদা চাওজবা অমদি ফিল্মগী সংসাবদা খোঙদাবিবা কযা মচানি মশুনি। মখোযনা মহাকপু অপোকপা মমামক্ক খঙবনি, মহাক্কসু মচানি খঙবনি। হকচাংগী ফিভম্মা যাদবদগা সাহিত্যগা থৌবম কযাদা যাওবা ঙম্লক্রবদা অইনা অইবা কযানা মাগীদা চত্তুনা সাহিত্যগা বাবী-ব্বাতায় শানবদা নৈনবদা শকক যাবা ওস্তোক্তা যামখ্রে, মদুদা মহাক যাম্না হবাওজৈ নুংঙাইজৈ। থৌনাক্কবা সাহিত্যগা নহানোল, সাহিত্যদা নৌমা চত্তুলকপশিং কযাবু পাক্লুং থৌগাংপি, থৌনা লিংজেল হাপ্পা, মখোয়নসু মাগী নাক্তা চত্তুনা মাগা উনজৈ, শকখঙনৈ, মখোযনা ইনা লাইবিক কয়া খুদোল তম্মা, অনৌ অনৌবা ফোঙলকপা লাইবিক কয়া মাগী মফমদা থুংলৈ, লাইবিক কয়া মমৃৎ তানা পাবাদুনা পাউ-চে কযাদা লাইবিক্তা মশাক তাকই। লাইরক মশক তাকপদা নওনা শাংথানবা য়াবরা মীনি খল্লবা নুপা নুপী কয়াবুসু মশক তাক্কুনা পাউ-চেদা ফোঙই।

প্রমোদিনা মঙোন্দা নোক্কবা যাদে, করেম কথাযনবসু যাদে। অদুবু চুম্না

নুংঙাইবগী ফাগি তৌবদি করিসু হায়দে, মদুদা মহাক অহোইনদুম নুংঙাইজে। মহাক লুহোংলরোই, মৃম্বাল লম্বীদা খোঙদাররোই হায়বসি অয়াম্বনা খঙনরবদা করিগুম্বদা কনাগুম্বনা ফাগিওই করিওই মমাঙদসু মতুংদসু করি করিগুম্বা হেক হেক হায়নবা য়াওখি। মহাক্তা নত্তনা য়োৎশবী মখোঙ অহমগী মনুংদা অতোপ্পা মখোঙ অমা ওইখিবী থোইবী দেবীসু ময়ূম পানখিদে। অদুঙৈ তম্ফাসনা স্কুলদা ওজা ওইরিঙৈ প্রমোদিনীগা থোইবী দেবীগা দিল্লিদা বি এদ তম্বা চৎলি। মতম অদুদা স্কুলদুদা হিন্দিগী ওজা ওইখিবা নোংথোনবম নীলমণিনা ওজা ময়ামগী মমাঙদা "ওজা থোইবীগা ওজা প্রমোদিনীগা অনীগীদি মশাগী কর্ম্ম পাঙথোক্কদবা লৈত্রবনিনা হন্দক্কী দিল্লি চৎকদৌরিবা অসিদা পোৎপাং পীহৌরসিনা" হায়রকপদা চুম্নগী ফাগিনি খন্দুনা করিসু খনখিদে মখোয় অনীমক নোক্তুম নোকখি। অতোপ্পা অমনা নরানসৈন্যদা কুম্যুনিটি হোল অমা শঙ্গাবা চৎপদা দিরেক্টর প্রমোদিনীবু বাজাই খোংদুনা বেন্দ পার্টিনা ওকখি অদুগা মহাকপু লমজিংদুনা হোল শাফম তান্না পুই। শঙ্গাগদৌরিবা হোল অদুগী মমাঙ যৌরকপদা নুপা অহুম্না লুহোংবগী নুপী থিল্লকপদা দিয়ুটি ওক্লম্বগুম মৈনম অশাংবা অমমম পায়দুনা মৈ চুখৎলগা মেক্রুক চাইখত্তুনা ওকখি। মদু উবদা মাগী তুংদা চৎপা নহা পাখং অমনা তপ্পা শোম্থাংননা "দিরেক্টব সাহেবকী মশাগী কর্ম্মদি থোক্করোইদবনিনা মসিদা শক্রখিবা তারেদনা" হায়রকপদা মহাক নোক্লীংখি। লৌথুপ লৌকোই লৈতনা য়াম্না চম্না হায়দোরকপা অদুদা নুংঙাইমনখিদুনা নুংঙাইবা মায়খোঙ উৎকে হায়না তুংহন্না য়েংথোকপদদি হায়খিবা মীশক্তু শকফম হঞ্জিনখিদুনা লৈখিবদগী অহায়বা অদু কনানো হায়বা খঙখিদে। অখাবা মীৎয়েংনা অশাউবা উৎকে তৌবা নত্তে, নুংঙাইবা ফোঙদোক্কে তৌবনি।

**মথৌদা পূক্লিং চঙবাঃ**

খাইদেম প্রমোদিনী মথৌদা পূক্লিং চঙবীনি। পাঙথোক্কে খনবা থবক নীংহন্নবা লৈতনা হোৎনবীনি। ওজা ওইরিঙৈদা মথৌদা পূক্লিং চঙবগীদমক মঙোন্দা থাজবা থমদুনা স্কুলগী হেদ মাষ্টরনা মরুওইবা থবক কয়া মঙোন্দা চার্জ পুহনবনি। ওফিসকী থবক্তসু অসি মঙায় ওন্থোক্লা মথৌদা পূক্লিং চঙবীনি। মসিগী খুদম অমত্তং পনবা তারবদি ওফিসকী মথৌ তৌরিঙৈ, চৎতবা য়াদবা মথৌ অমা



১১শুবা ইম্ফাল বুক ফেয়ার - (দিসেম্বর ১৫-২১)
২০০২গী অহল্লোনশিংগী কবি সম্মেলন্দা থাইদেম
প্রামোদিনীনা শৈরেং পাবা (তাং ২০।১২।০২)

ওইনা জিবিবামদা তুব চৎলিঙৈ নুংশিজরবী অপোকপী মমা লৈখিদবদা (পুন্সিগী অবোইবা মিকুপ্তা) উনবা ফংখিদবনি। অপোকপী মমাবু নুংশিজবদগী মাবু থাদোকলোই থনবদগী পুন্সি চুপ্পা মযুম পানখিদবনি (লুহোংখিদবনি)। অসিগুম্বা নুংশিজববী মমাবু থাদোক্লম্লগা ওফিসকী মথৌ পাঙথোকপা ওইনা জিরিবামদা তুব চৎখিবনি। লাইগী নোংদম্না সুম থোকউ তম্লম্ববা খঙদে জিবিবামগী খোঙচৎতা, মহাক্না মযুমদা লৈত্রিঙৈদা অপোকপী মমা লৈখিদবনি।

**অতৈ অতৈ লমদাঃ**

প্রমোদিনী শক্লাইববী অইবী অমা ওইবতা নত্তে, অতৈ কলা অমসুং সংস্কৃতিগী লমদসু থরায যাওজবীনি। ছাত্রী ওইবিঙৈদা স্কুল অমসুং কলেজগী ফঙ্কসন কযাদা শকক যাবকই। বান এক্ট প্লে কযাদা বেস্ট কমেদিয়ান মনা ফংলকই। "মীবাবাই" দ্রামাদা মহাক পার্ট অহুম কৃমদুনা যাওই। মহাক থোবকপদা ময়াম রা লাউনা হেক্তো নোকই। লাইবিক ইবতা নত্তনা ঈশৈসু ই। মহাক্কী ওডিও রেকোর্দিং ইনদোব ষ্টুদিও কে পি ষ্টুদিও লিংখৎলি; দিস্ক ৫, কেসেৎ ৩৫ (অযাম্বা ঈশৈ মদুসু মানা কম্পোজ তৌবা) পুথোকখি। লোগননা ফিল্ম অনী--- অমনা ফীচব (লাংলেন থাদোই), অমনা দকুমেণ্টবী (থবা) পুথোক্লমই। মণিপুবদা মচুগী ফিল্ম পুথোকপা মহাক্না অহানবনি।

**ফংখিবা মনামথুম অমসুং উপাধিঃ**

শক্লাইববী অইবী প্রমোদিনীনা সাহিত্য, কলা অমদি সংস্কৃতিদা তৌখিবা অমসুং পাঙথোকখিবা কান্দীদমক্তা মহাকপু শক খঙবা ওইনা সবকাব অমদি সংস্থান কয়ানা মনা-মথুম অমদি উপাধি কযা পীদুনা ইকাযখুম্মখি। (১) খৃঃ ১৯৫৯ দা অঙাংগী সাহিত্য চাংদম্নবদা (চিলদ্রেন্স লিতরেচর কম্পিতিসন দা) মহাক্না ইবা "নুজা ফিদম" হাযবা লাইবিক অদুদা মণিপুব সবকাবনা খ্বাইদগী ফবশিংগী মনুংদা অমনি হাযদুনা বেষ্ট প্রাইজ (মনা) পীখি। (২) অল ইন্দিযা বেডিও, ইম্ফালগী বেডিও লীলা চাংদম্নবদা ইং ১৯৯০ অমসুং ১৯৯১ চহী অনীমক্তা "এ" গ্রেদ ফংদুনা মকোক ওইখি। লীলা অনী অদুদি "মমাদো লৈশাবীদো অঙাওবীদো" হাযবা অসিগা "কবোক ওইখ্রবী কবোক্লে"

হায়বসিগনি। (৩) খৃঃ ১৯৯৪ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা "সাহিত্য ভুষণ" হায়বা উপাধি পীদুনা ইকায় খুম্নখি। (৪) খৃঃ ১৯৯৫ দা মণিপুর ফিল্ম দিবেলপ্‌মেন্ট কোরপোরেসন্না মাগী ফীচর ফিল্ম "লাংলেন থাদোই" দা বেষ্ট আর্ট দিরেক্টরগী মনা পীখি। (৫) খৃঃ ১৯৯৬ তা পাঙথোকখিবা "সিলবব জুবিলী সেলেব্রেসন ওব মণিপুরী সিনেমা" হায়বা থৌরমদা "মণিপুর ফিল্ম কোরপোরেসন" না মেমেন্তো অমদি সার্টিফিকেৎ পীখি। (৬) খৃঃ ১৯৯৭ তা রোতারী ক্লব, ইম্ফালনা "সেনিয়াব সিতিজন" মিংথোল পীদুনা ইকাইখুম্নবিদুনা মোমেন্তো অমসুং মনা পীখি। (৭) খৃঃ ২০০২ দা "নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি", ইম্ফালনা "রাইটর ওব দ ইয়ার-২০০২" হায়বা উপাধি পীদুনা ইকায়খুম্নবা উৎখি। (৮) খৃঃ ২০০৩ দা মণিপুব ষ্টেট কলা একাদেমীনা ২০০১-২০০২ গী ওইনা "ফোল্লো" হায়বা উপাধি পীদুনা ইকাযখুম্নখি। (৯) খৃঃ ২০০৪ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চনা মাগী লাইরিক "হন্ত্রে হুনফম মণিপুর" হায়বসিদা মঙোন্দা "সলাম ইবোমচা লশ্মী সাহিত্য মনা" পীদুনা ইকায়খুম্নখি। মসিদসু নত্তনা নুপীশিংগী সাহিত্যগী লূপ "লৈকোল"না ইং ২০০৫ দা মহাক্কা উনবা "ষ্টদি সার্কল" অমা মাগী যুমদা পাঙথোকখি। 'সাহিত্য থৌপাং লূপ" নসু হিংলিবা অইবা/অইবীশিংগী মপোক নুমিৎতা পাঙথোকপা ইকাযখুম্নবা উৎপগী থৌবম অমা মহাক্কী মপোক নুমিৎ খৃঃ ২০০৬ তা পাঙথোকখি। স্কুল কলেজদা তম্লিন্নৈদসু মনা-মথুম কযা ফংখি। খৃঃ ২০০৬ কী সেপ্টেম্বব ৩০ দা "জননেতা হিজম ইরাবত মেমোরিযেল ট্রষ্ট" না জননেতাগী ১১০ শুবা মপোক কুমওন থৌরমদা "বাইটর এৱার্দ-২০০৬" ইকায়খুম্না খোংঙা চে (সার্টিফিকেট ওব ওনর) পীদুনা ইকায়খুম্নবা উৎখি।

চুম্না মনা-মথুম ফংবদা নত্তনা মহাক্সু সাহিত্যগী মনা কৎখি। নুপী অইবীশিংবু পূক্লিং থৌগৎপিবা ওইনা মহাক্না খৃঃ ১৯৯৫ দা নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিদা মহাক্কী মিংদা "খাইদেম প্রমোদিনী সনাগী মেদল" হায়না মিংথোনবা মনা অমা কৎখি।

**অরোইবা মতমঃ**

মাগী মাগী মতম্নবু লোইরক্লবদা চৎখিগদবনি লোইনমক। মাগী মাগী মতম

লৈবিঙৈদা য়াওরম্বনি মীপূম খুদিং তাইবঙ লীলা। শান্নরম্বনি তাইবঙ লীলা মাগী মাগী পার্ট লৌদুনা। চপ মান্নে লোইনমক অশিবগী মফমদদি, অফবা ওইগে ওইয়ু ফত্তবা ওইগে ওইযু। য়াবা নত্তে শিবোই হায়বা ঐদি অফবনি মীয়াম্না যার্বনি হাযদুনা। নত্তে চিংথৌগদবা নাস্তোকপদা হৈশিংবা ঐনি হাযদুনা। নাইদে মীচঙ-মীথায় অশিবা কৌবা লাইদি, থিদে চীনহাউ কবিমত্তা। যোৎশীল্লি লোইনা তাইবঙ মী পূম্নবু চীনহাউ থিদ্রবা অশিবনা মাগী মাগী মতম শুবকপদা। অদুবু যোৎতে অশিবনা কনাবু লৈবিঙে মাগী মাগী মতম, লৈবিঙে মানা মানা লৌগদবা পার্ট। লোইশিল্লম্না যাই লোইশিল্লমদবা য়াই কনাগুম্না কনাগুম্বীনা মাগী তাইবঙগী মথৌ। পাঙথোক্লমদবা যাই মাগী মাগী মথৌ মপূংফানা, লোইববদা মাগী তাইবঙ লীলা। লোইখি অফবা অমসুং ফত্তবা মী কযা মাগী মাগী তাইবঙ লীলা, শুববদা মাগী মাগী মতম, পস্তবমদে মীকূপ অমা ফাওবা কনা মত্তা লোইববদা মাগী মাগী মতম। চৎখি যোৎশবী মখোঙ অমা- - - থোইবী দেবী, থাদোক্লমদুনা মখোঙ অনী; বিনোদিনী অমদি প্রমোদিনী। লৈবৰ্মী মতম খবা প্রমোদিনী, তৌজববসু মেজব ওপবেসন অনীবক মশাদা লোইদ্রিবনিনা মাগী তাইবঙ চেঙজেন, যৌদ্রিবনিনা মাগী মতম, বাৎলিবনিনা মাগী তাইবঙ লীলা। লেনখি মতম খবা মযূমদা লাইবিক ইদুনা। ঙমখিদে চৎপা মঙোন্দা পীবা সাহিত্যগী মনা লৌবা, লৌকবনি মহুৎ থাদুনা। অদুবু লোইদ্রিবনিনা মাগী তাইবঙ লীলা চৎখিদে মপু মাগী মশাইকোন্দা। চঙশিল্লকই লেপ্পা লৈতনা চৎলিবা মতমগী খোঙচৎনা মাগী অবোইবা মতম যৌনা। লোইবকখি মহাক্কী পূন্সি চেঙজেন, যৌবকখি অরোইবা পূংফম মহাক্কী: খৃষ্টগী কুম ২০০৬ কী ডিসেম্বর ৪, অয়ুক পং ৭। চৎখি মতম অসিদা মপু মাগী মশাইগোন্দা থাইদেম প্রমোদিনা থাদোক্লমদুনা নংশিজববা ইমুং- মনুং, মবী-মতা, মকপ মপাং, ঐখোয খ্বাই পুন্নমক। চৎখিবনি থোইবী দেবী হৌরমদনা বিনোদিনী অমসুং প্রমোদিনা। চৎখি অসুম্না প্রমোদিনীসু বিনোদিনীবু থাদোক্লমদুনা। চৎকদৌবনি বিনোদিনীসু মাগী মতম যৌবক্লবদা। চৎকদৌবনি ঐখোয় পুম্না ইশা ইশাগী মতম লোইবক্লবদা। চৎখ্রে ঙসিদি শক্লাইববী অইবী প্রমোদিনী, থাদোক্লমদুনা ঐখোয খ্বাই পুন্নমকপু মাগী অবোইবা খোঙচৎ ওইনা। অসুম্না চৎখি অইবী লৰ্মাজংবী যোৎশবী মখোঙ অহুমগী মনুংদা অমা ওইখিবী প্রমোদিনী থাদোক্লমদুনা ঐখোয খ্বাই পুন্নবু।✓।

শক্লাইরবী অইবী থাইদেম প্রমোদিনী

# BIO DATA

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| 1. | Name | : | **KHAIDEM PRAMODINI** | |
| 2 | Date of Birth | : | **03 - 01 - 1924** | |
| 3. | Father's Name | : | Khaidem (L) Kamal | |
| 4 | Mother's Name | : | Khaidem Ongbi (L) Sangai | |
| 5 | Edn. Qualification | . | B A , B Ed | |
| 6 | Service Career | · | (a) | Served as Teacher for 9 years |
| | | | (b) | Served as Director, Women & Children Programme in the Development Deptt. Govt. of Manipur |
| 7 | Retired from Service | | November, 1986 | |
| 8 | Sex | | Female | |
| 9 | Marital Status | · | Unmarried. | |
| 10 | Address | . | Kwakeithel Thokchom Leikai, Imphal, Manipur (India) | |
| 11. | Cultural and other | | (a) | So far written and published 40 books |
| | activities | | (b) | Produced 2 Films, one Documentary and one Feature |
| | | | (c) | Produced 5 Compaq Discs, 35 Aido Cassettes (all are songs and most of which are composed by her) |
| | | | (d) | Constructed one Recording Indoor Studio This is premier studio in Manipur |
| | | | (e) | Regular Columnist of Manipuri daily papers "Poknapham", "Naharolgi |

Thoudang" and English daily paper "Imphal Free Press".

12 Prizes Won

(a) The Manipur Administration selected "Nuja Phidam" as one of the Best in Children literature competition in 1959

(b) Graded "A" by the All India Radio Imphal, being the best play in each of the two Radio Play competitions held in 1990 and 1991

(c) Conferred 'Sahitya Bhusan" by the Manipuri Sahitya Parishad in 1994

(d) Awarded "Best Art Director' by the Manipur Film Development Corporation in "Langlen Thadoi" feature film in 1995

(e) In the "Silver Jubilee Celebration of Manipuri Cinema" the Manipur Film Development Corporation awarded a Memento and a Certificate in 1996

(f) The Rotary Club of Imphal honoured as a senior citizen of Manipur by awarding a Memento and a prize in 1997

(g) The Naharol Sahitya Premee Samiti honoured "Writer of the Year-2002" on 17-7-2002

(h) Conferred "Fellow' for the year 2001-2002 by the Manpur State Kala Academi in 2003

(i) Awarded Salam Ibomcha-Lasmi Sahitya Mana by the Manipuri Sahitya Parishad, Bishnupur Branch in 2004.

(j) Awarded "Writer Award-2006" (certificate of honour) by Jananeta Hijam Irawat Memorial Trust on September 30, 2006.

* The First - Female Class-I Gazetted Officer and Head of Department in Manipur.
* Donated "Khaidem Pramodini Gold Medal" (an award given by Naharol Sahitya Premee Samiti) to encourage female writers in Manipur

13 Date of Expiry · 04-12-2006

---

# মতেং লৌজখিবশিং

। অইবীনা ইবম্না লাইবিকশিং

। অইবীনা পীবীবম্না মাগী বাইও-দাতা

।। পাউ-চেদা কোড়লকপা রাবেংশিংঃ

(ক) শিষ্যনা গুরুগী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি

--- দাঃ যামিনী দেবী

(পোক্রফম, ১৮/১২/০৬ ইং)

(খ) ওজা প্রমোদিনীগী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি

--- দাঃ ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী

(নগাবোলগী থৌদাং, ১১/১২/০৬ ইং)

(গ) সনা ইবেম্মগী সেনু অচানবী লৈখিদ্রে (নোঙ্গাখ্রবী খাইদেম প্রমোদিনী)

--- চুম্মা য়েংবা নোংমাই পণ্ডিত

(পোক্রফম, ১১/১২/০৬ ইং)

**শক্লাইরবী অইবী খাইদেম প্রমোদিনী**

(ঘ) কংলৈসিগী থন্নান মৈরা খাইদেম প্রমোদিনীনা লৈখিদবদা

--- লৈশাংথেম ইবেয়াইমা

(মতমগী য়াকাইবোল, ১৬/১১/০৬ ইং)

(ঙ) মরৈবাক নীংবা অমগী পুন্সি খোঙচং

শরতচান্দ থিয়াম

(পোক্নফম, ১৭/১১/০৬ ইং)

(চ) অনীশুবা যোৎশবী মখোঙ অমসু চংখিবা

- ইবোসনা যাম্নেম

(পোক্নফম, ১৭/১১/০৬ ইং)

(ছ) অইবা ওজা খাইদেম প্রমোদিনীগা মফমদা কৎচবা

ডাঃ সনাসম বিত্তা

(মতমগী য়াকাইরোল, ১৫/১/০৭ ইং; পোক্নফম, ১৯/[illegible]/০৭ ইং)

(জ) খাইদেম প্রমোদিনীদা এবং মশুগী হায়বাশি

লোমিতা খেংবাম তাবম

(সংঙাই এক্সপ্রেস, ১/১১/০৬ ইং)

(ঝ) শক্লাইরবা অইবা খাইদেম প্রমোদিনীগা শকথংনজবকনা

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র

(পোক্নফম, ১১/১১/০৬ ইং)

৩। অইবা মশাগা দিনাড়ক্তৌবা অমদি বাবী-মাচাই শাংজক্লবা

৪। অইবা দাইরেক্টরিকা খেলেন্দ্রম ধনঞ্জয় (পোই) গা বাবা-[illegible] শাংজক্লবা



শক্লাইরবী অইবী খাইদেম প্রমোদিনী 23/01/13



## মোইরাংথেম রাজেন্দ্র (মোইরাংথৌ) সিংহ

| | | |
|---|---|---|
| পোকপা নুমিৎ/চৈচৎ | ঃ | থাংজ, ফেব্রুয়ারি ১৫, ১৯৪১ ইং |
| পোকফম/লৈফম | ঃ | তেম্থা খুঙ্গাও, ময়ায় লৈকায় |
| অপোকপা | ঃ | শ্রীমোইরাংথেম ইবোতোম্বা (চাউবা) সিংহ |
| অপোকপী | ঃ | নাওরেম নীংঙোল কুমতী (গুণমতী) দেবী |
| লোয়নবী | ঃ | মাইবম নীংঙোল মেমা দেবী |
| মচাশিং | ঃ | নুপী ৪, নুপা ২ |
| তৌরম্বা থবক | ঃ | স্কুল অমসুং কলেজগী ওজা |
| থবক্তগী পোথাবা | ঃ | সেপ্টেম্বর ৩০, ২০০০ ইং |
| কৎখিবা দান | ঃ | (১) নট সংকীর্তন সঙ্ঘ তেকচম, খোংজোমদা *এম ইবোতোম্বা মেমোরিয়েল এৱার্দ* |
| | | (২) মণিপুরী সাহিত্য প্রচারক সভা, ব্রাংজিংদা *সাহিত্য সেবকঃ ইবোতোম্বা এৱার্দ* |
| | | (৩) মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবালদা *স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী মপোক নুমিৎ পালন তৌনবা দান* |
| হান্না পুরম্বা | ঃ | (১) *প্রসিদেন্ট*, মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবাল |
| | | (২) *প্রসিদেন্ট*, মণিপুরী সাহিত্য প্রচারক সভা, ব্রাংজিং |
| | | (৩) *প্রসিদেন্ট*, সীরেব্‌স, থৌবাল, মণিপুর |
| হৌজিক পুরিবা | ঃ | *প্রসিদেন্ট*, দিবাইন লাইফ সোসাইটি, তেম্থা ব্রাঞ্চ |
| হৌজিক পামুজনা য়াওরিবা থৌরম | ঃ | (১) দিবাইন লাইফ সোসাইটিগী সৎসঙ্গ |
| | | (২) সাহিত্যগী থৌরম |




মণিপুরগী লময়াননবী অইবী অহুম

*অইবা ঃ মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ*

মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবাল, মণিপুরনা পুথোকপা

৬৫ শুবা লাইরিক।